[illegible]

# প্রেম বাহিনী

এনঃ শামু সিংহ



শ্রীসত্য সাই সেবা ওর্গনাইজেসন
মণিপুর পব্লিকেসন ট্রষ্ট




# প্রেম বাহিনী

মণিপুরী লোন্দা হন্দোকচবা ঃ এনঃ শামু সিংহ

**PREMA VAHINI**
*Translated in Manipuri by N. Shamu Singh*

ফোঙজবী ঃ শ্রীমতি নোংথোম্বম ওংবী নিতম্বিনী দেবী, কিযাম সিফাই, থৌবালনা শ্রীসত্য সাই সেবা ওর্গনাইজেসন মণিপুর পব্লিকেসন ট্রষ্টকীদমক।

অহানবা ফোঙবাঃ গুরু পুর্ণিমা নুমিৎ, জুলাই ১৩, ২০০৩

কোপী মশিং ঃ ১,০০০

মমল : লুপা ৫০/-

স্বত্ত পুস্তকক অফোঙবীগীনি।

নম্ফম ঃ সিবোই ওফসেট প্রিন্টর্স, থৌবাল, মণিপুর।

## হন্দোকচরিবগী মায়কৈদগী ঃ



শোক ১৯২৬কি নবেম্বব তাং ২৩গী অযুক অঙনবা, নুমিৎ থোক্লিংলৈদা, অন্ধ্র প্রদেশকি মতাই অমদা লৈবা; মতম অদুদদি কনা অমতনা মমিং ফাওবা নিংথিনা খঙবিবমদ্রবা, অদুগা, ঙসিনা পৃথিবীগী স্বর্গ ওইখ্রবা, যাম্না পিকখ্রবা, মী ১২০ মুক্তা লৈবম্বা, পুত্তপার্তি হার্যবিবা খুঙ্গং মচা অসিদা শ্রীভগবান্না সত্য সাই বাবা ওইনা অবতাব তৌবিবকখিবগী চহি ৩২ শুবকপা মতমদা, পৃথিবীগী মীযাম পুম্নমক্কা অবতাব অসিগী পাওজেল তাবা ফংজনবা, শোক ১৯৫৮গি শিববাত্রি নুমিত্তা অহানবা ওইনা পুথোকপা হৌখিবা থাগী চেফোং "সনাতন - সাবথী" গী ইহান হেক হানবা চে যাংদগী মথং মথং ওইনা ভগবান মশামক্কা মীওইবা জাতিগীদমক চেলেংগু মবোলদা ইবিখ্রবা, অদুগা, ভগবানগী পুন্সি বাবা ইহনাবখিবা শ্রীকস্তুরীনা ইংবাজিদা হন্দোক্লুনা লাইবিক ওইনা ফোঙখ্রবা, নুংশিবগা প্রেমতনা থল্লবা ঈচেল অসি, পুন্সিগী পান্দম খঙানংলকপগা লোযননা মাযা সংসাব লাম্থোক্লুবা হোৎনবক্লিবা সাধক খুদিংমক্কিদি, ভগবান মশামক্কি মমল নাযদ্রবা পাওতাকশিং অসি আধ্যাত্মিক্কি খুমাং চাউশিন্নবা মাযকৈদা, তঙাই ফদনা মিৎযেং তামিন্নবা দবকাব লৈ খঞ্জবদগী অদোমগী খুত্তা লাম্থোকচবিবনি **"প্রেম-বাহিনী"** গী মণিপুবি অনুবাদ। ইংবাজি অমদি হিন্দি লোনগী খুদোংচাবা ফংলিবশিংগীদি লাইবিক অসি থোইনা দবকাব ওইদ্রবসু, আধ্যাত্মিক্কি লম্বীদা নৌনা খোঙদাবক্লিবা সাধক অমগীদি **তশেংনমক্কি কান্নবা খরদং শোয়দনা ফংবিরগনি নিঙজৈ।** মিৎযেং তাবিবসি।

এন: শামু সিংহ

# ৱাহৌদোক

নুংশিজরবা পাঠক! চহি খরগী মমাংদা গুদুরদা তির্নাখবা য়ামখ্রবা মীয়াম অমগী মমাংদা ভগবান শ্রী সত্য সাই বাবানা হায়বিখি, “নখোয়না ঐবু প্রেম্ স্বরূপ্ কৌবদা নখোয় লাল্লোই”। তশেংনমকসু বাবানা প্রেম্ খিকথবি, প্রম্বু থিজৈ অমসুং সমাজগী মচাক অমমম্ ওইরিবা লনায মীওইশিংগী থম্মোয়দা অমসুং চনৈনরিবা জাতিশিংগী মরক্তা নুংশিবা প্রেম পোকহল্লি। মায়কৈ মাঙখ্রবা মীওইবা জাতিনা অমসুং মসিনা তৌথোরকপা অঙাওবা থবকশিংনা শোকহল্লিবা অকিবশিং অদুবু খুদূম চনবা ঙমদবদগী কিবনা নিক্লবা মীওইবা জাতিনা মথোং হুক্লবা থবকশিং অসিগী অকিবদগী কোকহন্নবা অমসুং জ্ঞান তাবগী লম্বিদা পুরক্লবগীদমক বাবাগী থৌজাল্ অমসুং নুংশিবা প্রেম দরকার লৈ। বাবানা চহি কয়াগী মমাংদা হায়বিখি মদুদি মহাক্না পৃথিবী অসিদা লৈরকপসি চহি ৩২ হেক মপুং ফারকপা মতমদা, ধর্মগী শেংলবা য়ুমফমগী মতুং ইন্না মী অসি নৌনা অমুক্ শেমদোক শাদোকপগী থবক্ হৌগনি। শোক ১৯৫৮দা তাঞ্জা অদু য়ৌরক্লবা মতমদা, মহাক্না, থাগী ফোঙবা চেফোং অমা হৌনবা হোৎনরকপদা আশীর্ব্বাদ পিথি অমসুং মদুগী মমিং অদু মহাক্না সনাতন সারথী থোনখি, মমিং অদু গীতাগী নুংশিরবা মনম্না থল্লবা অমদি শ্রী ভগবানবু লমজিংবিনবা ওইনা খল্লবা কাংবুশিংগীদমক, মহাক্না দোলায় থৌবা অমা ওইনা পাঙথোকপিরক্কদবা থৌদাং কয়াগী নুংশিরবা মনম্না থল্লবা মমিংনি, চেফোংনি। মসি য়াম্না অর্থ লৈবা, মরুওইবা ৱাফম্নি মদুদি হায়রিবা সনাতন সারথী অসিগী অহানবা মথং-মথং ফোঙনবা বাবা মশামক্না-তেলেগু মরোলদা

---

ইবিখিবা আবতিকল্শিংদু "প্রেম বাহিনী" অসিমক্কি। হাযবিবা পাওজেলশিং অসি লাইবিক অসিদা খোমজিল্লে অমসুং অহাম্বা ওইনা ইংবাজিদা হন্দোকখি। সত্য, ধর্ম, শান্তি অমসুং প্রেম হাযবসি সাই যুগকি অনৌবা সংসাব অসিগী যুম্বিবেল মবি অদুনি অমসুং বাবাগী লমজিং মখাদা মীওইবা জাতিনা নুংশিবগী পান্থৈনা শান্তি পুথোক্কবা হোৎনগদবনি। থবক অদুগীদমক্তা লাইবিক্ অসিনা যাম্না ফজনা মতেং পাংগনি; নহাক্না মসি পাবিঙৈ মতমদা, নহাক প্রেম মক্কি হৌবকফম অদুগা শম্নবক্কনি; পাওজেল অদু নহাক্না থবক ওইনা ওন্থোকপা মতমদা নহাক অসি শ্রীভগবান মশামক্কি থৌজালনা লমজিংবিববনি; মসিদা পিবিবা সাধনাশিং অসিগী নংঙাইবদু ফংজবিঙৈ মনুংদা, নহাক থৌজালগী সমুদ্র অদমক্কি চাংলেম্নবা পাক্নবা ঈপাক্তা প্রেমগী ঈথক হৌগনি।

এন: কস্তুরী

ইংডটব, সনাতন সাবথী।

Merged in Bhagavan
on 14/08/1987

## থাগচ্চবা ঃ

হৌজিক্কি মতমদা ফোঙনবিবা চেফোংশিং অমসুং লাইবিকশিংদা অতোপ্পা লোনগী বাহৈ কযাসু ঐখোযগী ওইনা শিজিন্নবসু যাওবি। মতাং অসিদা মক ওইনা হায়জনিংলিবা ব্রাফমদি সংস্কৃতলোমদগী লাকখিবা ৱাহৈশিং অসি মশাগী অশেংবা বনাল্ অমসুং উচ্চাবন্ অদ্ ফংদ্রবদি অর্থ লান্না চৎখিবা যাবগী চাং অসি যাম্না বাঙই। মবম অদুনা অসি শুন্বা অবানবা অসিদা তাখিদনবা যাবিবমখৈ চেকশিঞ্জখি। ঐগী ওজা শ্রী ৱাইখোম্ তোমচৌ সিংহ, এডিসনেল্ দাইবেক্তব স্কুলস ওইবিবন্বা শিংজমৈ মখা লিবা লম্বীদা লৈবিবনা লাইবিক অসি যাম্না কুপথনা পাবিদুনা বনাল্ অবানবা পুম্নমক্ চুমথোকপিখি। মসিগীদমক্ ওজা অসিগী মফমদা ঐগী তৌবিমল খঙবা উচ্চবগা লোযননা পুন্সিগী শিংঙমদ্রবা লমন্ অমা তোনশিঞ্জবে।

*এনঃ শামু সিংহ*

ওঁ

# প্রেম-বাহিনীঃ

ঈশ্বরগী খুবম্ থিরক্লিবশিংগী লম্বীদি মখোযগী নিংথিববা, লেমজনিংঙাই ওইবা-গুনশিংনা ওই ঃ

মমাংগী হৌখ্রবা যুগ পুন্নমক্তগী (সত্য, ত্রেতা, দ্বাপব) হেন্না কলিযুগ অসিনা মী অমনা অচুম অরান খঙনবগী মখল-মথেল্গী লম্বী কয়ামকুম পীবি। দবকার লৈবিবদু শিক্ষানি হাযববসু, নখোযনা হেক দরকাব লৈবিবা স্কুলশিং অমসুং সংস্থানশিং লৈবে, অদুগা, নখোয়না পামলিবদু লন-থুম্মি হায়ববসু, খবদং হোৎনবগা যাম্না লেম্না তান্বা য়াবা তোঙান তোঙান্বা লম্বীশিং লৈবে। পুন্নমক অসি লৈদুনসু, অদুম ওইনমক্, মীওইবগী নুংঙাইবদা অমসুং শান্তি লৈবদদি ঐখোয়না হেনগৎপা অমতা ফংদে। তশেংবদি হৌখিবা যুগশিংদগী য়াম্না হেন্না অৱা অনাশিং লৈরে।

অদু ওইরবদি মদু করি মবমদগীনো? মরম অদু মীওইবগী শাজৎ নিতিদা লৈ, মী অমনা মাগী পুন্সি অদু করম্না লেল্লিবগে হায়বা খুৎলেন্ অদুদা লৈ ... মীওইবগী পুন্সি অসি অসুম অসুম হোংলক্লুনা ওইরক্লিবা থাক্তি মনুংদা, করি অমতা চিংননিংঙাই লৈতনা, খ্বাইদগী অৱাংবা থাক অদুনি, অদুনা মসিগী চপচাবা অর্থ লৈহনগে হাযববদি

য়াম্না থম্মোয় শেংনা অমসুং অশেংবা পাম্বৈনা হোৎনবা আধ্যাত্মিক্কি খোঙজং তঙাইফদনা চঙই। অসিগুম্বা মখলগী পুন্সি অদুগীদমক লমচৎ ফজবা হাযবসি পুম্নমক্কি মরুওইবনি। লমচৎ ফজবনা পুন্সি অসি অমর ওইহল্লি; মসিনা অশিবা ফাওবা হিংগৎহল্লি। খরনা হায় মদুদি জ্ঞান্না শক্তিনি, অদুবু মদু চুমদে। লমচৎ ফজবনা শক্তিনি। জ্ঞান ফংবা হাযবদুমকসু অফবা লমচৎ চংই। মবম অদুনা, মীপুম খুদিংমক্না, ফত্তবা মরিক অমতা পকহন্দনা, অমকপা লৈত্রবা লমচৎ ফংনবা হোৎনগদবনি।

খঙজিল্লু মদুদি বুদ্ধ, জিষুখৃষ্ট, সংকবাচার্য্য অমসুং বিবেকানন্দ, চাউরবা মুণি- ঋষিশিং, ঈশ্বরগী মনায় ভক্তশিং পুম্নমক অসিগী মমিংশিং অসি ঙসি ফাওবদা মীওইবনা নিংশিংদুনতা লৈরি। মখোয় পুম্নমকপু মতম পুম্নমক্তা নিংশিংহল্লিবসি মখোয়গী করি মগুন্ননো? ঐনা হায়রি, মসি মখোয় খুদিংমক্কি লমচৎননি।

লমচৎপু য়াওদ্রবদি লন-থুম্, সম্পতি , শিক্ষা-সমাজদা লৈরিবা থাক পুম্নমক্ অসি করি অমতা কান্নদ্রে। লৈ অমগী মগুন, মমল্ লৈহল্লিবসি মাগী নুংশিরবা মনম্ অদুননি। কবিশিং, লাইয়েকপশিং, বিজ্ঞানিকশিং খুদিংমকসি মাগী মাগী হিরমদা য়াম্না চাউবা য়াই, অদুবু লমচৎ য়াওদ্রবদি, সমাজদা মখোয়গী মফম লৈতে।

চাউনবগীদমক তঙাইফদনা লমচৎ ফজবা চঙই হায়রিবসি ঙসিগী সমাজদা অচৌবনি হায়না সমাজ অসিনা ব্যবহার তৌনরিবশিং পুম্নমক অসিদা হায়রিবা গুণ অদু লৈরব্রা হায়বসিগী

মতাংদা শোয়দনা চিংনবা ৱাখল পোল্লক্কনি। অদুবু, ঐহাক্না হায়রিবদি মমল হোংলরোইদবা সমাজ অমা অমসুং লমচৎ অমগী মরমদনি। সাধারন ওইনা, সমাজ অমনা নোংম-নোংমগী ওইনা খেন্নবা চাংদা কান্নবসি পিবি অমসুং সমাজগী য়াওল অদুগী মতুংইন্না শাজৎ-নিতিদসু হোংহল্লি। অদুবু মক্ত্রবা লমচৎ অমগী তঙাইফদবা হৌনশাদি শুকহোং হোংদবা অদুনি; সমাজগী ওইনিংবা ফিভম অমা ওইরকপদা, অদুম চপ মান্নবদুনি। মদুগী ভাবতা হায়রবদি মসিদি অতোপ্পা শিবা নায়দ্রবা আত্মা হায়বা পোৎশক অমগা লোয়নদুনা লৈবনিনা লেঙদবনি।

মক্ত্রবা লমচৎ অমা শেমগৎপদা চঙলিবা গুণ ময়ামগী মরক্তা নুংশিবা, খাঙবা কনবা, পুক্নিং চপয়ুংবা, দান পিবা - হার্যরিবশিং অসিনা খ্বাইদগী অথোইবনি, মখোয় অসিবু ইজ্জৎ তৌগদবনি।

নোংমগী মনুংদা ঐখোয়না তৌবিবা থবক মচা-মচা চা-কয়াদুনা কনশিনখ্রগা হৈনবি ওইরকই; হৈনবিশিং অসিনা লৌশিং ওইরকই অমসুং মদুনা ঐখোয়গী মিৎয়েং অমসুং পুন্সি শেমই। ঐখোয়না ভাবনা শারিবা ৱাখল পুন্নমক, ফিদমদা থিবিবা পুন্নমক, অনিংবা কয়াদা পাল্লিবা পুন্নমক অসিনা মুৎপা ঙমদ্রবা মম্মি অমা পুক্নিংগী মথক্তা থনমই। পুন্নমক অসিনা থৈদোক-থৈজিন, ওন্থোক-ওনশিন তৌরগা ঐখোয়গী জ্ঞান শেমই, ঐখোয়গী অকোইবদা লৈরিবা সংসার অসিগী দৃশ্যদু শেমই, অমসুং মদুগী দৃশ্য অদুদনি ঐখোয়না পামশিন্দুনা লৈরিবসি।

মী অমনা হৌজিক ওইরিবা ফিভম অসিদি মাগী হৌখ্রবা মতম অমসুং মদুগী শাংলবা মতম অদুদা শেমখিবা হৈনবিশিং অদুগী ফলনি। মহাক্কি ওইরক্লিংবা মরম অমদগী ওইরকখ্রবা লমচৎ অদু তশেংনমক্কি মাগী ব্রাখলদা অমসুং ভাবনা শাবদা হৈনখ্রিবশিং অদু খর হোংদোক-হোংজিন তৌরগা শেমদোকপা য়াই।

মী অমগী ফত্তবসি চুমথোকপা য়াদবা অমতা লৈতে। অঙ্গুলিমালা হায়বী ডাকু অদু বুদ্ধনা পুকচেল চাউবী মীশক অমা ওন্থোকহনখিবা নত্রা? হৌরানবা রত্নাকব অদু বালমিকি হায়বা মুণি অদু ওইখিবা নত্রা? খজিত্তুং চাননা হোৎনবনা, হৈনবীশিং ওন্থোকপা য়াই অমসুং লমচৎ ফজহনবা যাই। মী অমগী মশাদা, মতম পুম্নমক্তা, মানা তৌবা ঙম্বগী মনুংদা, মাগী মশাদা লৈবিবা ফত্তবা হৈনবিশিং অদুবু শীঙননবা অমসুং ফত্তবা হৈনবীশিং অদু হোংদোকহন্নবা শক্তি লৈজে। মশাগী য়েংদবা সেবানা, থাদোকপনা, ভক্তিংনা, লাইখুরুমজবনা, অমসুং অচুম-অরান খন্থবনা, পৃথিবীসিদা পুনশিন্দুনা থল্লিবা ফত্তবা হৈনবীশিংদু লংথোকখিবা, থাদোকখিবা ঙমই অমসুং ঈশ্বরগী লম্বীদা চৎলিবা অনৌবা হৈনবিশিং ঐখোয়গী পুন্সিদা পুশিনবা ঙমই।

হায়রিবা লমচৎ অসিগী মওং-মতৌ নৈনবা, মসিগী পান্থেশিং অমসুং হায়বা ঙমদবা হোংদোক-হোংজিন তৌরিবা মওং, অমসুং করম্না অমুকহন্না শেমজিনগদগে হায়বসিগী মতাংদু ফংনবা পান্দমদনি আধ্যাত্মিক্কি লাইরিকশিং, কবিতাশিং, ব্রারীশিং, লাইরিকশিং অমসুং চেফোংশিং লৈরিবসি। সনাতন সারথীগী

পান্দম মসিমক চপচানা লৈ, য়াম্না হৈশিংবা উৎনবগী ফোঙবা নত্তে নত্রগা মিংচৎ ফংনবগী ফোঙবসু নত্তে।

অদুবু, মসিমদি হায়বা তাই মদুদি লাইরিক অমা নত্রগা চেফোঙ অমা ইচম-চম্না হেক পাবনা অচুম-অরান খন্থনবগী ব্রাখল হেক শোয়দনা পোকহল্লগনি হায়বদি নত্তে। তাখ্রিবা, উখ্রিবা নত্রগা পাখ্রিবা পোৎশকশিংদো ঐখোয়গী পুন্সিদা চানবা, অওইবা ওইনা থবক্তা ওন্থোক্কদবনি। মসিবু তৌদ্রবদি পারিবদু অরেম্বদা মতম মাঙহনবনি। মতম লেন্ননবা করিগুম্বা অমা পারবদি, মদু মতমগা লোয়ননা অদুম চৎখি, করি অমতা লৈহৌদে।

**লাইরিক পাবা অমসুং পুক্লিং চপয়ুংবা :**

অহোঙবা মমলদা লাইরিক য়াম্না মরাং কায়না ফংলে। বেদশিং, সাস্ত্রশিং অমসুং পুরানশিং ফংবা ঙম্লে অমসুং মীপুম খুদিংনা পাবা য়ারে। অদুগা গুরুগী অব্রাৎপসু লৈত্রে। বিদ্যা তমফমশঙশিং মরাং কায়না লৈরে অমসুং তশেংনমক লৌশিংগী বরশিং পিবিরি। পুক্লিংশিং অসি তম্বিনবগী খুদোংচাবা মফমশিং মরাং কায়রে অমসুং পুন্নমক্না য়ৌবা ঙম্লে। অদুবু মফম অমতদা জ্ঞানগী অমৃত অদু ফংজরে হায়বগী অপেনবা খোল্লাওদি অমত্তা তাদে।

মফম পুন্নমক্তা পৈদুনা লৈরিবা লাইরিক ময়াম অসি উবদা, ঐনা ইশাদা ফাওই মদুদি লাইরিক অদুগী মনুংদা লৈরিবা জ্ঞান অদুনা লাইরিক অদুগী অরুম্বা ফাজিল্লিবা অদু ফাওদোরক্তুনা মঙালদা থোরকপা ঙমদে। ঈশ্বর অদুদি অপাম্বা, অশাওবা, কল্লকপা অমসুং

ইশাগী ওইজবা থিবগী চাংজা ওমুক ৱাংলবা ৱাখলদুনা মোৎশিনখ্রে। মতৌ অসুম্না জ্ঞানগী নুমিৎ অদুসু হাযবিবা লাইবিক্কি মপৈশিং অসিনা লোৎশিনখ্রে। হাযবিবা লাইবিকশিং অসি পৃথিবীগী মচি মযা খুদিং যৌনা শন্দোকখ্রবসু, ঐখোযনা কলচব হেনগৎখ্রে নত্রগা হৈশিংবা হেনগৎখ্রে হাযবা ঙমদে; মী হাযবসি হৌজিক ফাওবদা যোংদগী যান্না লাপত্রি। বাইন্দিং অমসুং মিংথোল ফজবা, ফজবা ফোটো অমা য'ওবা মখোযশিং অসিনি অপাবা মী অমনা যেংলিবসি, হাযবাদ ঙাইহাক্কি নুংঙাইবা অমসুং মিকুপ অমগী পেনবা অদুতবুনি। মশাগী অফ ফও বিচাবনা পাগদবা লাইবিক খল্লিবা অমসুং পাবিবা খবদু থবক্তা ওন্থোক্লিবা কাংবু অদুতনা অচুম্বা খঙগনি অমসং তুংকোইনা চৎকদবা চাংজৌ নাযদ্রবা নুংঙাইবা অদু ফংগনি। মখোযশিং অসি খক্তনা লেনফম থোকপা পুন্সি খুৎলেন অদু লেল্লি। মবম অদুনা, খ্বাইদগী অৱাংবা লম্বী থিবিবা কাংবুনা অমসুং ঈশ্বরগী বাখলদা নুংঙাইজবা কাংবুনা মুণি-ঋষিশিংগী পুন্সি ৱাবীশিং অমসুং ঈশ্বরগী মবমদা খনবদা তেংবাংগদবা লাইবিকশিং অদুখক্তবু পাননবা হোৎনগদবনি। আশা অমা থমদনা অফং-অফংবা পংপা-পাবনা পুক্নিং লোযনা চমন্নহল্লগনি, খ্বাইদগী ফত্তনা ভাব তাহল্লবোই। মদুনা কান্নবা অমতা পিববোই, শান্তি ফংলবোই। পুন্নমক অসিগী মথক্তা, হি ৷ম এমখক্তদা নহাক্না তৌবা থবক খুদিংমক্তা পুক্নিং চপ যুংশিন্নবা হোৎনৌ।

সমদৃষ্টি হাযবসি সুভ-দৃষ্টিনি।

নোংশা অসি জঙ্গলগী নিংথৌ ওইববসু, মহাক্না মোংশোং

মরক্তা ফাওদুনা চৎপা মতমদা, খোঙথাং খবগী মতুংদা অমুক মুক হন্না য়েংই, মরমদি মহাকপু তান্নরক্কদ্রা হায়বদু মহাক্লা কিজৈ। পুক্নিংদা অকিবা লৈরবদি মদুনা মিৎয়েং অদু শোয়হল্লি। থম্মোয় মনুংদা হিংশা লৈরবদি মিংয়েং লান্না উহল্লি অমসুং দৃশ্য অদুদগী চিংথোকখি।

মী অমনা মান্নবা মিৎয়েং, সমদৃষ্টি লৈগদবনি। ঈশ্বরগী খুৎশেম পুন্নমকসি মাগী মমিত্তা চপ মান্ননা অফবা ঙাক্তনি হায়না উগদবনি। মহাক্লা মহাক মশাদা নুংশিজবা অমসুং থাজজবা অদুগুম পুন্নমক্তা চপ মান্ননা নুংশিনা উগদবনি। মবমদি ঈশ্বরনা শেম্লিবা অসিদা ফত্তবা অমতা লৈতে, নত্তে, শম্না অমা ফাওবা লৈতে। ফত্তনা উরিবা অদুমক মিৎয়েং শোযনা যেংবদগীনি। খুৎশেম অসি ঐনা শিজিন্নবিবা আনোক্ অদুগী মতুংইন্না মচু থোকই। মশামক্কি ওইনদি মসি মতম চুপ্পগী ওইনা মোত্তবা, অশেংবনি।

## সাধনা - পুন্সিগী পথাপ অমা ওইনা ঃ

মীওইবদা খঙহনবিনবা অমসুং অৱাংবদু ফংনবা পাওতাক পিবিনবা ওজা কয়া লৈরকই, লৈবি অমসুং লৈখিগনি, অৱাংবদু মাগী পাঙ্গলগী. ৱাখলগী অমসুং জ্ঞানগী শক্তিনা অরোইবা থাক্তা, পুক্নিং চপ য়ুংনা হোৎনরবা মতমদা ফংবা ঙমই। মীগী পুক্নিং অসিদি মপান্থোংগী পোৎশিং অসিদা নুংঙাইজৈ,। অদু ওইববদি মসি কমদৌনা লেঙহন্দনা চপ য়ুংনা লৈহন্নবা তম্বিগদৌরিবনো?

মীপুম খুদিংমক্লা ৱাহং অসি মশা মক্তা হংজগদবনি: মহাত্মাশিং

অমসুং মহাপুরুষশিং অদু ঐগুম্বা মী ঙাক্তা ওইবমইকো: মখোয়সু থৱাই পানবা জীবশিং ওইবমইকো। মখোযনা মপুংফাবা ফংবা ঙমখ্রবদি, ঐসু মায পাকপা ঙমগনি, কবিগুম্বা ঐনা মখোযগী উপাইদু, নিযমদু ইল্লবদি। ঐনা অতোপ্পগী মবাল অমসুং অশোনবদুতা পুখোক্লুনা পুন্সিচুপ্পা লৈবগা ঐগী কবি কান্নে?

মবম অদুনা অহানবা সাধনদি, খোঙজংদি ইশাগী অশোইবা অমসুং অশোনবশিং অদু থিদোক্তুনা চুমথোক্লবা হোৎনবা অমসুং মপুং ফাবা ওইনবা হোৎনবনি।

হৌখিবা নুমিৎ খুদিংমক্তা লেপ্তুনা হোৎনখিবা খুদিংমক্কুগী পান্দম অমসুং অচুম্বদু ৱাখল্লোন্ অসিগীদমক্তনি; *মী অমগী অবোইবা নুমিত্তু যাম্না নিংথিহনবা অমসুং নুংঙাইহনবদুনি।* অদুবু, নুমিৎ খুদিংমক্কিসু মশাগী নুমিদাংৱাই লৈজে। নুমিৎ অদু অফবা থবক তৌদুনা লেনখ্রবদি, অদু ওইববদি নুমিদাংৱাই অদুনা ঐখোযদা ফজনা তৃম্বা, পাঙ্গল যাম্না তেকখৎনিংঙাই ওইবা মওংগী তৃম্বা, সমাধি ফংবগা চপ মান্ননা নুংঙাই হাযনবা মওংগী তৃম্বা অদু পিগনি।

মীওইবনা পৃথিবী অসিগী মথক্তা যাম্না তেল্লবা পুন্সি মতেক অমখক ফংই। অদুবু, তেল্লবা পুন্সি মতেক অসিগী মনুংদা কনাগুম্বা অমনা মতমবু যাম্না শিংনা শিজিন্নববদি মহাকসু ঈশ্বরগী চাংজৌ নাযদনা নুংঙাইবা অদু ফংবা ঙমই। মশক-মতৌ চপ মান্নবা নুপা অনি, লন্থুম লৈবা লৈতবদসু চপ মান্নবা, চপ মান্নবা ফিভমদা চাউমিন্নবা, অমনা স্বর্গগী দূত ওইবকই অদুগা অতোপ্পা অমদুনা হান্ন-হান্নগী মী ওইনা অদুম লৈহৌই। অসিগুম্বা তোঙান-তোঙানবা

মওংদা চাউখৎলক্লিবসি কবি মরম্মনো? হৈনবীশিং অমসুং হৈনবীশিং অসিনা শেমখিবা শাজৎ-মতৌ অমসুং মদুগী শাজৎ-মতৌ অদুনা কনশিনখিদুনা ওইবকখ্রিবা লমচৎ অদুননি। **মী হায়বসি লমচৎনা শেম্বা জীবনি।**

**মী অমগী পুন্সিগী চপ চাবা মওং ঃ**

মপান্থোংগী শকফমদা য়েংবা কনাগুম্বা অমদদি মী অমগী পুন্সিসি লোয়বা নায়দনা চৎথবা চাবা অমসুং থকপা, থবকশুবা অমসুং তৃম্বা ওইনা উবগুম তৌই। অদুবু, তশেংনমক্কি ওইনা পুন্সি হায়বসি মসিদগী হেন্না চাউবা অর্থ লৈবি; মসিদগী হেন্না লুশিনবা অর্থ লৈবি। পুন্সি হাযবসি কখোকপা অমনি, য়াজনানি। থবক মচা খুদিংমক ঈশ্বরদা কৎলিবা অমনি।নোংমগী মতমসি মসিগী চংজবা ব্রাখল অসিগা লোয়নবা থবকশিং তৌদুনা লেনখ্রবদি, তৃম্বা হায়বসি সমাধি ফংবা নত্তনা অতৈ করি অমুক ওইখিগনি?

মীনা মশাগী হকচাং অসি মহাক্লি হাযনা খনবা খ্বাইদগী অচৌবা অরানবসি তৌই। মহাক্লা মাগী হকচাং অসি যোকখৎনবা অমসুং নুংঙাইহন্নবা মখল মথেলগী পোৎশিং পৈশিন্দুনা থমই। হকচাং অদু শোনজিল্লক্লবা ফাওবা অমসুং চৎপা ঙম্লক্রুবা, কিস্থবক্লবা ফাওবদা, মহাক্লা পাম্বে অমা নত্রগা অমনা মসিবু য়োকখৎনবা হোৎনৈ। অদুবু, নহাক্লা অশিববু কয়া কুইনা য়ৈথোক্লুনা থম্বা ঙমগদৌবিবনো? যমগী অকনবা য়াথং লাক্লবা মতমদা মীপুম খুদিংমক চৎপা তাই। অশিবগী মমাংদদি, নহাক্লা ওইবম্বা ফম, নাপল অমসুং শক্তি পুম্নমক লোয়না মাঙই। মসি খঙনা, অহিং অমসুং নুংথিল অনিমক্তা, হকচাং,

পুক্লিং অমসুং থৱাই য়াম্না শেংনা, পুন্নমকপু শেবা তৌদুনা অৱাংবা আত্মাদো, ঈশ্বরদো ফংনবা হোৎনৌ। থৌরম অসিগীদমক হকচাং অসি য়োক্কুনা থমগদবনি। অদুগা নিংশিংউ, নহাক মসিগী হকচাং অসিদি নত্তেকো; মসিগী হকচাং অসিনা নঙ ওইবা য়াদে। তৎ ত্বম্ অসি। নহাক তৎনি। মদু খ্বাইদগী ৱাংবা অমসুং শেংলবা মহা বাক্যনি; নহাক মাঙহনবা, তাকহনবা করি অমতা ঙমদ্রবা আত্মাদুনি। অদুগুম্বা আত্মা তত্ব অদুগীদমক্তনি নহাক্না মসিগী হকচাং অসি লৈরিবসি; মবম অদুনা মপোক অসিদা অমসুং হৌজিকমক পরমেশ্বর অদু ফংনবা হোৎনবদা, ওইনিংবা মিকুপ অমদা, নহাক্কি হকচাং অসি কখোক্লবা শেম-শাগদবনি। হকচাং অসিগী মথক্তা সংসারগী য়াইফনবগীদমক্তা নঙগী শক্তি অদু শিজিন্নৌ। মসিগী হকচাং অসিদি ঈশ্বৰনা পীবা খুৎলায় অমতনি। মসিনা মাগী মথৌ অদু তৌহল্লু।

অদুবু, খুৎলায অসি করি মরমগীদমক পীরিবনো হায়বদু ভাব তাদ্রিমখৈদি, মসিবু নহাক্না কৃপ্না য়েংশিনবা অমসুং অশোক-অপনদগী ঙাকথোকপা অসি নঙগী নথৌনি। নিংথমথাগী মতমদা শা-মতুনা শাবা ফিরোল শেৎলি, ইল্লি, মদু অইংবা নুংশিৎকি চৈনাখোলদু ঙাকথোক্লবনি। অদুগা অইংবা অদু হন্থখ্রবা মতমদা মখোয় অদু থাদোকখি, শিজিন্নখিদে। মতৌ অসুম্না, মচাককি ওইবা পুন্সি অসিগী অইংবা নুংশিৎ অদুনা ঐখোয়দা করি অমতা শোকহন্দ্রবা মতমদা, মচাক্কি ওইবা হকচাং অসি করিশু দরকার ওইদ্রে। মতম অদুদাদ মী অমনা মচাক য়াওদ্রবা হকচাং (incorporeal body) অদুতবু খঙলে।

নোং লাক্লবা মতমদা, পৃথিবীগা অতিযাগা অনিসি হৈথরকপদুদা অমতা ওই। তশেংনমক মদু যাম্না পুক্লিং থৌগৎনিংঙাই ওইবা ফজরবা দৃশ্য অমনি, দৃশ্য অদুনা, খুৎশেম অসিনা নখোয়দা মাগা অমতা ওইযু হাযবা পাবা অদু তন্বিবি। মসিদগী তন্বা যাবা পাবা অহুম লৈ - শেল্লিবা প্রকৃতিগী পোৎশিং অসি তুংকোইনগী নত্তে, মীগী থৌদাং অসি মীনায় অমা ওইননি অমসুং ঈশ্বরনা মপুনি - হাযবসিনি - মসিগী শেমলিবশিং অসি পুজাগী চঙলিবা মপোৎশিং অদুনি, মীনা পুজা পাঙথোক্লিবদুনি, অমসুং ঈশ্বরনা পুজা তৌবিবদুনি। পুন্সি হাযবিবা মশান্ন অসি হাযবিবশিং অসিনা শান্নবনি।

পুরুষোত্তমনা হাযবদি ঈশ্বরনা মাগী অকোযবদা মহাকপু সেবা তৌনবা অনৌ-অনৌবা পোৎ যাম্না থন্বিবে অমসুং তোঙান-তোঙানবা মওংদা মহাক্না পুজা তৌবা যানবা থন্বিবে, মসিগীদমক মীনা হবা ওগদবনি। মহাক্না হেন্না হেন্না নৌবা খুদোংচাবশিংগীদমক্তা খুরুমজগদবনি অমসুং মহাক্কি মখুৎনা ফংজবা তাঞ্জা অদুগীদমক্তা নুংঙাইজগদবনি। মদুগী মিৎযেং অদুনা চাংজৌ নাইদ্রবা নুংঙাইবা পী। মসিগী নুংঙাইবা অসিনা থল্লবা পুন্সি অমা লেনবা হাযবসিমক তশেংনা চাংজৌ নাইদনা নুংঙাইবনি।

নুমিৎ হেক থোকপদগীনা নুমিৎ হেক তাবা ফাওবদা তৌবিবা থবক খুদিংমক ঈশ্বরগী পুজানি খন্না শেংদোক্কদবনি। তগৎ-তগৎ তেকপা লৈতমক হেক্লনবা চেকশিনবগুম অমসুং মদু মোৎহন্দনা, খুইথহন্দনা থম্লবা হোৎনবগুম, মতৌ অসুম্না, অতৎপা লৈতনা অশেংবা অমসুং মোৎশিন্দবা থবকশিং তৌনবা হোৎনগদবনি।

মীপুম খুদিংমক্কা মসিগী মিৎয়েং অসি মপুক্লিংদা থল্লবদি অমসুং মদুগী মতুংইন্না পুন্সি অসি লেল্লবদি, অদু ওইরবদি মদু য়াম্না শাংনা মরক তত্তনা ঈশ্বরগী সেবা তৌবা হায়বদু ওইরে। 'ঐ' অমসুং 'নঙ' হায়বগী ৱাখল অদু য়াম্না থুনা মাঙখ্রগনি; ঐগী হায়বা ৱাখলগী মমি পুম্নমক মাঙহনখ্রগনি। অদু ওইরবদি, পুন্সি হায়বসিমক মশানা মিংগৌগা চপ চানববা 'হবিপারায়নম্' দা ওন্থোকই। 'ঐনা' সেবা তৌজরিবদুনি। সংসার অসিনা কৎলিবদুনি। পুজা লৌরিবা মপু অদুনা ঈশ্বরনি।" - কনাগুম্বা অমনা মসিগী থাক অসি ৱাখলদা, থবক্তা য়ৌববদি, ঐগী অমসুং নঙগী হায়বসিগী মবক্তা লৈরিবা খেন্নবা পুম্নমক অদু মাঙখ্রগনি।

**ভক্তিগা অমসুং জ্ঞানগা মান্নবা ঃ**

ভক্তিগা জ্ঞানগা অনিগী মরক্তা খেন্নবা অমতা লৈতে। সুগুণ-না নির্গুণ ওইরকপগুম্, ভক্তিসু জ্ঞান ওইরকই। কর্ম, ভক্তি অমসুং জ্ঞান অহুমসি তোঙাল্লি হায়বসি ঐদি য়ারোই। অহুম অসি অমনা মকোক্লি, অতোপ্পা অমনা মথংনি অমসুং অমদুনা অহুমশুবনি হায়না খায়দোকপা অসি ফাওবা পামদে। অহুম অসি অমতনি, অপুনবনি হাযববসু ঐনা য়ারোই। কর্ম হায়বসি ভক্তিনি অমসুং ভক্তি হায়বসি জ্ঞাননি : মাইশোরগী অচাপোৎ অমগী অথুম্বা, অরুম্বা অমসুং মওং লৈ। অহুম অদু অমনা অমদগী খাইদোক্লবা য়াদে। মদুগী মচেৎ খুদিংদা অথুম্বা, অরুম্বা অমসুং মওং অহুম লৈ। ঐখোয়না অমদনা মওং, অমদনা অরুম্বা অমসুং অমদনা অথুম্বা ফংদে। অমসুং মদু লৈ মথক্তা থম্বা মতমদা, মচাওদু খঙই, অরুম্বদু হন্থখি অমসুং

মওং হোংদোকখি, পুম্নমক অদু মতম অমতর্দানি। মতৌ অসুম্না, **জীব, আত্মা অমসুং পরমাত্মা অহুমসি তোঙানবা নত্তে; মখোয় অমতনি অমসুং চপ মান্নবনি।**

মরম অদুনা, ঐখোয়না তৌরিবা থবক খুদিংমক্তা সেবাগী, প্রেমগী অমসুং জ্ঞানগী ৱাখলনা পিক থলহনগদবনি। অতোপ্পা ৱাহৈ অমদা হায়বগা, পুন্সিদা তৌবিবা থবক খুদিংমক অসি কর্ম, ভক্তি অমসুং জ্ঞানগী ৱাখলনা মপুংফানা ফাওহনগদবনি। মসিবুনি তশেংনা পুরুষোত্তম যোগ হায়বদু। মসি থবক ওইনা চাননা তৌগদবনি, চুম্না ৱাহৈতনা ঙাওলগা যারোই, সাধনা অসি তত্তনা ভক্তি অমসুং জ্ঞান্না থল্লবা থম্মোয়গা লোযননা তৌগদবনি। অমৃতগী অথুম্বা নত্রগা ঈশ্বরগী মমিং অসি পুন্সিগী শুদ্ধৎনবা পোৎশক্লি; মিং অদু শোঞ্জবদগী নুংদা ফংজবা নুংঙাইবা অদুগা মপানগী পুন্সিগী নুংঙাইবা অদুগা অনি অসি যাম্না মান্নবনি।

কনাগুম্বা অমনা মাগী থবক অদু ঈশ্বরদা কৎপনি হাযনা খল্লগা পাঙথোক্লবদি, মাগী অফবা, হেন্না অফবা অমসুং খ্বাইদগী হেন্না ফবা **স্বর্ত, পরার্ত,** অমসুং **পরামর্ত** - পুম্নমক অসি অমতা ওইরকই। অহানবদা ঐ অমসুং নঙগনা ঐখোয় ওইরে। মথংদা ঐখোয়গা মহাক্কা মান্নখ্রে। জীব (হায়বদি মী অমদা য়াওবিবা ঐ হায়বদো) অদুনা পরমাত্মাগা (হায়বদি নঙ হায়বা প্রকৃতি অদুগা) মান্ননবা হোৎনগদবনি, অদুদগী পরমাত্মা (হায়বদি পুমথোই থোইবা আত্মা) হায়বদুগা মান্ননবা হোৎনগদবনি। মসি তশেংনমক্ 'ওঁ তৎ সত্ হায়বা মন্ত্র অসিগী অর্থনি।

ঙসি, ঙবাং অমসুং হয়েং ওঁ তৎ সত্ ওইরি, ওইখি অমসুং ওইগনি। 'মহাক্কা' 'ঐগদি' মতম পুম্নমক্তা লৈ। সাধনাসু মতম পুম্নমক্তা লৈ। নুমিৎ হায়বসিনা মাগী মঙালদগী থরু খাইদোকপা ঙমদবগুম, করিগুম্বা ফিভম অমগী মখাদা ওইরবসু সাধক্ অমনা সাধনা অসি থাদোক্লোইদবনি। সাধক অমনা মাগী সাধনাদা অরেপ্পা লৈতনা চথরবা মতমদতা মহাক ওঁগা অমতা ওইরে হায়না হায়বা য়াই।

## পুন্সিগী মথৌশিং ঃ

থম্মোযগী অমকপশিং অসি চুম্না লেনবা পুন্সিনা অমদি তৌফম থোকপা মথৌ চুম্না পাঙথোকপনা চামথোক্কদবনি। মীনা ৱারকপা অমসুং চোকথরকপা মতম অমা লাকপা য়াই, অদুবু মহাক্না অসুম্না নিজগদবনি; হে ঈশ্বব, থবকশিং অসে ঐনা ঙম্বগী ৱাংমদা লৈখ্রে। মখাতানা অমুক হোৎনবা হাযবসি ঐঙোন্দা শাথীনা অৱাবা ওইগদৌরে। ঐঙোন্দা পাঙ্গল পিবিয়ু। হে ঈশ্বর!

অহানবদা ঈশ্ববনা লাপ্তুক্লা লৈদুনা মীওইবনা হোৎনরিবদু য়েংদুনা লৈ, মদু ওজা অমনা মাগী ছাত্রশিংনা মাগী ৱাহংদা পাওখুম ইরিবঁদা লাপ্তুক্লা য়েংদুনা লৈবগুম্মনি। অদুদগীদি মীনা চাবা থকপা থাদোক্কুনা অফবা থবক তৌবা অমসুং সেবা তৌবা হৌরক্লবদি ঈশ্বরনা ফনা ফজনা মনাক নকশিল্লকই। মবমদি মহাক মীনাই অমনা মাগী মপুগী সেবাগীদমক য়াথং ঙাইদুনা লৈবগুম থিংজিল্লিবা থোঙ অদুগী মপান্দা লেপ্তুনা য়াথং ঙাইদুনা লৈ। মহাক লৈ হায়দুনা লাওথোকখিদ্দে নত্রগা থোঙদা থিনখিদে। মহাক চুম্নতা ঙাইদুনা

লৈ। থোঙ অদুনা হাযফেত্তং হাংদোবকপা মতমদা নুমিৎকি মঙাল্ অদুনা খুদক্তা কা মনুংদা চঙশিল্লি অদুগা মনুংদগী অমম্বদু তাম্থোবকই। মাগী মতেং নিজবা মতমদা, মহাক মী অদুগী মনাক্তা মখুৎ তিংথোক্নুনা মতেং পাংগদবগী ঙাইদুনা লৈ। মবম অদুনা, *মীওইবদগী পাল্লিবসি মহাকপু নিংশিংজনবা অচুম্বা লৌশিং অমসুং জ্ঞান অদু পীবিযু হাযজবা অদুখক্তনি।*

**সদগুণ হায়বসি জ্ঞাননি ঃ**

জ্ঞান হাযবদি খঙবা হাযবনি, অদুবু মসি লৌশিংগী থৌওং অমদি নত্তে। 'চাবা' হাযবগা চিঞ্জাক অদু লৈগী মথক্তা থম্বা অদুবু নত্তে। চাবা হাযবদি চিঞ্জাক অদু শাযবগা যোৎশিনবা, অমসুং তুমহনবা, অদুদগী ঈগী ঈচেলদা যাওহনখিদুনা শদোং অমসুং শকুনচিংবদা ওন্থোকখিদুনা পাঙ্গল, থৌনা পীবকপা অদুবুনি। মতৌ অসুম্না, খঙবা নত্রগা জ্ঞান হাযবসিনা পুন্সিগী মিকুপ খুদিংদা লোযনদুনা লৈগদবনি অমসুং মশা অদু থৌনা, পাঙ্গল নিংথিনা মপুং ফানা লৈহনগদবনি। মসিনা হকচাংগী কযাৎ খুদিংদা অমসুং ইন্দ্রি পূম্নমক্তা ফাওদোবক্কদবনি, কর্মগী ইন্দ্রি পুম্নমক অমসুং জ্ঞানগী ইন্দ্রি পূম্নমক্তা ফাওদোবক্কদবনি। মসিগী অৱাংবা থাক অসিদা মীনা যৌগদবনি।

লাইবিক পংতম তমশিনবনা জ্ঞান লৈবা নত্তে। সদ গুণ খক্তনা জ্ঞাননি।

মী অমনা সেবা তৌবা ঙম্নবা, খর্বাদ চাবা থকপগী থবক

তৌগদবনি। অসিগুম্বা মখলগী চাবা অসিমক য়াজনাগী, পুজাগী থৌরম অমনি। হকচাংগী ইঞ্জিনশিং অসি মথৌ তৌহন্নবগীদমক, চিঞ্জাক্কি মৈ অসি শিজিন্নগদবনি। চিঞ্জাক্তি য়াজনা নত্তে, অদুবু মসিনা যঞ্জবু পাঙথোকপদি ওইথোকহল্লি। মরম অদুনা চিঞ্জাক খর চাবদা করাম চাউদুনা চারিবনি হায়না নোক্লবদি তৌরোইদবনি। মসি পুজাগী শরুক অমনি।

পুজা হায়বসি লৈ অমা থৎলগা মুর্ত্তি অদুগী মথক্তা থম্বা অদুতা নত্তে; পাম্বী অদু ঈশিং চাইদুনা লৈ শাৎহল্লিবা মালি অদুসু পুজারিনি। চিঞ্জাক পিরবা মতমদতনি হকচাং অদুনা থবক তৌবা ঙল্লিবসি। কথোকপগী পাম্বৈশিং অদু ফাওবা য়াজনানি, যঞ্জনি।

থৌরম অহুমগীদমক পাঙথোকপা কর্ম পুম্নমক কথোকপনি, মদুদি সংসার অসিবু ঈশ্বরগী পুজাগীদমক শিজিন্নবা, সমাজদা অচুম্বা অমসুং শান্তি থম্বা অমসুং হকচাংগী মথৌশিংবু খুদুম চনশিনবা অমসুং অমগা অমগা তেংবাংনহনবা। অহানবগীদু য়াজনা কৌই, অনিশুবদুনা দান কৌই, অমসুং অহুমশুবা অদুনা তপ কৌই। মীওইবগী থবক থৌরম খুদিংমক অহুম অসিগা চানহনগদবনি।

**অচুম্বা হায়বসি ঈশ্বরনি ঃ**

মসিগী থাক অসি যৌহন্নবগীদমক্তা হৌনশাজৎ চুম্না লেনবা পুন্সি অমা দরকার ওই। মসিগী হৌনশাজৎ অচুম্বগী পুন্সি অসিদি অচুম্বনা করিনো অদুগা অরানবন। করিনো হায়বা খন্দোকপা ঙম্বদা য়ুম্ফম ওইগনি। কোংগ্রেং মনুংদা য়াওবা মুক্তা অদু লৌশিল্লগা মকু

অদুনা হুন্দোকখিবগুম, মচং হায়বদি অচুম্বদু লৌশিল্লগা চুমদবা অদু হুন্দোকখিগদবনি। অদুদগী মশানা লন্নায় হোৎনজবদুগা ঈশ্বরগী থৌজালগা অনি অসিসু পুন্না লৈমিন্নগদবনি। কনাগুম্বা অমনা **হকচাংগা আত্মাগা অনি অসি তোঙান-তোঙানবনি হায়বসিসু তত্তনা কাওদনা নিংশিংগদবনি।** মসি য়াম্না ফজনা কান্নখ্রবা শাজেল অমনি। অসিগুম্বা অচুম-অরান খায়দোকপগী থবক অসি চুম্না লেল্লিবা পুক্সিদা অমসুং আধ্যাত্মিক্কি পুক্সিদা তঙাইফদনা চঙই। মসি অচুম্বা খঙনবা হোৎনবদা থাদোকপা য়াদ্রবনি, অচুম্বা হায়বসি শেম্বদা, হিংবদা, অমসুং মাঙহনবদা যাওরি। মসিগী অচুম্বা অসিমক ঈশ্বর মশামক্তুনি।

পুম্নমক্কি অথোইবা ঈশ্বর অসি সেবা তৌনবগীদমক, চিঞ্জাক য়াম্না শেংহনগদবনি। চিঞ্জাক্কি মতাং অসিদা, লৈরিবা ব্রাহংদি কয়া য়াম্না চায় নত্রগা চাদে হায়বদু নত্তে, কয়া য়াম্না মগুণ লৈবনো হায়বদুনি। তৌবগীবুদি চাং অদুসু খন্দবদি য়াদে। অদুবু চিঞ্জাক অসি করিগীদমক্তা দরকার ওইরিবনো? মসি সেবা তৌবদা চঙলিবা পাঙ্গল অদুগীদমক্তনি, চিঞ্জাক অদু অশেংবা ওইগদবনি। চিঞ্জাক্কি মতাংদা হিরম অসোমদা মিৎয়েং চঙশিঞ্জগদবনি।

মতৌ অসুম তৌদুনা, মীপুম খুদিংমক্না মাগী হৈনবিশিংদা অমদি লমচৎকি মতাংদা তত্তনা পুক্রিং চঙশিনগদবনি। অদু ওইরবদি মানা হকচাংগীদমক পামলম্বশিংদো শোয়দনা কেনখ্রগনি অমসুং আত্মা আনন্দ ফংনবগী থবক অদু লায়হললগনি।

মীওইবনা তশেংনা মশা মশক খঙদ্রিদৈদা তোঙান-তোঙানবা

মথৌ পুন্নমক অসি পাঙথোকপা তাবনি; মরমদি অসিগুম্বা আধ্যাত্মিক্কি পুন্সি অসিখক্তগী মতেংনা অশেংবা ফংবা ঙমগনি অমসুং অদুগুম্বা অশেংবা মওং অদুখক্তগী মপান্না মহাক্না অথোইবা মপু, পবমাত্মা অদু ফংবা ঙমগনি। অসিগুম্বা থবকশিংদা মশা অদু লুপশিন্দুনা লৈতনা, মহাক্না পবমাত্মা অদু মশক খঙবা ঙমদ্রি হায়দুনা ৱানা লাউদুনা লৈবনা করিশু কান্নরোই।

মসিগী ওইজবতা থিবা সংসার অসিদা, আধ্যাত্মিক্কি খোঙজং চঙশিন্নবা হোৎনবিবা অসিগী মমল অদু মহাক্না হান্না মসিগী অসিগুম্বা পুন্সি অমসুং মদুগী অশেংবা অদু থেংনরক্তুবদি কনানা ভাব তাবা, য়াবা ঙম্লোই। অসুম্না হাযবা য়াই মদুদি মসিগী মমল, কান্নবা খঙলবা মতমদতা আধ্যাত্মিক্কি খোঙজং অসি চঙশিনবা যাই, অদুবু মসি ঈবোইবা হৈববা মতুংদতা ঈশিংদা চোঙথগদবনি হাযবগুম্বনি। ঈবোইবা হাযবসিদি ঈশিং মনুংদা চোংথববা মতুংদা হকচাংদা তাওনবা অমা লোযনবগা তমগদবনি। মতৌ অসুম্না, পুক্নিং তাওনবা অমা তোপশিল্লগা অকিবা লৈতনা আধ্যাত্মিক্কি সাধনাদা চোংশিল্লু। অদুদগীদি নঙ নশানা আধ্যাত্মিক্কি খোঙজং অদুগী মমল অদু খঙলগনি। আধ্যাত্মিক্কি লম্বী অমগী মওং-মতৌ অমসুং ফিভমদি লম্বী অদুদা চৎখ্রবা কাংবু অদুতনা খঙগনি। মখোযনা খঙই মদুদি সত্যগী অমসুং বিবেক-কি হায়বদি অচুম-চুমদ খনবগী লম্বীনা পরমাত্মা য়ৌই। মদুগী লম্বী চৎলুদ্রিবা কাংবুনা অমসুং মদু লৈ হাযবা খঙদ্রিবা কাংবুনা মশাদা খঙহঞ্জবা নত্রগা অতোপ্পদা খঙহনবা ঙমদে।

পরমাত্মা খক্তনি অশেংবসি, অওইবসি। পরমাত্মা হায়বদি অচুম্বনি। পরমাত্মা হায়বদি নুংশিবা হায়বনি। মঙোন্দা অচুম্বা ওইনা, নুংশিবা ওইনা মেদিতেত্ তৌ, নিংউ। নহাক্না নিঙনিঙবা মওং অমদা নিঙবদা মহাকপু খঙবা, ফংবা ঙমই। মতম পুম্নমক্তা মাগী ভক্তশিংগা লোয়নদুনতা লৈয়ু। মসিগী সৎ সঙ্গ অসিগী মতেংনা অচুম-অরান খঙনবগী শক্তি অমসুং অপাম্বা থাদোকপগী ৱাখল থম্মোয়দা মরা তাহনগনি অমসুং হেনগৎকনি। মসিনা থৱাই, আত্মা অদুবু মপাঙ্গল কনখৎহনগনি অমসুং নঙোন্দা নুংগী শান্তি পিরক্কনি। অদু ওইরবদি নহাক্কি পুক্নিংদু পরমাত্মাদা তিনখ্রগনি।

নহাক্না তৌরিবা থবক খুদিংমক্তা, নঙোন্দা পিবিবা পাঙ্গল অমসুং লৌশিং পুম্নমক, চুম্না ঙাঙদুনা অমসুং শেংনা থবক তৌদুনা শিজিন্নৌ। অহানবদদি মসিদা নহাক তুবা য়াই অমসুং অৱা-অনা অমদি খুদোংথিবা কয়া থেংনবা য়াই। অদুবু, মমৈথংদা নহাক শোয়দনা মায় পাক্কনি অমসুং চাংজৌ নাযদ্রবা নুংঙাইবদু ফংগনি। মতাং অসিদা ঐহাক্না ৱাফম অমা অমুক হন্না নিংশিংলি, **'সত্যমেব জয়তে, নানৃতম্**। নহাক্কি শাজৎ-নিতিনা, পুন্সি লেল্লিবা মওং অদুনা, নহাক্না অচুম্বদু খঙবা ঙমগনি, নহাক্না পরমাত্মা খঙবা, ফংবা ঙমগনি।

**অহংকারনা অশান্তি ওইহল্লি ঃ**

মীওইবনা মশাদা মশাগী কান্নগদৌবা শাজৎ-নিতি অমসুং মিৎয়েং কয়া মরুম শেমগৎলি অমসুং য়োকখৎলি অমসুং মদুনা মশা মতোমদা পেঞ্জদবা কয়া পোকহল্লি। মসিগী অপাম্বগী ৱাখল

কয়ামরুমসি শক্তিগী য়াম্না চয়েৎনবা মপুং অমদগী থোরকই, খুত্তা শক্তি অচৌবা পায়নিংবগী মিহৌবা, মীখা পোলহলনিংবগী অপাম্বা, তুংকোইরোইদবা অমসুং মপুং ফারোইদবা পোৎশিংগী অপাম্বা। থাঙ্গেশেংবদি, মীওইবনা মানা পেনবা য়াবা থাক অদু য়ৌনা মখোয়শিং অদু ফংবা হায়বসিসু ওইথোক্তে। শক্তি পুম্নমক লৈবা হায়বদুদি পুম্নমক্কি মপু ওইরিবা সর্বেশ্বর অদুগীনি। মী অমনা মহাক বিদ্যা পুম্নমক্কি মপু ওইবে হায়না নুংঙাইজবা য়াই, নত্রগা লন পুম্নমক্কি মপু ওইজবা য়াই, নত্রগা জ্ঞান পুম্নমক্কি মপু ওইজবা য়াই, শাস্ত্র পুম্নমক্কি পুক্কে ওইজবা য়াই, অদুবু পুম্নমক অসি মহাক্না কনাদগী ফংখ্রিবনো? হৌরকফম অদুনা তশেংনমক হেন্না চাউরম্বা তাই। মী অদুনদি পুম্নমক অসি মহাক্না নোমজবগা, হোৎনজরগা তাঞ্জবনি হায়না খল্লম্বা য়াই। অদুবু শোয়দনমক্কি কনাগুম্বা অমনা মওং অমা নত্রগা মওং অমদা পীরিবনি। মসিদি মহাক্না চুমদে হায়না য়েৎপা ঙম্লোই। শক্তি পুম্নমক্কি হৌরক্লিবা মফম অদু সর্বেশ্বরদগীনি। অদুগুম্বা শক্তি পুম্নমক্কি তূংনফম ওইরিবা মহাক অদুবু কাওথোক্লগা, শক্তি মচা-মচা খর ফংলিবদু মশানা হোৎনজদুনা ফংলিবনি হায়না খল্লবদি, মদু তশেংনমক মদ কাবনি, লৌনমনি, নাপলনি, অহংকাবনি।

নুপা অমা তশেংনা শক্তি চেনবা ওইরবদি, মহাকপু অচুম্বগী, থৌজালহৈবগী, নুংশিবগী, খাঙবা কনবগী অমসুং তৌবিমল খঙবগী মগুণ কয়ামরুম্না মহাকপু মশক খঙবা ঙমই। গুণশিং অসিনা লৈবা মফমদা অহংকারনা হিংবা ঙমদে, মাগী মফম লৈতে। মরম অদুনা, গুণশিং অসি নশাদা লৈনবা, চেলহন্নবা থিয়ু।

আত্মানা ঙাম্বোবকপদা অহংকাবনা খঞ্জিল্লি। মবম অদুনা, অহংকাব মাঙহনখ্রবা মতমদা, খুদোংথিবা পুম্নমক লৈত্রে, পেন্দবা পুম্নমক মাঙখ্রে অমসুং চাঙজৌ নাযদ্রবা নুংঙাইবা ফংলে। নুমিৎপু লৈচিন্না খঞ্জিনবগুম অহংকাবগী বাখলনা লেঙদনা লৈবগদবা নুংঙাইবা অদু খুমজিল্লি, লোৎশিল্লি। মিৎ পাঙলবসু, ফি মচেৎ অমনা মথৌ ফজনা তৌগদবা অমসুং কান্নগদবদু থিংজিনবা ঙমই। মতৌ অসুম্না, মীনা ঈশ্বব উজগদবদু মশাগা কান্নবা থিবগী যুখল অদুনা থিংজিল্লি, তশেংবদি ঈশ্বব অদুদি মঙোন্দা পুম্নমক্কগী হেন্না নক্কা লৈববনি। সাধক কযা অমসুং মূণি কযা অমসুং সন্যাসি কযানা চঠি কযা চঙনা হোৎনদুনা অমসং কথোক্কনা ফংলকখিবা অসিগুম্বা খুদোংচাবা কযা মমা মশাগী কান্নবা থিবা বাখলনা অবেম্বদা মাঙহনখ্রে। মবমদি, শক্তি, ঈশ্বব ফংগে হায়বা বাখল যাওদবা শক্তি অদুদি যুমফম যাওদনা ফকলাং খাবগুম্নাণ। চুম্না হৈবদুনদি কবি অমতা কান্নবোই; বেদশিং, উপনিষদশিং অমসুং সাস্ত্রশিং অসিদি নুংতিগী পুন্সিদা শিজন্নগদবা পাওতাক ঙাক্কনি। **ব্রাহ্মগী মবল ফনা লৈদুনসু, জ্ঞানগী ফনা থাক বাংলবসু, থবক্কবু শিজিন্নদ্রবদি পুম্নমক অদু অবেম্বনি।** বেদগী, উপনিষদকি অমসুং সাস্ত্রগী পাওতাকশিং অদু কনাগুম্না অমগী চানবা পান্সদা শিজন্নগে হায়ববদি "ঐ খঙই" হায়বা বাখল অসি মক ফক্তোকখিগদবনি অমসুং মমিৎ অদু তশেংনা পাঙথোক্কনা চপচাবা মচং অদুদা যেংশিনগদবনি অমসুং মনুং যৌশিন্না খন্তগদবনি। অদু ওইববদি মী অমনা শোযদনা চাঙজৌ নাযদ্রবা নুংঙাইবদু ফংগনি।

পনচাঙ্গনা নোংগী চাং অসি ইউনিট তরা তাগনি হায়না উৎপা যাই, অদুবু কালেন্দব অদু কয়ারক থুপলগা শুমলবসু নোং মরিক অমা ফাওবা ফংবা ঙম্লোই। কালেন্দর অদুগী মথৌদি নোং পীবদু নত্তে, নোংগী মনমদা পাও খব পীবদুনি। মদুগী লমায়শিংদা নোংগী ইউনিট তরাদু য়াওবা নত্তে। নোংদি মথক্তা লৈবিবা লৈচিলদা যাওবনি। মতৌ অসুম্না, সাস্ত্রশিং অদুনা পাওতাকশিংগী, নিয়মশিংগী, মথৌশিংগী মনমদা পাও পীবখক্তনি। বেদশিংগী, অমসুং উপনিষদশিংগী, সাস্ত্রশিংগী মকুওইবা অথোইবা মগুণদি মখোয়না শান্তি অমসুং নিংতম্না ফংনবগী উপায়শিং, পান্বেশিং অদু পীবদুনি। অদুবু মখোয়দা অসিগুম্বা চাংজৌ নায়দনা নুংঙাইবা অসিদি যাওদে, কনাগুম্বা অমনা লাইবিকশিং অসি শুমদনা লৌথোকপা য়াগদবা মওংদা যাওবা নত্তে। মখোযদা তাক্লিবা অদুগী মতুংইন্না, কনাগুম্বা অমনা লম্বী, মায়গৈ অমসুং পান্দম, পম্বুং অদু পুথোকচগদবনি; মশানা লম্বী, মায়গৈ অদু ইনবা তাবনি অমসুং পম্বুং অদু যৌবা তাবনি। অদুবু কবিগুম্বা, 'ঐ' হায়বা ৱাফম অদুনা "ঐখোয়না খঙই" হাযবা নাপল অসি পুথোরকপা তারবদি, শোয়দনমক্কি তুগনি; মদুগী মায়া অদুনা শিনবগী মবম ওইগনি। অবান খুভম ফংনবগী অথুপ্পা ৱাফমদি মসিগী খুদোংথিবা অসি ভাব তাবদা লৈরে; মসিগী খুদোংথবা অসিবু লৌথোক্রবদি শোয়দনা অমুক হন্না পোক্লগনি।

পূম্নমক অসি মুন্না খঙলগা, নহৎক্না আধ্যাত্মিক্কি খোঙজংদা লুপশিল্লবদি সংসার অমসুং মসিগী লাংতক্লবা ময়াম অসিনা নহাকপু শোকহল্লরোই। মসিগী অচুম্না অসিদগী লাপথোক্লবা মতমদতনি

নহাক্লা রাগদৌবিবা অমসুং অবা-অনা কযা থেংনগদৌবিবা। বাজাব অমদগী লাপ্তুক ভৌবা মফম অমদদি, কনাগুম্বা অমনা চাউখ্রবা মযেক শেংদবা মীনিলখোল অমা তার্গনি। অদুবু, ঐখোযনা মনাক্তা চঙশিল্লবা মতমদদি তোঙান-তোঙান্না ঙাঙনবিবশিং অদু মযেক শেংনা খঙবা ঙমই। মতৌ অসুম্না, পরমাত্মাগা অশেংবা অসি খঙদ্রিফাওবদি নহাকপু সংসারগী লাঙলিবা মযাম অসিনা খুদুম চনখিগনি, অদুবু নহাক্লা অমুক্তং আধ্যাত্মিক্তি সংসার অসিদা লুনা লুপশিনখ্রবদি, খুদিংমক লোযনা তশেং তশেংগনি, অমসুং অশেংবদুগী জ্ঞান অদু নশাদা পোকলক্কনি। মদুগী থাক অদু যৌদ্রিফাওবদি, নহাকপু কান্নদ্রবা, যাম্মা নিন্-খোংনা যেৎনবা অমসুং হৈবে হাযনা উৎনিংবগী মৌবাশিং অসিনা অদুম ফাখিগনি।

**ভক্তিগী লম্বীদা সাধকশিং ঃ**

লেঙদ্রবা অদুবু ভাক্তগী লম্বীদা থিবিবা সাধক খুদিংমক্লা মগুণশিং অসি লৈহন্নবা হোৎনগদবনি : মহাক সংসার অসিগী অবা-অনাশিং, তমথিবশিং অমসুং ওইদবশিং অসিদগী লাপথোক্কদবনি অদুগা অচুম্বা, অফবা, নুংশিবা অমসুং শান্তিগী থবক্তা চৎনবা হোৎনগদবনি। তশেংনমক মসি ভক্তিগী লম্বী হাযবদুনি। ঈশ্বরগা অমতা ওইবগে হাযনা থিবিবশিং, সংসারগী যাইফনবা থিবিবশিংনা থাগৎপা অমসুং চৈনা, য়াবিবা অমসুং যাবিদবা, চাউখৎপা অমসুং অবাবা তাবা অনিমক্তং কান্নদবনি হাযনা থাদোক্কদবনি। মখোযনা মশাগী নুংগী অশেংবদা যৌনা ফনা থাজবা লেঙদনা থমগদবনি অমসুং মশামক আধ্যাত্মিক থাক

ব্রাংখৎহন্নবা হোৎনবদা কখোক্কদবনি। কনাগুম্বা অমতা, মহাপুরুষ ফাওবা যাওনা নত্রগা অবতাব ফাওবা যাওনা, চৈবা থাংবা, মবালপিবা অসিদগী নাম্থোকপা ঙম্লোই। অদুবু মখোয অসিনা মাগী থবক্তা অকাযবা পীগদবদি নত্তে। মহাপুরুষ অমগী নত্রগা অবতাব অমগী অশেংবা মওং-মতৌ অদুদি চৈবিবশিং অদুনা খাংঙমদ্রবা অৱা অনা কযা থেংনববা মতুংদা খঙলকই অদুদগী মখোযবু থাগৎপা হৌবকই। মসিগী শোযবিবগী মবম হাযববু মখোযগী খঙজদবগী অশোনবা অর্দানি। মবম অদুনা, সাধকশিংনা অসিগুম্বা মপূক্লিং লেপ্পুবা অমসুং অপঙবশিং অসিদগী লাপ্না লৈগদবনি অমসুং মহাক্কি থাজবগী মবমদা মখোযগা বাবা শাবোইদবনি অমসুং মশামক অশেংবা লাইবিকাশং পাগদবনি অমসুং ইবুংঙোগী ভক্তশিং অদুগা লোযনদুনা লৈগদবনি। মতুংদা, মদুগী অশেংবা অদুগা থেংনবকপগী লৌশিং অমসুং থৌনা অদুনা কবিগুম্বা খুদোংথিনিংঙাই অমতা লৈতনা উনননিংবা অমগা উনবা যাবগনি অমসুং মশামক্তা উববা অচুম্বা লম্বী অদুদা চৎননবা অতোপ্পদা পাওতাক পিবা ফাওবা যাবগনি।

অফবা থবক ভৌনিংলিবশিং অমসুং ব্রহম জ্ঞান ফংনিংবগী লম্বীদা চৎলিবশিংগী কাংবু ত্রম্চা শগল অহুমখক খঙজিনবা যাই। (১) খোঙজং অসি তৌনবা হোৎনবদা থেংনগদবা অৱা-অনা, খুদোংথিবশিং অমসুং অমাঙবশিংদা যাম্না শাথীনা কিগনবা কাংবুশিং; মখোয অসি খ্বাইদগী খ.ঙনবা কাংবুনি; (২) অৱাবা খুদোংথিবা খব থেংনবদগী মপুক্লিং হন্থখিদুনা, নিঙবা কায়দুনা

মযাযদা থাদোকখিবা কাংবু। মখোয অদুবু মযাযগী কাংবু হায়না কৌই; (৩) লম্বী অদু ফনা যাম্না খুদোংথীববসু, থেংননিংবা মখলগী অৱাবা থেংনববসু, যাম্না নিঙহন্নদনা, থৌনা লৈনা লম্বী অদুদা অদুম চৎপা কাংবু; মখোয অদু খ্বাইদগী অথোইবা মখলগী কাংবুনি। মসিগী অচেৎপা, মসিগী থাজবা, অমসুং মসিগী অতৎ-অথম লৈতবা অসি ভক্তগী মতিক মগুণনি, মওং-মতৌশিংনি।

মাযাগী ওইবা সংসাব অসিনা শুক্ষৎখিদুনা অমসুং ঙাইহাক্কি ওইবা নুংঙাইবনা চিংশির্নখিদুনা, লেঙদনা অমসুং তুংকোইনা নুংঙাইবা ফংনবগী লম্বী অদু খক পীথোর্কখিনু, থাদোকখিনু। মপুং ফাবা ভক্তগা লোযননা আধ্যাত্মিক্কি নথৌশিং অদু মগুম চখৌ।

**পবমাত্মাদি থাজবা অমসুং পুক্লিং চেৎপা য়াওদনদি খঙবা ঙম্রোই। নুংশিবা খক্তগী পান্থৈনা থাজবা পোকলকই; থাজবা খক্তদগী জ্ঞান পোক্লকই; জ্ঞান খক্তদগী পরভক্তি পোক্লকই; পরভক্তিখক্তদগী পরমাত্মা ফংজে।**

অদু ওইববদি নুংশিবা হাযর্বসি কবম্না পোকহনর্গনি? মসি পান্থৈ অনিনা পাঙথোকপা যাই : (১) অতোপ্পগী মবাল নত্রগা দোষ অসি ফনা য়াম্না চাউববসু কবিশু লৈতবনি হায়না খন্দোকপা। নশাগী নবাল নত্রগা দোষ অদুনা কবিশু লৈতবা ওইববসু, মদু অচৌবনি হায়না খনবা, মদুগীদমক নুংঙাইতবা পোকপা অমসুং অনুতাপ তৌবা, উপার্যশিং অসিনা মখাতানা হেন্না চাউবা দোষ, পাপ লৈবা থবক তৌদবা অমসুং ইচিল ইনাওগী ৱাখল ফাওবক্তুনা অৱাবা কয়া খাঙবা। (২) নহাক্লা তৌবা থবক খুদিংমক্তা, নথক্তা ওইববসু

নত্রগা অতোপ্পগা লোয়ননা ওইববসু, ঈশ্বরসি মফম খুদিংদা লৈ হায়বা ব্রাখলসিগা লোয়ননা তৌ। মহাক্লা পুম্নমক উই, অমসুং তাই অমসুং খঙই। নহাক্লা ঙাঙলিবা খুদিংমক, নিংশিংউ, ঈশ্বরনা ব্রাহৈ খুদিংমক তাই; অচুম্বনা কদায়নো অমসুং অরানবনা কদায়নো হায়বদু খঙ্গৌ অদুগা অচুম্বদুতা ঙাঙউ; নহাক্লা তৌরিবা থবক খুদিংমক অচুম - অবান থিদোকউ অদুগা অচুম্বতা তৌ। মিকুপ খুদিংদা ঈশ্ববশি পুম্নমক ঙমই হাযবসি খন্ননবা হোৎনৌ। হকচাং অসি জীবদুগী মন্দিবনি, অদুনা মন্দির অদুদা থোক্লিবা থৌদোক খুদিংমক জীব অদুগী মথৌনি। মতৌ অসুম্না, সংসার অসি জগৎকি ইবুংঙো মাগী হকচাংনি অমসুং মসিদা থোক্লিবা পুম্নমক - অফবা, ফত্তবা মাগী মথৌনি। জীব অমসুং হকচাং অদুগী মবমদা ঐখোয়না খঙলবা ব্রাফমদুদগী, ইবুংঙো অমসুং সংসারগী মবমদা উবা ঙমদবা অচুম্বদু খঙউ'।

জীব অমসুং ইবুংঙো অনিগী লৈনবিবা মরী অনি অসিগী নক্লারবা মরী মতা অসি খুৎলায় অহুমসি ফংবা খুদিংমক্লা ব্রাখলনা লাকশিনবা ঙমগনি (১) অপাম্না অমসুং তুক্কচবনা মোৎশিলহন্দবা পুক্লিং, (২) ওইদবা ব্রাঙাং য়াওশিন্দুনা মোৎশিলহন্দবা ব্রাঙাং অমসুং (৩) হিংসানা মোৎহন্দ্রবা হকচাং।

মপানগী পোৎশিং অসিনা নুংঙাইবা অমসুং শান্তি ফংহন্দে; মখোযদি নশাগী মনুংদা লৈজবনি। অদুবু মীওইবনা পঙবদগী ঙসি নত্রগা হয়েংদি থাদোকখ্রগদবা সংসাব অসিগী মপান্দা মশামক্লা থি। মবম অদুনা, থুনা তৌগৎলু। খুদিংমক্কি মচংশিং খঙনবা হোৎনৌ;

লেঙদ্রবা অচুম্বদু খঙনবা হোৎনৌ। নুংশিবা অদু শাথেংননবা হোৎনৌ, মদু পবমাত্মা মশার্মাক্নি। খোঙথাং খুদিংমক্তা অচুম-চুমদা খল্লু, অচুম্বদু লৌ, অতৈদু শুন্দোকখো। সংসারগী ওইবা অপান্বসি মাগী মিৎযেংদা লৈবিবমখৈ, মতাক অবাবদগী নান্থোকপা ঙম্লোই।

## মুর্ত্তি পুজা ঃ

মুর্ত্তি পুজা তৌবদা যানিংদবা, পংযেৎ যেৎপা মী যাম্না লৈ, অদুবু মসিগী যুম্ফমদি তশেংনা চাউখ্রবা সংসার অসিগী মনুংদা পিকখ্রবদু উবা ঙম্নবগী মীগী শক্তি অদুনি। মুর্ত্তি পূজা তৌবগী কান্নবা অসিদি মীওইবগী থেংনখিবা লৌশিংনা চাংযেং তৌখ্রে, মসিদি মীগী ভাবনা শাবা ব্রাখলগী মখা পোন্দে। ইবুংঙোগী বিরাত স্বরূপতা ফংখিবদু কবি অমতা হন্থদনা, শোযন থেন্নবা লৈতনা মুর্ত্তি স্বরূপতসু ফংই। কবিতাদা সিমিলি, মেতাফোবনা, উপমান্নচিংবনা মথৌ পাঙথোকপগুম, মগুণ হাপ্লগুম মুর্ত্তিশিং অসিনা চপ মান্নবা মথৌ তৌই। মখোযনা নৈনদুনা, তাকই, শন্দোক্লা তাকই, অমসুং ভাব তাহল্লি।

পোৎ অদুগী মওংনা মীওইবদা নুংচাইবা লাকপা নত্তে, মখোযগা লৈনবা মবী অদুদগী লাকপনি। মমা অমদা নুংচাইহল্লবসি অঙাং অমনা হেক্তা নত্তে, মাগী মচা অদুননি। মতৌ অসুম্না ঐখোয খুদিংমকসু অমসুং পোৎ পুম্নমকসুনি। জগৎ আসদা লৈরিবা খুদিংমক্না কনাগুম্বা অমনা মবী অদু লৈনবা ঙম্লবদি শাদগুম্না ঈশ্বরগী প্রেম কযাদা মথুম-মবাং তৌনিংঙাই ওইখ্রবা নুংচাইবদা,

তশেংনমক থেংনবা ফংগনি। মদু মশাদা ফাওগ্রবা কাংবু অদুতনা ভাব তাগনি।

**তম্বা ঃ**

বেদগী ব্রাফমশিং অমসুং পুরানগী ব্রাফমশিংসি পাবদা অমসুং তাবদা মতিক চায়। ঈশ্বরগী মমিং অসিদি শোনগদবনি অমসুং তাগদবনি। অনাবা খবগীদমক্তা হকচাংগী মপানথংবা শরুক্ত শিজিন্নবা হিদাক পীরি, অদুগা খর অমনা হকচাংগী মনুংদা শিজিন্নবা পীরি। অদুবু, অসিগুম্বা জগৎ পুম্নমক্কি ওইবা পোকপা শিবগী অনাবা অসিগীদমর্ক্তদি, তাবা (শ্রবন), শকপা-শোনবা (কীর্তন) অমসুং অতৈ হিদাকশিং মপান অমসুং মনুং অনিমক্তা শিজিন্নবা পীরি। কনাগুম্বা অমনা ইবুংঙো মহাক্কি মমিংসি শোনসু শোনবা তাই, তাবসু তাবা তাই। সাধক অমনা, ঈশ্বরগী থৌজাল ফংবা য়াই, গুরুগী থৌজাল ফংবা য়াই অমসুং ইবুংঙো মাগী মনাই ভক্তশিংগী থৌজাল ফংবা য়াই। অদুবু, থৌজাল পুম্নমকসি মহাক্না অতোপ্পা থৌজাল অমসু ফংদ্রবদি করি অমতা কান্নরোই, মদুগী থৌজাল অদুদি মহাক মশামক্কি ওইবা নুংগী খঙবা, ভাবতাবা, মাগী অন্তঃ করণ অদুনি। মসিগী থৌজাল অসি যাওদ্রবদি, মহাক পুম্মাঙ মাঙই, মবমদি অতৈ পুম্নমক্কুগী হিসাব, রেকোর্ড লৈতে।

ঈশ্বরগী থৌজালসি ইরায় লায়না হেক্তা ফংবা ঙমদে। 'ঐ' হায়বা ব্রাখল-অহংকার অসিনা মী অমবু হায়হল্লি - "ঐনা তৌবনি" - অসিগুম্বা ব্রাখল অসি থম্মোয়দগী মরু ফুক্তৎকদবনি। মীপুম খুদিংমক্না লাইবক হৈবা ওইরো, নত্রগা হৈতবা ওইরো, ঈশ্বর

খঙনিংবগী অকনবা ৱাখল লৈগদবনি। ঈশ্বরদি মাগী মচাশিংদা চপ মান্নবা নুংশিবা লৈ, মরমদি ঙালহনবা হায়বসি মঙালগী হৌনশানি। ঙালহনবা অদু শিজিন্নদুনা, খর অমনা অফবা লাইরিকশিং পাবা য়াই অদুগা খর অমনা মখোয়গী নোংমগী ওইনিংবা থবক অমা ওইবদা, মদু তৌবা য়াই। মতৌ অসুম তৌদুনা, ঈশ্বরগী মিংখৈ শোন্দুনা কনাগুম্বা অমনা ঈশ্বর ফংজনবগী মায়কৈদা চংশিনবা য়াই, অতোপ্পা অমনা ফত্ত্রবা থবকশিং তৌখিবা য়াই! পুন্নমক অসি মঙাল অদু মতৌ করম্না শিজিন্নগদগে হায়বদুগী মখা পোল্লি। অদুবু ঈশ্বরগী মমিংদি অশোয়-অঙাম, মরাল অমতা লৈতে, মতম পুন্নমক্কি ওইনা লৈতে।

## সনাতন বিদ্যাগী তঙাইফদবা ঃ

মীওইবনা মখোয় মশাসি মশিং লাকঙমদ্রবা শিল্লম কয়াদা অমসুং বিজ্ঞানদা তমখ্রবা, হৈখ্রবা নত্রা? মখোয়না মশিং লাকঙমদ্রবা মেছিন পুখোকখ্রবা নত্রা? মখোয়না লৌশিং জ্ঞানগী পুক্কে কয়া পৈশিনখ্রবা নত্রা? পুন্নমক অসি ওইদুনসু, নুংঙাইবগী তঙাইফদনা চঙলিবা পুক্নিংগী শান্তি অদুদি ফংবা ঙমদ্রি। মদুগী মহুত্তা, নোংম-নোংমগী হৌখিবগা লোয়ননা মসিগী বিদ্যা অসিনা মীওইববু হেন্না হেন্না খুদোংথিবদা চিংশিল্লি অমসুং শান্তি হায়বসিনা সুম-সুম হেন্না লাপথোকখ্রি।

মসিগী মরম অসি অসুম্ননি হায়বা য়াই। মসিগী মহৈশিং অমসুং বিজ্ঞানশিং অসিগী ঙাইহাক্কি ওইবা, তুংকোইদবা মমল লৈ; মেছিনশিং অসিনা সংসারগী ওইবা নুংঙাইবা পী; মসিগী জ্ঞান

অসি ঙাইহাক্কি ওইবা পোৎশিংগীনি। মসিগী বিদ্যা অসিনা বিশ্ব-জগৎ অসিগী খ্বাইদগী নুংগী ওইবা অরোম্বা অদু খঙহন্দে। অরোম্বা অমখক লৈবি মদু খঙলবদি অতৈ অরোনবা পুম্নমক অরোনবা ওইদ্রে; মদুগী সমস্যা অদু লোইশিল্লবদি, অতৈ পুম্নমক লোইরে; কিসি অমখক লৈরি, মদু থোক্লবদি, অতৈ কিসি পুম্নমক কোমথোরক্লে। বিজ্ঞান অমখক লৈরি, মদুবু নিংথিনা হৈরবদি, পুম্ন মক লোইনা হৈরে। মদুগী মরুওইবা বিজ্ঞান অদু সনাতন বিদ্যা অসিনি।

উ অমা মাঙহনবা তারবদি, মাগী ময়োল, মকদু ককপা তাবনি; মনা ময়াম অদু অমমম্ হেক্কুনা হাৎননবা হোৎনবনা কবি অমতা কান্নরোই। মদুনা মতমসু য়াম্না কুইনা চঙগনি, অদুদা নত্তনা থবক অদুসু ওইথোক্তবসু য়াই। থাইনগী বেদগী পণ্ডিতশিংনা মসিগী বিদ্যা অসি খঙখি, অদুবু, ভারত মচাশিংনা মখোয় অদুবু মখোয়গী মরী মতানি হায়বদা ইকায়বা ফাওরি, হায়নিংদ্রি। মখোয়না কন্না লাইনিং লাইশোল তৌজবদুনা ঈশ্বর উখি অমসুং মাগী থৌজাল ফংখি। মখোয়না অসুক থৌনা ফনা ফংজখিবা বিজ্ঞান অদু মপুংফানা শুগাইনা তাকখি। অতোপ্পা লৈবাক্তগী থিরকপশিংনা হায়রিবা লাইরিক অসি পাখি অমসুং হায়খি মদুদি ভারতনা পৃথিবী পুম্নমক্কি মৈবুল অমা চুখৎপিখ্রে। মসি ঙশেংনা খঙনরবা ব্বাফম্নি। থাংমৈ অদুনা যুম অদু ঙালহল্লি অদুবু থাংমৈ অদুগী মখোঙমক্তদা, অমম্বা লৈই অকোয়বা অমা লৈ। ভারতনা মদুগী লন অদু খঙদে নত্রগা থৌশাদে। মসিবু ঐখোয়না লাইবক্লা তম্বনি হায়সিরা অমসুং তুমিন্না লৈসিবা?

হৌখ্রবা যুগশিংদদি ভারতবাসিশিং অসিনা মখোয়গী নুমিৎ খুদিংগী তৌফম থোকপা পুজাশিং তৌনরমই, অশেংবা মফম অমদা ফর্মখি অদুগা বেদশিং অমসুং উপনিষদশিংগী ব্রাফম পুক্লিং চঙনা নৈনখি। অসিদা নত্তনা, মখোয়না থেংনখিবশিংদু অতোপ্পগী লমজিং ওইননবা অমসুং থেংনখিবশিং অমুকহন্না মখোয়গী মকোক্তা পুরক্লবগীদমক ইশিন্দুনা থমখি। অদুগা, মখোযগী মচাশিংনা অমসুং মশুশিংনা লাইরিকশিং অদু লাইখুরুমফমদা থমখি অমসুং নিংথিনা পুজা তৌজখি। থৌশাবিদবদগী মখোয় অদু উফুল নত্রগা পোৎথি-পোৎকুম ওনখ্রে; কোনা মনাশিংদু মচেৎ মচেৎ কেনখ্রে অমসুং উচিনা চাথোকখ্রে। অদুবু নোংচুপলোমদগী লাকপা যাম্না খঙনিংবা ছাত্রশিংনা মসিগী মথি-মকুমশিং অসি থিদোকখি অমসুং মসিনা চাংদমনিংঙাই লৈত্রবা ব্রহমজ্ঞান অমসুং মমল নায়দ্রবা লৌশিংগী মণি-মুক্তাশিং পী হায়বা খঙলদুনা মকোক্তা যাম্না ব্যবহাব, সনমানগা লোযননা থাঙ্গৎখি অমসুং মখোয় মশাদা অমদি মখোয়গী মচাশিংদা ভারতখণ্ডনা পীবা মমল যাম্লবা খুদোলনি হায়না লাউথোকই। মখোয়না মমিত্তা হরাও মীনোক্কা লোযননা অমদি থম্মোয়দা থাগৎ ব্রাহৈগা লোয়ননা সমুদ্র লান্না পুখি।

হৌজিক ভারতকি অঙাংশিংনা করি তৌবি হায়বসু ঐনা ফোঙদোক্লসিরা? মখোয়না লাইরিক অদু হাংদোকপসু তৌদে, পাবসু পাদে নত্রগা মশাদা অদুগুম্বা লাইরিক লৈ হায়বা সিফাওবা খন্দে। লাক্ষ তবাগী মনুংদা অমখক্লা মখোয় অদুবু পারি। অদুবু, মহাকসু অমুক অপঙবনি, মচিং-মছোন নাইবা মীনি হায়না করেম্নবিরি। ওইদবা, শাজিন্নবা মযামগী খোমজিনবনি হায়না

লাইবিকশিং অদুবু নোক্লবিবি অমসুং লাইবিক অদুগী ইতিহাসকি মবম অমসুং কনানা ইবনো হাযবনচিংবগী মবমদা যেংলি। মখোযনা সংস্কৃত মবোল অসি তম্বদা যাম্না ব্লাই হাযদুনা থাদোকই অমসুং লন অদু অতোপ্পা লমগী স্কোলাবশিংদা পিথোকখি। কযাদা অবাবগী মশক ওইখ্রবা দৃশ্যনো? মখোযনা মশাগী মমালোল তম্বদা পুক্লিং খজিক্তং চঙলম্লবদি মদুদনসু অমাঙবা খবদি হাঞ্জল্লম্বা যাবনি; অদুবু মসি ফাওবা মখোযনা তৌদে; মসি থৌশাদবনি, মফম খুদিংদা থৌশাদবনি।

নত্তে। সংসাবগী নুংঙাইবদ' ঐনা নিন্দা তৌদে। মযাম্না নুংঙাইববদি ঐহাকসু নুংঙাইজে। অদুবু, চানবিদুনা মসিগী নুংঙাইবসি তুংকোইনগীনি হাযনা থাজবিগনু। সংসাবগী নুংঙাইবা ফংনবা নখোযনা মতে অমসুং বিজ্ঞান পুম্নমক তম্বা অদু ঐনা পামই। অদুবু, মসিগী নুংঙাইবা অসিদি তুংকোইনা চৎকদবা নত্তে হাযবসি পুম্নমক্তা নির্শংবা পামই।

লেঙদনা, মতম পুম্নমক্কি ওইনা নুংঙাইবা অদুদি বিদ্যা অমখক্তংগী পান্বেনা ফংবা ঙমই, মদু উপনিষদ বিদ্যা অসিনি। মদুদি ঈশ্বর ফংনবগী বিজ্ঞাননি, মদুনি ঋষিশিংগী পাওতাক। মদু খক্তনা মীবু কনবা ঙমগনি অমসুং শান্তি পুংহনবা ঙমগনি। মদুদগী হেন্না ব্লাংবা অমতা লৈত্রে; মসি যেৎননিংঙাই লৈত্রবা অচুম্বা ব্লানি। নঙগী নুংঙাইবা অমসুং অবাবা কযা লৈববসু নঙনা জীবিকাগীদমক ওইনিংবা বিময অমদা অখন্ননা হৈববসু; নখোযগী মিৎযেং অদু ব্রহম-বিদ্যাদা ওনশিল্লু। ধর্মগী ব্লাখল অমসুং থবক যাওদনা লৌশিং

খক্তং মচিন তুমহল্লবদি অমসুং কোক্তা চুম্নগী পাও খক্তা তুংশিন্দুনা থম্বনদি, পৃথিবী অসি চাউখৎপা ঙম্লোই অমসুং মসিগী নুংঙাই য়াইফবসি খুদোংথীবদা লৈগনি।

অদুবু ঙসিদি মীশিংসি অফবা থবক তৌবদা থাজবা মাঙখ্রবগুম তৌই, মরমদি ঙসিগী শিক্ষাগী পথাব অসিনা আধ্যাত্মিক্কি পাবাশিংগী মফম অমতা পিদ্রে। অশেংবা শিক্ষা হায়বদুদি ব্রেনসিদা পুঙম লাকঙমদবা বাফম খবনা থম্না নমশিনবা অদু নত্তে। মী অমবু শক তাক্লিবা গুণশিং অদুবু মপুং ফানা শাৎকায়নবা মপুং ফানা খুদোংচাবা পিবিবা পথাব অদু খক্তনা অফবা, কান্নবা ওইগদবনি।

**পোৎকি ওইবা সংসার অসি অওইবা নত্তে ঃ**

তশেংনা মীনা মমি উই অমসুং মদুবু পোৎ অর্দনি হায়না লৌই। মখোয়না অশাংবা, অপাকপা, অবাংবা অমসুং অগালা উই অমসুং খুদক্তা ব্রা লোয়শিল্লি মদুদি মখোয়গী মমাংদা পোৎ অমা লৈবে। মখোয়না ব্রাখল কয়া মথং-মথং ফাওই অদুগা নির্দেশংবা কয়াসু ফাওই, মদু পুম্নমক অমতা ওইনা তিনশিল্লগা মখোয়না লৌই, খল্লি মদুদি মখোয় অদুবু থোকহন্বা পোৎ খবা লৈবে। মাসগী অশেংবগী শক্তমবু লান্না লৌবিবা অসিবু মখোয়না ওন্ন-তৈননা জ্ঞান হায়না কৌরি। মসিবু করম্না জ্ঞান কৌগদৌববনো? মী অমগী মমি অদুবু 'মহাক' হায়বদি মী অদু ওইবা ঙমব্রা? মমি অদবু 'মহাক্কি' হায়না লৌববদি, মদুবু ঐখোয়না লৌশং হায়না কৌবা য়াবব্রা? লৌশিং পুম্নমক্কি মওং-মতৌসি হৌজিক অসুম্না লোইনা ওইবে। ঐখোয়না পোৎ অমনি হায়না খঙলিবদ্ অশেংবা শুংনৎ নত্তে; মাগী অশেংবদুদি খঙবদা যাবা পোৎ ওইদে।

অদৱাইতিন (Adwaithin) অমনা থাজৈ, "অহম্ ব্রহমাসমি", "ঐহাক ব্রাহমন্-নি"। মদুগী থাজবদু মহাক করম্না ফংখিবগে? মহাক্না অসুম্না হায়রিবনা করিগীনো? মঙোন্দা হঙউ, পাওখুম অদু অসিনি - "শ্রুতিনা অসুম্না হায়রি, গুরুনা অসুম্না য়াদে। নুপা অমনা ৱাহৈ অহুম - অহম্, ব্রহমা অমসুং অসমি অসি মপুংফানা হৈরবদি মহাক ব্রাহমম্গা অমতা ওইবদু ফংগ্রবরা? ফংদে, অরেপ্পা লৈতনা মপোক কয়ারক ফাওবদা হোৎনবনা অমসুং লাইরিক্না হায়বা মথৌশিং চুম্না পাঙথোকপা থবকশিংনা পুকনিংবু শেংদোক্কনি। অসিগুম্বা পুক্লিং অমদা, ভক্তিগী মকশিংদু মতোল চোংই অমসুং মদু যাম্না চেকশিন্না অমসুং হৈ-শিংনা য়োকপিরবদি, লৈশিং শাৎলকই, উহৈশিং পাল্লকই অমসুং মুল্লকই, অমসুং অথুম্বা অমসুং মনম নুংশিবনা পিক্ থাঞ্জিল্লকই। উহৈ অদু চারবা মতমদা, মী অমনা পুমথোই থোইবদুগা অমতা ওইরকই, পোৎ পুম্নমক্তা শিনথুংনা য়াওবা শক্তি, ধর্ম পুম্নমক্তা য়াওবা শক্তি অমসুং মতম পুম্নমক্তা লেঙদনা য়াওবা, খঙবা (Conciousness) অমসুং নুংঙাইদুনতা লৈবা শক্তি অদু ওইরকই।

কনাগুম্বা নুপা অমনা 'অহম ব্রহমাসমি' হায়বা ফোরমুলা অসি - চুম্না থীবা য়াই; ৱাহৈগী হৌরকফম মরু, খোম্থোক, উচ্চারন লোয়না চুম্বা য়াই; অদুবু মহাক্না 'সংসার' অসিগী মরমদা খঙদ্রবা, 'ঐ' হায়বসি খঙদ্রবা, অমসুং 'ব্রাহমম্' হায়বসি করিনো হায়বসি কবি অমতা খঙদ্রবদি, মহাক্না জ্ঞানি অমগী তাঙলবা নুংঙাইবগী মহাও অদু ফংবা ঙমগদ্রা? ৱাহৈ খরা ঙাঙবা হৈবা অমসুং মদুগী অর্থ খঙবদু নত্তে দবকাব ওইবিবদি, পোৎশক অদু খঙবা, থেংনবা অদুনি; মখোযশিং অসি তঙাইফদবশিং অদুনি।

লৈখোম - লৈবাক খক্তমক অশেংবনি, অওইর্বনি। চফু হায়না খঙলিবদুদি লৈখোমদুগী মবমদা খঙদবননি; লৈখোম অদুনা লেঙদবা য়ুম্ফদুনি, চফু অদুবু শারিবা পোৎচং অদুনি। লৈখোম য়াওদনা চফু অদু লৈবা য়াগদ্রা? থোকহল্লক্লিবা মবম অমা লৈতনা ফল খক্তমক লৈবা য়াব্রা? সংসার অসে খঙদবা মী অমদদি ময়াম ওইনা উই। জ্ঞানি অমদদি ব্রাহম খক্ত ওইনা উই, ব্রাহমম্ অদুগী মথক্তা অতৈ পুম্নমক অসিনা ননশিল্লগা লৈ। আত্মা খক্তা মহাক্লা শক খঙই; অতৈ অতোপ্পা অমতা লৈতে। মদুনি অদব্রাইত অমনা থেংনরিবসি।

সংসার অসিনা অশেংবা ওইববদি, মদু মঙ অমতা মঙদবমখৈ য়াম্না নিংথিনা তুম্লিঙৈদসু খঙগদবনি; অদুবু মদুগী মতমদা মদু ঐখোয়না খঙবা ঙমদে। অদুনা উবা ঙম্লিবা সংসার অসি মঙগী মতৌগুম্না অশেংবা নত্তে। মাযানা থৌরি অমদা লিন্ ননশিনবগুম, সংসার অসিসু ব্রাহমম্দা ননশিনবনি। মতম অমতদা লিন্ অমসুং থৌরি অদু উবা ঙমদে; থৌরি পুম্নমক্তু লিন্নি। মতৌ অসুম্না, ব্রাহ্মম্ হায়বসি সংসার পুম্নমকসিনি, য়ামখ্রবা মমিংশিং, মওংশিং অসিনি। অদুবু, মসিগী ভাবনা শারগা পুথোরকপা ব্রাখল অসি তশেংবদি ওইদবনি, ব্রাহমম্ খক্তনা অচুম্বনি।

অতিয়া অসি য়ু য়াওবা চফু অমদা অদুম মমি তাবা যাই, অদুবু য়ু অদুনা মদুবু মোৎহন্দে। মতৌ অদুগুম্না, মসিগী গাডি- হকচাং অসিদসু আত্মাসি য়াম্না শেংনা, মোৎহন্দনা লৈ। তৌথিবা থবক্কি ফল অফবা, ফত্তবা, ফজবা, অথিবা পুম্নমক হকচাং অসিদা লৈ,

মনুংদা লৈরিবা আত্মা অদুদা লৈতে, পুন্নমক উরিবা, য়েংলিবদুদা লৈতে।

অসিগুম্বা জ্ঞান অসিনা ঙাম্থোরক্লবা মতমদা, কর্ম মখল অহুমগী - অগামি, সমচিতা, প্রারব্ধ অহুম অসিগী অমম্বা মমিশিং অদু মসিগী মমাংদা চেম্থোকই। হোই; প্রারব্ধ কর্ম ফাওবা জয় তৌবা ঙমই। মরমদি, ঈশ্বরগী অনিংবা অসি পুন্নমক ঙম্বনি, অমসুং পুন্নমক ঙম্বা হায়বসিগী ঙমখৈ, সিমানা নত্রগা য়াদবা হায়বা পোৎ অমতা লৈতে। নহাক্না সাধনা তৌদুনা ঈশ্বরগী সংকল্প অদু ফংজববদি, সংকল্প অদুনা নহাক্না প্রারব্ধবুসু জয় তৌবা ঙমগনি। করিগুম্বা হিবম অমতদা নিংহন্নবা তৌগনু।

মসিগী সংসার অসিগী অৱা-অনা পুন্নমক অসিদি মায়ানি অমসুং ঙাইগাক্কি ৱানি। নঙগী পুক্লিং অদু য়াম্না চেৎনা মসিগী চাউরবা অচুম্বা ৱাফম আসিদা চংশিল্লু, য়ুংশিল্লু অমসুং থৌনা ফনা ভক্তিগী সাধনাগী লম্বাদা চংশিল্লু।

**পুন্সি হায়বসি থৌওং, থৌরমশিংগী মখা পোনবা খোঙচৎ অমনি ঃ**

মী পুন্নমক অসি থবক থৌরম কয়ামকমদা লুপ্তুনা লৈ অমসুং মখোয় মখল মখেলগী থৌবমশিংদা হোৎনদুনা লৈ। মখোয় অদু অসুক্কি মতিক য়ামখ্রে মদুদি করিগুম্বা মতমদা কনাগুম্বা অমনা পুং কুনমবিগী মতম অসি মাগী নোংমগী থৌ ময়ামদু পাঙথোক্লবা হোৎনবদা যাম্না তেংমনবগুম ফাওই। থকপা, চাবা, লাইরিক পাবা,

চৎপা, ফম্বা, অমসুং মসিগী মথক্তা, মচ মচুবা, তুঙ্কচবা, নাপললতৌবা, থাগৎপা, কপ্পা, নোকপা, .. নচিংবা থবক থৌরমশিং অসি লোইবা নাযদনা চংখ্রে মখোয় অসিনা পুন্সি হাযবসিগী মতম অসি পিক থলহল্লি। মসিগী থবকশিং অসিনা যাম্না নকশিন্না পুক্লুংদা নপশিন্দুনা লৈ। মসিনা পন্সি হাযবসি অসিগুম্বা থৌওং মযম অসিবু খোমজিনবগী লৈনগুম মালহল্লি. মসিনা মী হাদুগা লমা লা অমম মশাক অম। ওইবগা মাকক মগুন্দা মমি অমা তাইনগনি।

থবক থৌওংশিং অসি মথল আনি শুই অফবা অমসুং ফত্তবা। মী অমগী পুন্সিদা আনা অসিনা পীাববা, থোকহল্লবা ফল অদু খন্নগদবনি। হকচাং অমগী চাহ অহাং ওইরিবইদা তৌখিবা থবকশিং অসি অহাং অদুনা শ্রেং মথক্তা ইবগুম্না অদম কাওখি। অসুম্না মী অমগী অহা, ওইরিবইদা মতমগা থৌদোকশিং অদু কাওবদা কাওথোকপ্রবদা, হৌখ্রবা পুন্সগী থৌদোকশিংদি লএম্না নিংশিংবা ওমগানি মসিগী বাফর্মসিমস্ দা কন্দা থনপ্লগ , মসি অবানবা নাফম ওইগনি মদুদি নিংশিংবা ওম্না থৌদোকশিং অদুতা থোকখি নত্রগা মদুনা লমচৎকি ফিভম্ শেমাখ। মমাংদা থোকখ্রবা থবক থৌবমশিং অমসুং মতুংদা থোকহলকখিবা থৌবমশিংনা নমদুনা কাওহনখ্রবশিং অদুনা মখোয মখোযগী মমি থব থব পাক্লুংদা তাহল্লমখি। মদুগী মথি-মকুমদু লৈহৌই। নহাক্না তমলমদাইদা নোংমদগী থোকখিবা পুন্নমক্ অফবদগী, ফত্তবদগী, অপিকপদগী, অচৌবদগী লোযনা নিংশিংবা থোক্লোই। মনুংদা যাম্না লুনা চঙখিবশিং অদুতমক্ নিংশিংবা ওমগনি।

নোংমর্থক্ক থৌদোক ফাওবদা অসুম্না ওইববদা, অৱাবা নত্রগা নুংঙাইবগতা লোযনবা থৌদোক নত্তনা অতৈ পুম্নমক্ লোযনা কাওববা মতমদা, হৌখিবা চযোলদা নত্তুগা থাদা নত্রগা চহি কযাগী মমাংদা থোকখিবশিংদুগী মবমদদি কবি হাযবনি? মকুওইবা থৌদোক খব অদুতা তশেংনা ইশিন্দনা লৈ। অতৈদুদি মথোং মবম খঙখিদ্রে, কাওখ্রে, মাংখ্রে। মখোয খবসিনি সংস্কাব (Samskaras) কৌবদু।

মাশং লাকচমদনা পাঙখোকালবা থবকশিংদগী, যমখ্রবা থেংনবকখিবশি, অমসু, খোমজিল্লকখিবা জ্ঞানশিংদগী, তোঙান তোঙানবা থৌবম কযাদগী তমলকখিবা মখল মথেলগী পাবাশিংদগী মীনা মাগী শেঙ্গং ওইনা মাব নত্তুগা মঙাদং, মপাঙ্গল লৈনা, মপাল-মবা তাহন্দনা মকওইবা ওইনা থমতৌই।

**পুন্সিগী শিনফমদা লুপখ্রবদা, মী অমনা সংস্কাব খক্তমক তানশিল্লি ঃ**

ললোনবা নুপা অমনা চযোল অমা নত্রগা থা অমা নত্রগা চহি অমা লোযবগা মাগী চংখিবা, লেমহৌবা হিসাব তৌদুনা যেংই অমসুং কযা যাম্না তানবা ঙম্লবগ হাযবদু খঙনবা হোৎনৈ। মতৌ অসুম্না, পুন্সি হাযবা শিনফম অসিদসু, পীথোকখিবা, লৌশিনবা পুম্নমক যাওশিল্লগা মচেৎ খবদি শোযদনা তানশিল্লি। পুন্সি অসিনা হেক লোযবা মতমদা, অদুগী তানশিনখিবা খব অদুনি নিংশিংলক্কদৌবিববসি। অবোইবা মিকুপ ফাওবদা লেঙদনা নিংশিংদনা লৈবিবা থেংনখিবশিংদো, পুন্সিদা থোকখিবা মযামদু

হৌজিক লেপ্লিবা পুন্সি অসিগীসু নমজিং ব্রাখল ওইগদবনি, মবমদি সংস্কাব হাযবসি চৎলিবা খোঙচৎ অমসুং লাক্কদবা খোঙচৎ আনমক্কি পাগ্রশিং ঙাক্কনি।

মবম অদুনা, *হযেংদগী হৌনা, শিবা হাযবসি মতম পুম্নমক্তা নিংশিংদুনতা লৈয়ু,* শিবা হাযবসি শোযদনা খোক্লগদবনি, অমসুং পান্সগী খোংচঙ নশ্ব অদু পুম্নমক্কি অফবা ব্রাখলগা লোয়ননা, অচুম্বগা ঙাঙদুনা, অফবশিংগী শক্তা খদুন, অমসুং *পুক্লিং অদুনা মতম পুম্নমক্তা ঈশ্বরতা খন্দুনা লেপ্লু।* ফজবা থবকশিং থাদোক্লুনা, তুক্কচনিং চুক্ত অমসুং অকায অতোই ওইবা যাবা বাখল থাদোক্লুনা তিংউ, অদুগা সংসাব অসিদা যাম্না পামশিনগনু। মহাক্না পুন্সি অদু অসুন্না লেপ্লবদি, নত্তক্কি অবোইবা মিকুপ অসি যাম্না শেংগনি, থুমগনি অমসুং থৌজাল ফংগনি। মসিগী ফিভম অসি শোযদনা ফংনবগীদমক্তা, নিযম নাইনা মতম শাংনা পুন্সি চুপ্পা হোংনবা দবকাব ওই। পুক্লুং অদু অফবা সংস্কাবশিংদা ওনাশনগদবনি। মীপুম খুদিংমক্না মশাগী মবাল যাম্না কন্না থিদোক্কদবনি অমসুং মশাগী দোষ পুংথোক্কদবনি অমসুং মদু চুমথোক্লবা তোৎনগদবনি। মীনা মশাগী অশোযবা খণ্ডনববা মতমদা অমসুং মদু লোৎশন্দ্রবা মতমদা, মহাক অমুক হন্না পোক্লবগুম্বনি। মসিক নদদগীদি অনৌবা অঙাং ওইবা পুন্সি অমদগী ইনৌ নৌনা হৌবে। তশেংবা স্তান তাবকপগী মিকুপ হাযবদু মসিনি।

পুন্সি হাযবসি অতৎ অখম নৈতনা অশিবনা যেৎশিল্লি। অদুবু, মী অমনা "অশিবা" হাযবা ব্রাহৈ অসিফা ওবা তানিংদে। ব্রাহৈ অসি

তাবদা অ-মঙ্গলগী মশক্তি হায়না লৌনৈ, বাহৈ অদু ফনা যাম্না তানিংদ্রবসু, হিংলিবা জীব খুদিংমক মিকপ খুদিংগী নকশিন-নকশিন্না থৌদোক অদোমদা চঙশিল্লি। খোঙচৎ অমা চৎকে খন্দুনা অমসুং মদুগীদমক টিকেট অমা কল্লদুনা, নহাক্না ট্রেন অমা কাখৎলবদি, নহাক তুমিন্না ফমব্রা নত্রগা হিপ্পবা নত্রগা লাইবিক পাববা নত্রগা মেদিতেসন তৌববা, ট্রেন অদুনা মানা থোকপা অমা তৌদুনা নহাকপু পন্থুং অদু ফাওবা পুর্গনি। মতৌ অসুম্না, মথনাই পানবা পোৎ খুদিংমক পোকপা মতমদা শিননবা টিকেত অমমম্ ফংলকখি অমসুং খোঙচৎ অমদা চত্থবকখি; মবম অদনা, নঙনা হোৎনানিংবা অমা হোৎনববসু, লৌনিংবা চেকাশিন থৌবাং অমা লৌববসু নোংমদি মফম অদু যৌবা ঙাবা। অদুগা অতৈগাদি কদি থোক্কনি হায়বা, চম্না চমদবা যাত, শিবা হাননসুমদি শোন্দ্রবনি। মদুগী আইন অদু হোৎদোকপা শুকতত্ত ওইথাংই।

মীওইবনা মিৎ, নাকোং অমসুং লোদা মতম পম্লবা ফজবতা যেংনবা, অফবতা তানবা অমসুং অক্লাওবদা মাননবা পোর্বগ্রে; হৌজিক্তি মহাক্না নুংসিগী ওইনা নিংন্দনা তাম্বদ দুগুম থৌরং, শুগানবা অমসুং চাদনবা তাম্নবা তাবে। পাঙ্খৎ আসা অফবনোমদা ওনশিলহনবা তাবে; মিকুপ খুদিংদা তৌবদা থবক খুদিংমক মিং যেং অসোমদগী যেংশিনগদবনি। আসঙ্গুম্না থবক খুদিংমক নুঙাংং অমগী খুথা অমনি, মদুনা মী হায়বা নুঙদম অসিগী মাশক অমা ওইবগী গুণ, মওং মতৌ (personality) শোম্লবনি। অমত্তং লাল্লা ফখিবনা নুঙদুম অদু মাঙহনবা অমসুং মওং কায়হনখিবা যাই। মবম অদুনা,

খ্বাইদগী পিকপা থবক ফাওবদা য়াম্না চেকশিন্না অমসুং ভক্তিগা লোয়নননা তৌগদবনি।

ইরাক্লববা মী অমদদি ইকা অমা ফাওবদা মতেং খর লৈ। মতৌ অসুম্না, সংসারগী সমুদ্র অসিদা লাম্থোক্লবা হোৎনরিবা মী অমদা, কনাগুম্বা অমনা অফবা ব্রাহ্মে খর হায়বিবদা মতেং খরদি ওইবা য়াই। অফবা থবক অমতা লেম্না মাঙদে; নত্তে, ফত্তবা থবকসু লেম্না মাঙদে, মরম্দি, মদুগীসু মশাগী ফল লৈজে। মরম অদুনা, ফত্তবা থবক অসি শম্না অমা ফাওবা তৌদনবা হোৎনৌ; নমিৎ অদু শেংনা থমউ, ননাকোং অদু ঈশ্বরগী ব্রাহ্মৈতনা থলহল্লু অমসুং ঈশ্বরগী থবকশিংগী ব্বারিতনা থলহল্লু, মখোয় অদু ফত্তবা ব্বাঙাংশিং তাহনগনু। লৈ অদু অফবা ব্রাহ্মৈশিং হায়বদা শিজিন্নৌ অমসুং পুকচেল চাউবা অমসুং অচুম্বা ব্বা ঙাঙবদা শিজিন্নৌ। মসিনা মতম পুম্নমক্তা নঙোন্দা ঈশ্বরবু নিংশিংহল্লু। অসুম্না তত্তনা হোৎনবনা নঙোন্দা মায পাকপা পিগনি। অসিগুম্বা শেংলবা সংস্কারশিং অসি ফংনবা মী অমনা অব্রাংবা ব্রাখলগী ঈচেল অসি তৎপা লৈতনা চেলহলগদবনি।

খুৎশিংদু অফবা থবক তৌবদা শিজিন্নগদবনি। পুক্লিংদা ঈশ্বরগী মমিং কাওবোইদবনি অমসুং মপান্দনা স্বধর্মগী শাজেল তৌগদবনি। সেবাগী থবক তৌরিঙৈদা, নহাক্কি পুক্লিং অদুনা পুম্নমক অসিদা লুপশিনহল্লু - মদুদা অকায়বা লৈতে। নোংনা চীংদোন্দা তাবা মতমদা ঈশিং অদুনা মায়কৈ পুম্নমক্তা চেন্থরবদি, মদুদগী তুরেল অমতা থোরক্লোই। অদুম ওইনমক্, ঈচেল অমতদা ঈশিং অদুনা

চেন্থববদি, অহানবদা নালা মচা অমা, অদুদগী তুবেলমচা, অদুদগী অকনবা ঈচেল, মমৈথংদদি ঈশিং পাথোক্লবা তুবেল অমা শেমগনি অমসুং ঈশিং অদু সমুদ্র যৌথি; অদুগা মাযকৈ মবিদা চেনখিবা ঈশিংদি মনিল ওনখিনি অদুগা মাঙখিনি। সংস্কাব হাযবসি অসিগুম্বনি। মখোয অদু সুম লাক্লগা অদুম চৎখ্রবদি কবিবু কান্নগনি ঙসিনা সোমদা, হযেংনা অদোমদা? অফবা সংস্কাবগী শেংলবা ঈচেলশিং অদো মপুং ফানা, ঈংনা তপ্না অফবা ব্রাখলগী মাযগৈদা চেন্থগদবনি অমসুং অবোইবদা শিবগী নুংঙাইববা সমুদ্র অদুদা তিনগদবনি। অসিগুম্না পন্থুংফম যৌববা মহাক অদো পোকপগি মহৈ যাল্লবনি।

নুঙথংনা ২০লক ফুবদা নুঙ অমা কাযদবা যাই; ২১বকশুবা খুৎফু অদুনা কাযখিবা যাই। অদুবু মসিনা হাযবিাসবু ২০ লক হান্না থাখিবদুদি কবি অমতা কান্নখিদ্রে হাযগদৌবব্রা? নত্তে। অবোইবা মায পাকখ্রিবা অদুগীদমক হান্ননা ২০ লক থাখবা খুদিংমক্লা মাগী মাগী শকক অদুম পিবমলিবনি; অবোইবা ফল অদু ২১বক থাখিবা অদুগী পুনশিল্লবা ফলদনি। মতৌ অসুম্না, পুক্লিং অসিনা সংসাব অসিগা লান থেংনবি, মনুং অমসুং মপান আনমক্তা। হাযরুদুনা কবি কান্নগনি মদুদি মায পাকপা হাযবসি মতম পুম্নমক্তা নঙ/ ঐগীতা ওইদবা যাই। অদুবু মী অমনা অফবা থবক্তা তৌদুনা লৈববদি অমসুং পুক্লিং অদুনা মতম পুম্নমক্তা ঈশ্ববগী নুংশিবা প্রেম অদুদা লুপ্তুনা লৈববদি মহাক্লা তুংকোইনা চৎকদবা চাংজৌ নাযদনা নুংঙাইবা অদু ফংবা ঙমই। পুন্সিগী মিকুপ খুদিংমক্তা বাখল অদু পোকহল্লু। অদু ওইববদি ফত্তবা বাখলনা থৌনা ফনা লক্ষ্মী অদুদা

পন্থহনবা ঙম্লোই। মহাক্কি পুক্লিং অদুনা ঈশ্বরগী ব্রাখলতদা লৈবর্বাননা, মহাক অসি অদুম অফবা থবকলোমদা চিংশিনখ্রগনি। **সাধনা পুম্নমক্কি পান্দমদি পুক্লিং মাঙহনবতনি;** অদুনা, নোংমদি অফবা থবক অমনা মদু মাঙহনখিবদা শোযদনা ঙম্লকখিগনি, মদু ২১শুবা নুঙথংগী খুৎথা অদুনা নুঙ অদু থুগাইখিবগুম্ননি। মসিগী মায পাকপা অসিগীদমক, মমাংদা তৌখিবা অফবা থবক খুদিংমক্না মাগী মাগী শরুক মতেং তৌবমখ্রবনি; থবক মচা খুদিংমক লোযনা যাওখ্রবনি; অফবা থবক অমতা লেম্না মাঙদে।

নহাক্না আধ্যাত্মিক লম্বীদা কন্না হোৎনবিঙৈদা, নহাক্না পরমেশ্বর মশামক্না নঙবু কর্নাবিবির্বানি হাযনা লৌগদর্বানি। অঙাং অদুদা থৌনা চাপকৎনবা মমা অদুনা খোঙথাং খর চৎনবা থেমই অদুগা মানা লৈথোকই, অদুবু মহাক্না অঙাং অদুগী মশাগী ফিভম হেক কাযবদা যাম্না থুনা মতুংদগী চেনশিন্দুনা তুদ্রিঙৈদা ঙাকপিরৌই। ঈশ্বরসু মাগী মমিৎনা থরাই অদুদা লেঙদনা যেংদুনা লৈ। মাগী মখুত্তা তেলঙ্গা অদুগী মবীদ্ পাযবি; তেলঙ্গা অদুদি মীওইর্বানি। কবিগুম্বদা মানা খঙচিং-চিংবা যাই, কবিগুম্বদনা খর কোমথোকহনবা যাই; অদুবু, মানা তৌবিবা পুম্নমক অদো, থাজৌ অমসুং থোইনা চিংনকনু, মরমদি মবী অদু চিংলিবা মী অদু মহাক্নি। মদুগী ব্রাখল অদুনা মতম পুম্বদা লৈববা, মদুগী বাখল অদুনা সংস্কার অমা ওইনা কনশিল্লক্নবা অদু ওইববদি নশা অদু প্রেমবসনা থল্লগনি।

থৌবি অদুনা নুংশবা অমসুং থৌজালগী মবী অদুনি। তেলঙ্গা নত্রগা থরাই অদু অদুম্না ঈশ্বরদুদা পুনশিল্লি। অদুনা নুংশিবা অমসুং

থৌজালগী মবী অদু লৈননবা অমসুং চেংশিলহন্ননবা নহাক্না অফবা সংস্কাব তৌগদবনি অমসুং তানগদবনি।

সংস্কাবশিং অসিনা থবাই অসিবু শেম্পি নএগা মাঙহল্লি; মখোযশিং অসি থবাই পুন্নমকপু পন্থুংগম যৌনা পুন্ননা খোঙথাং ঙাক্তনি। সংস্কাবশিং অসিনা থবাইশিং অসিবু অবা অন্য মবক্তা চৎহল্লি। অফবা সংস্কাবশিংগী মতেংনা মী অমনা ঈশ্বব ফংবা ঙমই। মবম অদুনা থবাই খুদিংমক্না মপুংফানা অফবা কমদা তৌদুনা লৈগদবনি। সংকম হায়বাস চপচাববা পুজানি। মসিনা ঈশ্বববু নিংশিংজনবগী খ্বাইদগী ফববা ম ওংদুনি। মাস খ্বাইদগী অবাংবা থাক্কি ভর্জান। মসিনা খেন্নবা কবি অমতা থমদনা নুংশিনা শন্দোকই, মসি থব্বাইগী মথৌ ওইনা পাঙথোকপা সেবা অমনি।

অসি গুণ্বা কমদা তৌদুনা লৈযু। *ঈশ্ববগী ব্রাখলদা অতৎ অখম লৈতনা নুংঙাইযু। মসিনা নঙনা থুংলুগদৌববা পন্থুং অদু যৌনবা অথোইবা লম্বীনি।*

**সনাতন ধর্ম অসি মীওইবা জাতিগী লাইগুন্নবী মমানি ঃ**

সনাতন ধর্ম অসি ধর্ম পুন্নমাক্কি মমানি, ধর্মগী নীতি নিযম্ পুন্নমক্কি মমানি অমসুং মসিগী সংসাব অসিগা ধর্ম পুন্নমাক্কি মমানিঃ অমসুং ভাবত হাযবা দেশ অসিনা মমা অদুগী পোক্নফাম্ন। ও' ভাবত মচাশিংসি কযাদা মবাযবক ফগ্রবনোসে! কযাদা নিংথিনা ফজখ্রবা, লেমখ্রবা ভাবত দেশনোসে!

সংসাব অসি পুলপ্না মসিগী মপু ওইহাববা মবুংঙো অদুগী

হকচাংনি অমসুং মসিগী ভাবত হাযরিবা দেশ অসিনা অদুগুম্বা হকচাং অদুগী অখন্নরবা শকুক ওইরিবা মিৎ অদুনি। মিৎপু য়াওদ্রবদি হকচাং অসিনা মশাগী মপু ওইজবা ঙমদে, নত্রনে? অমুক হন্না, ভারত দেশ অসি মাগী মমিৎ অনি ওইরিবা বেদশিং অমসুং শাস্ত্রশিং অসিনা ফজহল্লে হাযবা য়াই। মসিনা মরম ওইদুনা অসুম্না চিংনবা লৈতনা লাওথোকপা যাবে মদুদি ভারত মচাশিংনা ফংলিবা সংস্কারশিংসি অতোপ্পা লৈবাক অমতগী মীনা ফংবা ঙমখিদ্রি। সনাতন ধর্ম হায়বিবা, ধর্ম পুম্নমক্কি অচুম্বদু তম্বিরিবা, অমসুং ধর্ম পুম্নমকপু চপ মাননা ইকায় খুম্নরিবা অসি মীওইবা জাতি পুম্নমক্কি ধর্মনি। তোঙান-তোঙানবা মফমদা পোক্লগা, তোঙান-তোঙানবা লম্বীদা চেন্থবগা, তুরেলশিং অদুনা মমৈথংদা সমুদ্রদা তিনখি; মতৌ অসুম্না, তোঙান-তোঙানবা লৈবাকশিংদা পোক্লগা, ধর্মগী তোঙান-তোঙানবা লম্বীশিং চৎনদুনা, তোঙান-তোঙানবা মখলগী পুজাগী পাম্বৈনা মীযাম্না ইবুংঙো মাগী সমুদ্রদা য়ৌনবি। তোঙাল্লবা লম্বী পুম্নমক অসিনা, তোঙান-তোঙানবা মায়কৈ কয়াদা চৎনখ্রবসু সনাতন ধর্ম হায়বসিনা পুম্নমক অদুগী তিন্নফম্ ময়ায় থংবা মফম অদুনি। তোঙান-তোঙানবা ধর্ম চৎলিবা কাংবুনা সনাতন ধর্ম অসি চৎচবা য়াই, ব্রাঙাঙ চুম্না ঙাঙদুনা, করাম চাউবা থাদোক্কনা, অশাওবা থাদোক্কনা। অমসুং মিনুংশি লৈবা থম্মোয় অমগা লোয়ননা মতম পুম্বদা থবক তৌদুনা। অসুম্না সনাতন ধর্ম চৎলিবা কাংবু পুম্নমক অমসুং অশোয়বা য়াওদনা মদু ঙম্লিবা পুম্নমক, ভারত মচানি হায়না কৌজবা য়ারে।

হিন্দু ধর্ম অসি খ্বাইদগী ঙল্লিবৈ মতমদগী হৌনা, ধর্ম পুম্নমক্কি

মনুংদা খ্বাইদগী অৱাংবা অমসুং মথক থোংবা ওইখিবা অমতা ঙায়রবা ধর্মনি, অমসুং মশা অসি মতম পুম্নমক্কি ওইনা লেঙদনা লৈখি। করি অমতা মাঙহনখিবা য়াওদনা, ইতিহাসকি শাংলবা লমায়দা হিংবা ঙমলকখিবা মীওইসি হিন্দুশিং খক্তনি। মসিগী ধর্ম অসিদা, অতৈ ধর্ম অমদগী য়াম্না হেন্না মীয়াম্না নুংশিবগী, মান্নবা ৱাখলগী অমসুং তৌবিমল খঙবা উৎপগি নিতি অসি চত্তুনা লাক্লি। হিন্দুশিংনা মখোয়গী ধর্ম অসি ফিলোজোফিগী নিয়মশিং পুথোকপদগী ফংজখি অমসুং বেদ-দগী ফংজখি। মখোয়না অহৌবা অমসুং অরোইবা লৈতবা বেদগী মচি ওইবা শরুকশিংসি য়াম্না নিংথিনা মমুত তানা নৈনখি। অসুক য়াম্না শেংলবা লৈবাক অসি থাঙ্গৈশেংনমক পৃথিবী পুম্নগী লাইনিং লাইশোলগী হৌরকফম, খোনিনি। পৃথিবীগী লৈবাক মনুংদা তোঙান-তোঙানবা ধাতুগী লৈফম তাকপগুম, ভাবত দেশতসু সনাতন ধর্মগী খোনিদা শাস্ত্র পুম্নমক্কি, বেদ পুম্নমক্কি অমসুং উপনিষদ পুম্নমক্কি মচং পুম্নমক্কু ফংই।

ভারত মচাশিংগী মরাযবক ফবনা, মখোযর্দাদ মশাগী ময়ুমগুম্নবা সনাতন ধর্ম অসি থোরকখিবদগী, মিকুপ অদুমক্তগী অমসুং মরম অদুমক্কিদমক, লুচিংবশিং, ৱাখল খনবশিং, মোত পিবা ঙস্না অহৈবশিং, ধর্ম শন্দোকপশিং, অমসুং ওজাশিং কয়াসু লম অসিমক্তদা থোরকখি। অদুগা ভাবত দেশ অসিদগী তুংগী থৌদোক শাংনা উবা ঙস্নশিং, ওইজবা থাদোক্লবা কর্মযোগীশিং, অশিংবশিং, ব্রহমজ্ঞান ফংলবশিং অমসুং ধর্ম অসিগা মরী লৈনবা ঈশ্বরগুম্নবা মীওইশিং কয়া থোরকখি। অসগুম্না মীতাশিং অসিগী মপান্দগী ভারতকি মফম পুম্নমক্তা, মশাগী শাথেংনখ্রবা থৌদোকশিংনা

মপাঙ্গল হাপখ্রবা আধ্যাত্মিক্কি লৌশিং - জ্ঞান অসিনা শিন-থুংনা চেন্থাখ। অসুম তৌদুনা মচি ওইবা, মচং ওইবা ব্রাফম্না থল্লবা সনাতন ধর্ম অসি পৃথিবীগী মফম পুম্নমক্তা চাউখৎখি। অদুবু, শন্দোকনিংবা লম অমদা শন্দোকখ্রবসু, মাগী হৌবকফম মযুম অদুদি ভারত মশামক্কি।

ঙসি পৃথিবী অসিদা যেংউ; মেছিনশিং, কারশিং, ইঞ্জিনশিংগী অনৌবা মওং কয়া লৈবাক অমদা শাবি অদুগা অতোপ্পা লৈবাক অমদা থাদোক্লি। অদুবু, মখোযগী হৌবকফম মযুম অদুদি কাওথোকপা যাদে। অসিগুম্বা কারশিং অমসুং ইঞ্জিনশিং অসি মখোযনা থেংনখিবা লৌশিং অদুনা শাখিবনি। মদুগী যুম্ফম অদু যাওদ্রবদি কবি অমতা তৌবা ঙমদে। মতৌ অসুম্না, সনাতন ধর্ম আস ভারত দেশতা হৌখি অমসুং মসিগী কান্নবা অদুদ অচৌবা মীওইশিং অমসুং লাইবিকশিং অসিগী মপান্না অতোপ্পা লৈবাকশিংনা কান্নবা ফংখি। মবম অদুনা মাগী হৌবকফম ওইখিবা যুম অদুদি থৌশাদবা যাদে। মদু ওইথোক্তবনি। অদুবু ঙসি উবিবা ফিভম অসিদাদ খবগী মখোদি নুংনাংদবা ঙমদে, মসিগী শেংলবা ধর্ম অসিবু যোকখৎপিবম্বা মাওইশিং অদুগী পোক্রফম ওইরিবা ভারত দেশ অসিদা, অনৌব নমুনা খববু মখোযগী ধর্মনি হায়না চৎনবকপা অদুনা সনাতন ধর্ম মশামক অসিনা অতোপ্পা লৈবাক্কি ধর্মনি হায়দুনা নাকন্দা ইপ্লোক্লুনা থম্নবকপা, ধর্ম অসিগী অথুম্বা মহাও কবিনো খঙদবা মীওইশিং অদুনা, মসিগী অর্থ কবিনো হায়বা ফাওবা খঙবা ঙমদ্রিবা কাংবুশিং অদুনা, অমসুং অর্থ যাওদবা, লৈতবা মবম পিবগা ধর্ম অসিবু হাত্তোকলবা কাংবুনা তৌবক্লিবা মতৌ অসিদা খবগী মখৈদি নুংনাংদবা ঙমদে।

মসিগী মরম অসি, তৌবগীবুদি, মখোয়বু অচুম্বা লম্বীদুদা লমজিংবিনবা লুচিংবশিং লৈতবননি। অদুবু, অসিগুম্বা অঙম্বা মীওইশিং লৈরবদসু, মীয়াম্না অনৌবা নমুনাশিং অদুদা পামশিল্লি। মখোয়শিং অসিদি তশেংনা বাজারদা হৌবা পকৌবাগুম্বনি। মখোয়গী মনমদুনা চিংশিন্দুনা লৈরকপা অদুগা ফৈ নত্রগা ফত্তে হায়বদুদি খঙদবা। মশাগী ধর্ম অদুনা শেংলবা সনাতন ধর্ম ওইরবসু, মপাম্বোংগী শুদ্ধৎনবা মগুণ অদু লৈতবনা মসি থৌশাবিদ্রে। অচুম্বা হায়বদুদি অসিগুম্বা লৈতেংশিং অসিগী দরকার ওইদে। মহা ও অদুনি মরু ওইরিবা ব্রাফমদি। মসিগী নুংগী ওইবা ব্রাফম হাযববু হৌজিক কালগী মীওইশিং অসি মপাম্বোংগী শক্তমদা চৎপননি। অশেংববুনা থৌশানদবা অদুগা অতোপ্পগী ধর্মবুনা চৎপা হায়বসি মখোয়গী হৈনবা ওইবক্লে। মসি যাম্না চাউবা অবানবা অমনি। মপাম্বোংগী মওং মতৌনা চিংশিনবদা য়াখিবা হায়বসি ভারত মচাশিংগী ধর্মগী মাযোক্তনি। সনাতন ধর্মদা যাওবিবা অচুম্বা অমসুং খ্বাইদগী অব্রাংবা থাক্কি নুংশিবা প্রেম অসিদগী হেনবা অমতা অতৈ ধর্মদা যাওরোই। সনাতন ধর্ম অসি থাঙ্গৈমক শেংনা অচুম্বগী শকলোনান, শক্তম্নি। মসি পুম্নমক্কি ওইবা ইপা ইপুদগী ফংবা স্বত্ব অদুনি। মাসিগী অশেংবগী সিমানা লৈতে। অশেংবা হায়বসি অনিশুবা লৈতবা অমতা ওইবা গুণ অদুনি।

হন্দক্কি মপোক অসিদা সনাতন ধর্মগী নির্তিশিং চত্তুনা মনিংতম্বা ফংখ্রবশিং, ঈশ্বরগী থৌজাল ফংখ্রবশিং, অচুম্বা হৌনশাবু মশক খঙখ্রবশিং, অমসুং ব্রহমজ্ঞান ফংখ্রবশিং পুম্নমক ভাবত মচা গুক্তনি। মদুগী শেংলবা থাক অদু য়ৌখ্রবা কাংবু অদুবু জাতিগী নত্রগা নুপা

নুপীগী নত্রগা ধর্মগী ৱাফম থিদনা ভারত মচাশিংনা পুজা তৌনরি। থাক অদুগী অশেংবা অদুনা অসিগুম্বা মখলগী অকক্লবা, অথিংবশিং অসিবু উৎ ওইনা চাকথেকখি। মদুগী থাক অদু য়ৌবা ঙমদ্রিঙৈসিদদি পুম্নমক চপ মান্নে হায়না লৌবসি ওইথোক্ত্রি। মরম অদুনা, সনাতন ধর্মবু মশক খঙনবা থৌনা ফনা চোংশিনবা হায়র্বসি য়াম্না দরকার ওইরি। মসি ভারত মচাশিংগী মফম অসিদা পোকচবগী ফংফম থোকপা অধিকাররনি।

অহৌবদগী ইতিহাস অসি অমুক্তং নৈনদুনা য়েংলবদি ঐখোয়না মপুং ফানা খঙগনি মদুদি কয়াদা চাউখ্রবা মীওইশিংনা হিন্দুগী করম্বা কাংলুপ্তা পোকখিবগে হায়বসি। অবতারশিং, লাইগুম্লবা মীওইশিং, অমসুং রামগুম্বা, কৃষ্ণগুম্বা, বলরামগুম্বা, জনক-নিংথৌগুম্বা, পরিক্ষিত কুম্বা জীবন মুক্তশিং অসি অমসুং বিশ্বামিত্রগুম্বা রাজযোগীশিং পুম্নমক অসি ক্ষত্রিয় কাংবুদগী ঙাক্তনি। ব্রহমাঋষিশিং, অচৌবা পণ্ডিতশিং, সাস্ত্রগী স্কোলারশিং, বেদগী ঋষিশিং অসিনা ব্রাহমিন কাংবুদগী থোরকখি। অরিবা ৱারী লাইবিকশিংদা সুদ্র কাংবুনা মশিং হেন্না য়ামই, খুদম ওইনা, ভরত, অমসুং ভগবত। ঈশ্বরগী ভক্তশিংগী মরক্তা অনেম্বা থাক্কি মীওইনা মশিং য়াম্বা হেল্লি। সংসার অসিনা শোকহন্দনা অশেংবা ফংবা অমসুং পরমাত্মা য়ৌখিনবগীদমক খুদিংমক্কি সাধনাসি মরুওইবনি; অতোপ্পা ৱাফম - কাংলুপ, শাগৈ-নচিংবনা করি অমতা অথিংবা পীবা ঙম্লোই। অদুবু, মদুগী দরকার ওইরিবা থৌজাল অদু ফংবদা য়াবা মীদি ওইগদর্বনি; মী অমনা মশাগী সাধনাদা য়াম্না চাং নাইবা অমসুং থকশি-খাশি লৈবা মী ওইগদবনি।

ভারত মচা কয়ামরুম্না হৌজিক্তি মশিং লাকঙমদনা হিন্দু ধর্মগী মায়থিনবা থবক তৌরি, মদু মথক্তা পর্নখ্রিবা মীওইশিং অসিগী পুন্সিগী নিয়মশিং অদু থৌশাবিদবদগী, মদু তমদবদগী, নৈনদবদগী, অমসুং মখোয়গী পাওতাক ইন্দবদগী, মতমগা চুননবা মওংদা মখোয়গী পুন্সিগী লেল্লিবা মওং শেমদোক শেমজিন তৌবদগী, অনৌবা মমিং-মথাদা খঙদনা পামশিল্লুবদগী, মশাগী থাক অমসুং শক্তি পাম্বদগী, মশাগী ওইজবা থিবা ব্রাখলদগী, মতু-মচাশিংগী য়াইফনবগীদমক খল্লুবদগী। অদুবু, হৌজিক্ পুম্নমকপু চপ মান্নবা থাক্তা নুংশিবা ঙম্বা মীগী মশিং, মশাগী ওইজবা থিদবা, পুম্নমক্কি য়াইফনবদা হোৎনজবা মী, মীওইবা জাতিগী সেবাগীদমক কখোল্লবা মীওইশিং অমসুং পুম্নমক লোইনা কখোল্লগে হায়না থৌরাং তৌদুনা লৈবা মীওইশিং ব্রাৎপা লৈতে। অদুবু, মখোয়বু নর্মশিন্দুনা থাম্বিরি; মখোয়বু য়াদ্রি অমসুং মখোয়গী ফম্ফম পীদ্রি মদু ফত্রবা, ধর্ম লৈতবশিং অসিনা মখোয়গী মফম লৈররোই হায়না কিবদগিনি।

সমুদ্র অদু ফনা য়াম্না পাক্লুনসু অমসুং লুদুনসু, মখাদা লৈবিবা পৃথিবী অদুনবু নিক্লবদি, ঈশিং অদু মশানা খায়দোকখি অমসুং খুদোংথিবা অদু লোয়খ্রবা মতমদা, মখোয হান্নগী ফিভমদা অমুক হঞ্জিল্লি। মতৌ অসুম্না, মসিগী ফরবা মীওইশিং অসি অসিগুম্বা অচুম্বা লৈতবা, মশাগী ওইজবা থিবনচিংবা খুদোংথিরিবা তাঞ্জা অসিদা কনাগা তিন্নদনা মখোয় তোঙান্না লৈগনি অদুগা অসিগুম্বা খুদোংথিবশিং অসি হেক লোইখিবগা মখোয় অমুক হন্না সংসার অসিদা লাকই। ঙাইহাক্কি ওইনা চাউবশিং অমসুং মশা মতোমতনা

চাউজবশিংনা, তুং কোইবা য়ারোই। "চাউখৎপা, হৌগৎপা হায়বসি পুমথনবা খক্কিনি", অসুম্না হায়নবা লৈ। হৌজিক শান্তি লৈত্রিবসি পুমথবনি, চাউখৎপা নত্তে। মরমদি, য়েংউ, করম্না ভারতমচাশিং অসিনা, অফবা ব্রাখলগা লোয়ননা অচুম্বা পুক্সিদা চাউরকখ্রবা, মশানা মশাবু খুদুম চঞ্জদুনা অমসুং ফরবা মিং অসিবু ব্যবহার তৌরদুনা, বেদ, শাস্ত্র অমসুং উপনিষদকি অমৃত থক্কদুনা, মশাগী মরমদগী তাম্থোকখিবা মীয়াম অদুবু অমুক হন্না লৌশিল্লদুনা অমসুং মখোয়দা চপ মান্নবা নুংশিবা প্রেম অদু ফংহল্লদুনা লৈরকপাশিংদুনা ঙসিদি, শক্তি পাম্বদগী অমসুং মশাগীতা য়েংবদগী, মশাগী মচাশিংবু চৈবিরি, মরাল পিরি, মী অমনা ঙাইঙমদনা মী অমগী নুংঙাইবদু কল্লক্লরি, মশাগী ওইজবা থিবদগী ঙাওরদুনা মখোয়গী মচিন মনাওশিংবু নমথাক তৌরি, মখোয়বু তশেংনা নুংশিজবা কাংবু অদুবু লাপ্না ইম্থোক্লি, মাগী মাগী কান্নবা অদুতা থিনরি, হিন্দুগী নিতিদা য়াওরমদবা, মমিং তারমদবা ফত্তবা কয়া মশিং হেনগৎহল্লি, অরানবা লম্বী অমসুং পুক্সিদা চৎলি, অমসুং অমগা অমগা খৎননবগী মচাক অমসুং নে-তাদবা ফিভম ওইরক্লি, মদু পাপকি অকিবা লৈরক্তবদগী অমসুং ঈশ্বরবু কিরক্তবদগী, থকশি-খাশি লৈতবদগী, ভক্তি-ব্যবহার লৈতবদগী অমসুং থাজবা লৈতবদগীনি। মসিদগী মাঙথখ্রিবসি অঙকপগী মশক্লি, অৱাবনি।

হিন্দুগী ইচিন ইনাওশিং! ভারতকি অঙাংশিং! সনাতন ধর্মগী লম্বী চৎলিবশিং! থাইনগী নুপা থোকপগী গুণশিং অদু কদায়দা চৎখ্রে? অচুম্বা, পুন্নমকপু য়াবা, শাজৎ-নিতি অফবা, থকসি-খাসি লৈবা নখোয়না মখোয় অসিবু করম্না মতমদা য়াগদৌরিবনো?

হৌগৎলো, মিকপ থোক্লো, - সত্য, ধর্ম অমসুং শান্তিগী মগুন্না লৈতেংলবা বামবাজ্য অমুক হন্না পুবক্লো। নঙগী ভাবতকি নচিন-ননাওশিং অসিবু নুংশিযু। সনাতন ধর্মগী নিতি চৎলু। নুংশিবা, খাঙবা কনবা অমসুং অচুম্বগী ঈশিংনা, প্রেম্না, অপংবা, শান্তি লৈতবা, ওইদবা তৌবা অমসুং কল্লকপগী মৈবি অদু মুথৎলো। অমতা ওইবগী বাখল অদু পোকহল্লো। কল্লক চাউবা অমসুং অশাওবা পুম্নমক শিত্তোকখ্রো, লংথোকখ্রো। শেংলবা মীওইশিং অদুনা পাল্লমবা নিতি অদু নিংশিংউ, খ্বাইদগী শক্লাইববশিং অদুগী মতিক মগুণশিং অমসুং ঈশ্বরনা পাল্লম্বদু নিংশিংউ। খুদিংমক্লা মশাগী দোষ খঙগদবনি অমসুং অতোপ্পগী দোষ থিবগী কান্নবা লৈতে হায়বাস খঙগদবনি। মদু কান্নদবদা মতম মাঙহনবনি; মদুনা খৎনবতা থোকহনগনি। অদুনা, মদুগী নিতি অদু থাদোকউ। মসিগী তাঞ্জা অসি নাস্তোকখ্রবাদ, অতৈ কবি অমুক তৌনিংঙাই লৈবি? নিঙবা কাযগনু; মদুগী মহুত্তা হাযযু। "লোইথোকপা" হৌখ্রবা মতমগী ফত্তবা পুম্নমক অদু লোইথোকপা। লানখিবা অদুগীদমক শেংনা অনুতাপ তৌ অমসুং ঈশ্বরদা হাযজবা, খুকমজবগী লম্বীদা চৎলু, অফবা থবক্কি লম্বীদা চৎলু অমসুং ইচিল-ইনাওগী নুংশিনবগী লম্বীদা চৎলু। তুং কোইনগী ওইবা বাম বাজ্য লিংখৎলু।

মসিগী বাজ্য আস ফংনবা সনাতন সাথী হৌখিবনি; মসিগী সিপাহি মযাম অসিনা মশাগী ব্রাহৈনা অমসুং থবক্লা মসিদা মতেং পাংগনি। মদুগী দোলায অদু মাঙলোমদা চিংখৎলু নাফ তাখৎলু অমসুং নবাযনদা চংজবা হৌবো ... ভাবত মচাশিং পুম্নমক মমা অমগী মচাশিংনি, মাগী মামং সনাতন ধর্ম কৌই। নমাগী মফমদা

লমন শিংদোক্লো। মমা কাওথোকপা নুপা অদুদি মচা নত্তে। মমা ফত্তে হাযবা মহাত্তো অফবা ওইবোই। মহাক্কি অমৃত অদুনা ঐখোযগী পুন্সিগী থব্রাইনি। ... পুন্সি অসিবু পিবিবা মহাক, পুন্নমক্কিনা মপা অদু পবমাত্মানি।

পুন্নমক মমা-মপা অমতগী মচাশিংনি। অদুনা, অমগা-অমগা দোম পীনদনা, চৈনদনা, অমগী মবী মতাশিংদা ফত্তবা খন্নদনা, ভাব তাউ, মদুদি নঙনা পামজব' পোৎশিংদা অপাম্বা লৈবগুম্না, নঙগী নাচন ননাওশিং অদুসু মদুগা চপ মান্ননা অপাম্বা লৈজে। অতোপ্পা অমনা পামজবদুদা কনা অমতনা মবাল থিবোইদবনি; নত্রগা কনা অমতনা অতোপ্পদা নোক্লবোইদবনি। মহাক্লা, মদুগী মহুত্তা, মদুবু নুংশিনবা হোৎনগদবনি। মখোযশিং অসি ভাবতমচাশিং অসিগা অচুম্বা অমসুং নুংশিবগী মওং-মতৌশিং অদুনি।

**সর্ব্বান্তরযামি হাযবসি অমতনি অমসুং অমখক্তনি ঃ**

বেদশিং, শাস্ত্রশিং অমসুং ঋষিশিংগী পাওজেলশিং পুন্নমক অসিনা চপমান্ননা, চিংনবা অমতা লৈতনা, নুমিৎ অদুদগীনা ঙসি ফাওবদা লাওবি মদুদি পবমাত্মা হাযবসি সর্ব্বান্তবযামিনি, খুদিংমক্তা অদুম লৈববা, যাওববা। মতৌ অসুম তৌদুনা, মখাগী ব্রাহংশিং হাযবদি 'সেবা তৌরিবা মহাক অদুগা', 'সেবাবি অদুগা', অমসুং 'মদুগী পোৎচংশিং' অদুগা হাযবদি 'প্রকৃতি' অদুগা কবি মরী লৈনবগে হাযবা বাহংশিং অসি লোইবা নাযদ্রবা খন্নবগী ব্রাফম ওইদুনা লৈবক্লি। ঈশ্বব থাজবা খুদিংমক্লা ভগবত-তা চাউখ্রবা ভক্ত,

প্রহলাদনা মশাগী থেংনজরকপা লৌশিংদগী হায়খিবা ব্রাফম অদু তাখ্রে মদুদি পরমাত্মা হায়বা সর্ব্বান্তর্যামি অদু লাপ্না অমুক থিবগী দরকার লৈতে অমসুং মহাক অদু থিরিবা মশা অদুগা য়াম্না নক্না অদুম লৈ।

'মহাক সিদা লৈবে, অদুদা লৈতে, অসিগুম্বা চিংনবশিং থাদোকউ;
তাবো, ও! লাইগী লুচিংবশা!
নঙনা থিবিবা মফম খুদিংদা, অমসুং নঙনা উরিবা খুদিংদা,
মদুদা ... অমসুং মদুদা... মহাক লৈ!'

মীয়াম্না ঈশ্বরসিদি তোঙানবা মওং-মতৌ লৈ, অকক্লবা শকওং-শাদা লৈ হায়বনচিংবা কয়াসি হায়নৈ। ব্রাফমশিং অসি ভাবনা শাবা ঙম্বা থাক্ অদু ফাওবগী চুম্বা য়াই; মখোয় তশেংনা অচুম্বদুদি নত্তে। অসিগুম্বা ভাবনা শাবশিং অসি সংসারগী ওইবা জ্ঞান অসিনা লাম্বা ফংবা অদুমখৈদি ওইবা য়াই; মখোযদুমক্না ঈশ্বরগী চপচারবা, তংতারবা মগুণদুনি, মওংদুনি হায়বদি য়াবোই। মরমদি, মপুং ফারবা মহাক অদুদি উবদা শুকঙম্ ঙমদে, নত্রগা ঙাঙবা ফাওবদা ওইথোক্তে।

অদুম ওইনমক মসি ওইদুনসু, ভক্তশিংনা অমসুং সাধকশিংনা মাগী মাগী নুংগী খুমাং চাউশিনবা থাক অদুগী মতুংইন্না ভক্তি প্রেম পীনবা ঈশ্বর অদু মওং অমা লাকশিন্নে। মখোয়না পরমাত্মা অদু অয়োধ্যাদা নত্রগা দ্বারকাদা লৈরি হাযনা পুজা তৌই অমসুং অতৈ মফম অমদা লৈতে; পিকচর খর লৈবা মফম অদুদা লৈ, অতৈদা লৈতে হায়না পুজা তৌই। মখোয়না মদুগী মওং অদুবু মপুং ফাবনি

হাযনা পুজা তৌই। তৌবগীবুদি মদু তৌবদা থোইনা লান্দে। ভক্তশিংনা মখোযনা খাজবা অদুখক্তংনা অচুম্বদুনি হায়নদি লাউবোইদবনি, মখোযনা পীবিবা মমিং অমসুং মওং অদুতনা ঈশ্বব অদুগী অশেংবা মমিংনি, মওংনি হাযনা লাউবোইদবনি, অদুগা অতৈ মমিংশিং অমসুং মওংশিং অদুদি হন্থবা থাক্কিনি, কান্নদবনি হাযনা লাউবোইদবনি। মসি ভাব তাগদবনি মদুদি অতোপ্পগী মমিং অমসুং মওংশিং অদো মখোযনা নুংশিজবিবা মমিংশিং অমসুং মওংশিং অদুগুম্না মখোযশু নুংশিবিবনি।

মওং অমা মখোযনা অসুম্না পুথোবক্লবা মতমদা, মদুনা তশেংনা জগৎকি মবুংঙো অদুগী মওং ওইবকই; অদুবু, জগৎকি মবুংঙো অদুগী খুদম মচা অমখক্তা কমদৌনা জগৎকি মবুংঙো মশামক অদুনি হাযগদৌবিবনো? মাসগী বাফম অসি মতম পুম্বদা ভাব তানা লৈগদবনি, ভাব ইতা তানদনা হেক্তা তুক্কচনবা তৌনদনা, মীপুম খুদিংনা মখোযগী মিৎযেংদা, ফিদম অদুগী মওং পুম্নমক্ লোযনা যাবনি অমসুং অচুম্বনি হাযবসি লৈগদবনি। মসিগী ব্রাখল অসি লৈত্রবদি, মপুংফাবা অদু (পুর্ণম) ভাব তাবসি ওইথোক্তে। ইবুংঙো অদুগী শকফম অদু অকক্লবা মওংদা পুথোক্লিবা পুম্নমক অসি ঈশ্বব অদুগী মচাক-মবল, মগুণ পুম্নমক লোযনা যাওখ্রবনি। পাকচাউখ্রবা সমুদ্র অদুগী মহাওদি কবি অমতা খেন্নবা, অৱাৎপা লৈতনা ঈশিং মবিক্ খুদিংদা ফংই; অদুবু, মসি হাযদুনসু ঈশিং মবিক অদুনা সমুদ্রনি হাযবদি যাবোই। ঐখোযনা 'ঈশিং মবিক' অমসুং 'সমুদ্র' হাযনা তোঙানবা পোৎশক অনি ওইনা উববসু অনিমক্কি মহাও অমসুং হৌনশাদি চপ মান্নে। মতৌ অসুম্না, সর্ব্বান্তর্যামি, পবমাত্মা অমসুং

পবমাত্মা অদুনা লৌবিবা অদুগা মদুগী মতেংনা মহাকপুসু ফংজবিবা অকক্লবা মওং অমসুং মমিং অনিসি তোঙানবা পোংশক ওইদে: মখোয অমতনি, মান্নে।

অসিগুম্বা পুন্নমক্তা শিন্থুংনা লৈবিবা, পুন্নমক শুপ্পা অশেংবা ইবুংঙোসিগী মবমদা শন্দোক্লা হাযনবকপা মতমদা মাগী মওং অমসুং পান্বে অদুদি ঙাওলিবা মী অদুগী নিযম অমসুং তাবিবা মী অদুগী হৈনিংবা ব্রাখল অদুগী মখা পোনগনি; ভক্ত *অদুনা নাইতোম কৌজবিবা মমিং অমসুং মওং অদুনা মমিংলৈতবা, মওং লৈতবা ইবুংঙো অদুদা ওন্থোক্লবা মতমদা মদুবু ব্রাহ্ম হাযনা কৌবে;* মসিগী চপ মান্নবা ব্রাহমম্ অসিনা অকক্লবা মমিং অমসুং মওংগা লোযননা লাক্লবা মতমদা, মদুবু বাম, কৃষ্ণ, বিষ্ণু নত্রগা শিব হাযনা কৌবে। অতোপ্পা ধর্মশিংগী ভক্তশিংনা মখোযনা ঈশ্বরদুগা হকথেংনবগী নুংঙাইজবদু ফংলবা মতমদা মহাক্কা ঈশ্বরদুগা অনিগা খেন্নবদু মাঙখি হায়বসি মখোযসু যাবা নত্রা'? যোগিশিংনা অমদি অতোপ্পা লৈবাক্কি ঈশ্বরবু থিবিবা অতোপ্পা ধর্মগী মীওইশিংনসু *মসিগী খেন্নবা লৈত্রবা থৌদোক* (ঈশ্বরগা ভক্তগা অমতা ওইখিবা) *অসিদি পবভক্তিনা ফংবা ঙমই হাযবসি* যাখ্রবনি। কবিগুম্বা খেন্নবা থাজক খবাক লৈবা তাবগসু মদু মী অদুগী হৈনিংবা অমসুং অপাম্বগী ব্রাখলদগীনি, অতৈ তঙাইফদবা ব্রাফমদগী নত্তে। প্রকৃতি, পর্মাত্মা অমসুং ভক্ত হাযনা তোঙান-তোঙান্না কৌখ্রিবসি হায়বিবা মমিং অমসুং মওং অদু চঙশিল্লক্লবা মতমদতনি। মমিং অমসুং মওং অদুবু লৈএর্বাদি, মদু নুপানি, নুপীনি হাযবনচিংবা চিংনবা অমসুং নৈনবা পুন্নমক অমতা লৈববোই। অদুদগীদি হাযনিংবা অমা হাযবদা যাবে। মবমদি

মী ওইবনা বাখলনা লাম্বা ঙম্বগী মথক্তা, ৱাংমদা লৈখ্রবদি, কৌনিংবা মমিং অমসুং মওং অমা হেক্তা কৌবা যাবে - থাঙ্গে শেংবমক্তি, মদুগী মমিং অমসুং মওং লৈতে। মসিদি পুম্নমক শিন্থুংবনি, মফম পুম্নমক্তা লৈবনি।

আসপুম্বা মিৎনদি উবা ঙমদনা লৈবিবা অসিবু শক্তম নাযনা, মগুণ শবগা লোয়নগা নিযম নাযনা পুজা তৌজববদি ভক্ত অদুনা তশেং তশেংনা মাগী হৌনশা অদু সাধনা অদুগী মপান্না খঙবা ঙমগনি। মসিগী সাধনা অসিগী জ্ঞান অমসুং অচুম্বা অদু পীননবা অমসুং ভক্ত অদুদা মদুগী চাংজৌ নাযদ্রবা নুংঙাইবা অদু আশীর্বাদ পীবিনবা, মগুণ অমসুং মওং মতৌ লৈতবা পবমাত্মা অদুনা মমিং অমসং মওংগা লোয়ননা অবতাব তৌবকই অমসুং থবাইপানবা জীব পুম্নমক্তা মশানা হকথেংননবা অমসুং নুংঙাইজনবগী তাঞ্জা অদু পীবি। অসিপুম্বা হকথেংনবশিং অসিনা অবতাবশিং অদুনা পবমাত্মা অসি সর্ব্বান্তর্যামিনি, অমসুং সর্ব্বভূতান্তবাত্মানি, পুম্নমক শিনথুবানি, ঈশ্বরগী খুৎশেমদা লৈবিবা পোৎ খুদিংমক্কি নুংগী আধ্যাত্মিক হাযবসি ভাব তানবা হোৎনবদা হেন্না খুদোংচাহল্লি। শ্রীকৃষ্ণনা মশামক্কি মনুংদা জগৎ পুম্নমক অসি লোযনা উহনখি। মবুংঙো শ্রী কৃষ্ণনা মাগী অকক্লবা হকচাং অদুগী মনুংদা করম্না জগৎ পুম্বসি লৈহল্লম্বনো হাযবদু মশাগী মমিৎনা উদ্রিবমখৈদি অর্জ্জুন ফাওবনা শ্রী কৃষ্ণাস সর্ব্বান্তর্যামিনি হাযবসি ভাব তাবা ঙমখিদে।

নুংশিবা, নুংশিবিবা মী অমসুং নুংশিবা ৱাখল অদুনা তাকুবিবা মী, পোৎশক পুম্নমক অসি অমর্তনি। নুংশিবা যাওদনা নুংশিবিবা

মী লৈবা যাবোই। অদুগা নুংশিবসু লৈববা, নুংশিবিবা মীদুসু লৈববা, অদু ওইববসু নুংশিবা ব্রাখল অদুনা তাকুগদৌবিবদু লৈত্রবদি নুংশিবগী মথৌ অমতা লৈতে। অহুমমক্তা নুংশিবা হাযবসিনা মকওইবা মচাক্তুনি। ঈশ্বরনা শেমলিবা পোৎ খুদিংমক্তা মকওইনা, মচি ওইনা, চাং মান্ননা মপুং ফানা যাওবিবা পোৎশক্তু পরমাত্মানি। মরম অদুনা অহুম অসিগী মরক্তা খেন্নবা অমতা লৈতে। অহুমমক্সিদা প্রেম হাযবসি সর্ব্বান্তর্যামি ওইনা খঙবা ঙমই; মরম অদুনা, খুদিংমক অসি পরমাত্মাস্বরূপনি হাযনা লৌবা যাদ্রিববা? অশেংবনি, মদু শোযনিংঙাই লৈতনা লৌবা যাবে। খুদিংমক প্রেম্না থুম্মৎলে। অদুনা, ঐখোযনা চিংনবা লৈতনা লাউথোকপা যাবে মদুদি পরমাত্মা অসি প্রেমস্বরূপনি। ইবুংঙোনা শেম্লিবা খুৎশেম পুম্নমক্তা, থৱাই পানবা জীব পুম্নমক্কি প্রেম হাযবসি মশানা অদুম তোঙান-তোঙানবা মওংদা ফোংদোক্লি, উৎাল। প্রেমগী হৌনশা অদুদি হোংদোক-হোংজিন যাদে, মসিবু তোঙান তোঙানবা মমিংনা খঙনববসু বাৎসল্য, অনুরাগ, ভক্তি, ইষ্টম্ মসিগী ঈচেল ওইনা পুথবিবা মওং অদুগী মতৃংইন্না। অদুবু, মওং অদুদি ওইনিংবা অমা ওইজববসু, নুংগী মচি অদুদি হোংদোকপা ঙমদে। মসিগী জ্ঞান অমসুং থেংনবিবা লৌশিং অসিগী মতুংইন্না, ব্রাবোই অদু মযেক শেংলে মদুদি পরমাত্মা অসি সর্ব্বভূতান্তরাত্মা নি, শেম্লিবা পোৎ পুম্নমক্কি নুংগী আত্মা অদুনি।

মসিগী অমতনি হাযনিবা খ্বাইদগী ব্রাংবা থাক্কি জ্ঞান অসিবু তম্বিবিবা অদুবু অদ্বৈত (Adwaitha) কৌই; নুংশিবিবা মী অমসুং নুংশিবসিনা তাকুগদৌবিবা, থুংলুগদৌবিবা, থৱায অমসুং ব্রাহমম্গী নিযম তম্বিবিবা অদুবুনা দ্বাইত কৌই; নুংশিবা, নুংশিবিবা মী অমসুং

নুংশিগদৌবিবা পোৎশক অহুমসি, প্রকৃতি, জীব অমসুং ব্রাহমম্ অসিগী মবমদা তম্বিবিবা নিতি অদুবু বিশিষ্টাদ্বৈত কৌই। অদুবু অহুম অসি অমতনি। পোকপদা ঙাইবিবা অঙাং অদু ছাত্রদা হোংদোকখি; ছাত্র অদু যুম্নবেল ওইখি; অদুবু মীদি অমতনি, চপ মান্নবনি, নত্রনে? মাগী শাজৎ, মওং মতৌ, অপাম্বা অদুতা হোংখিবনি, মশাদি অমতনি। শঙ্গোমদগী মাখন অমসুং অফম্না মহি থোবকই। পুম্নমক যাওবিবা শঙ্গোম অদু অদ্বৈত নি। মাখন - হাযবিবা মখল অনি যাওবিবা (শঙ্গোম মাখন) অদুবুনা দ্বৈতনি; মদু থাইদোকখ্রবা মতুংদা লৈহৌবিবা অফম্বা মহি অদুবুনা বিশিষ্টাদ্বৈতনি। মখোযগী মহাও তোঙাল্লবসু, মচুদি অদুম চপ মান্নে। মসি হাযবদি পুম্নমক চপ মান্নবিবা গুণ অসি নিরগুণ ব্রাহমনি।

**ভক্তিগী মকুশিং মতোন থোকই ঃ**

পুজা তৌবিবা মী অদুনা পুজা তৌজবিবা পোৎশক অদুদা থল্লিবা মিৎযেং, নাযেং অদু ভক্তিগী মর্কান। অহানবদা, পুজাবি অদুগী পুক্নিং অদু পুজা তৌজবিবা পোৎ অদুগী অখন্নববা গুণ খবনা চিংশিল্লি। মসিগী অখন্নববা গুণশিং অসি মশাগী ওইনবা হোৎনজৈ। মসিবুনি সাধনা হায়বির্বাসি। সাধনাগী অঙনবা থাক্তা, শরুক্তা, পুজাবিগা পুজা তৌর্জবিবা পোৎশক অদুগা অনিগী তোঙান্নবসি যাম্না মপুং ফাই; অদুবু, সাধনানা সুম খুমাং চাউশিল্লকপগা লোযননা মসিগী খেন্নবা অসি হন্থবক্কনি অমসুং মহাক্না মদু ফংজববা মতমর্দাদি খেন্নবা অদু অমতা লৈববোই। মহাক্না সাধনা তৌদুনা পুজা তৌর্জবিবা পোৎ অদু ওইনিংবা অমা ওইববসু, জীবাত্মাসি

পরমাত্মানি হায়বসিদা মহাক্লা চপ চানা থাজবা লৈগদবনি। সাধক অদুনা থনবদা মতিক চাবা ৱাখল অমখক্তং লৈগদবনি; মদু ঈশ্বরবু খঙজবা, ফংজবা, উজবা, - ঈশ্বব সাক্ষাৎকাবগী ৱাখল অদুনি। পুক্নিংদা অতোপ্পা আশা অমগী মফম লৈতে। অদুননি কুন্তি দেবীনা মবুংঙো শ্রীকৃষ্ণদা অসুম্না নিখিবদো: "ও! জগৎগুরু, নহাক্না ঐখোযদা দর্শন হাযবদি অমুকহন্না পোক্তনবগী দর্শন অদু পিবিবা তাববদি ঐখোয মতম্ পুম্নমক্তা অৱা-অনা খক্তা ফংজগে, ফংহনবিয়ু"।

ঈশ্ববরু পামজবিবা অমসুং ফংজগে হাযনা তান্নরিবা ভক্ত অমনা মসিগী ৱাখল্লোন অসি লৈগদবনি। অদুওইববদি, নুংঙাইবা নক্লগা অৱাবা হাযবা থোইনা খল্লদনা মহাক্লা মাগী সাধনাদা য়াম্না পুক্নিং চঙনা, মরক তত্তনা, অমসুং থাজনা চত্থগনি অমসুং অশেংবদু খঙলবা মতুংদা মহাক ফজনা মপুং ফাববা নুংঙাইবা, অপেনবা ফংগনি।

মিৎয়েং অসোমদগী য়েংলবদি জীবন্মুক্ত অমগা ভক্ত অমগা খেন্নবা লৈতে; মখোয অনিমক অহংকাব, প্রকৃতি অমসুং মাগী মগুণ অহুম, অমসুং বর্নাশ্রমা ধর্মগী ৱাংমদা লৈখ্রে। অসিগুম্বা মীতাশিং অসিগী থম্মোয অদু মিনুংশিনা থনগনি অমসুং সংসাবগী অফবা থবক্তা তৌনিংগনি। মসি মখোযগী ব্রাহমানন্দনি, মদুনা মখোয়বু অসুম্না তৌহন্নিংলিবনি। অসিগুম্বা ভক্ত অমগীদি অপাম্বা লৈররোই, মবমদি অপাম্বা হাযবসিদি 'ঐ' অমসুং 'ঐগী' হায়বা ৱাখল অসিগী ফলনি। মখোয় অসি মরু ফুক্তংলবা মতম অদুতদা

মী অমনা ভক্ত ওইরকই। মঙোন্দা অপাম্বা ৱাখল পোক্লবগী মফম লৈতে। মহাক্তি অমৃতশ্বরুপগী ভক্তনি, শিবা নায়ররোইদবা হৌনশানি। অদুগুম্বা অমৃতশ্বকপ অমগীদি নুংঙাইবগী অথুম্বা অদু নত্তনা অতৈ অমগী অরাম্বা, খৌরাংবা লৈতে।

## সাধক অমগীদি ঙসি অসি মাগীনি; অদুগা হয়েংদি ?

যম হায়র্বাস শিবগুম মফম পুম্নমক্তা লৈ। যম হায়র্বাসিনা হকচাংগা মরী লৈনৈ; মহাক্না থৱাইবুদি শোকহনবা ঙমদে। শিবদি থৱাইগা মরী লৈনৈ: অদুবু মহাক্না হকচাং অসিবুদি অকক্লবা মতম থমদনা হিংহনবদি তৌবোই। হকচাং অসি থৱাইগীদমক্তদি মসিগী চপচাবা হৌনশা করিনো খঙনবগীদমক চঙদবা যাদ্রবা গাডি অমনি। অদুবু, হকচাংগী মপু ওইবিবা যমগী মিৎয়েং করম্বা মতমদা চঙলক্কনি হায়বা কনানা খঙগনি? মসিগী হকচাং অসি যমগী থৌবি কোঙ্গোয়দা করম্বা মতমদা থুখিগনি হায়বসি কনানা খঙগনি? থৱায় অসিনা, যাম্না লায়না মাঙখিবা য়াবা হকচাংগী পোৎলুম অসিগা লোয়ননা মথক্তা পর্নাখ্রবা চেকশিনগদবা ৱাফম অসিগী অর্থ লৌশিনগদবনি অমসুং মতম পুম্নমক্তা শিব-দা তিনজনবা লাংতক্ল দুনতা লৈগদবনি, ওইনিংবা মিকুপ ওইজসনু, মিকুপ অদুমক্তদা! হৌখ্রবা মিকুপ অমা থক্তং য.৬৭। অমুক হলহল্লকপা ঙমদে। মী অয়াম্বনা থবক তৌবসি য়েথোক্কল্লি, ঙসিগীনা হযেংদা, অমসুং ঙরাংগীনা ঙসিফাওবা। অদুগা, সাধনাগী থবকশিংগী মওংদি অসি নত্তে; মখোয়গীদি ঙরাং হায়বসু লৈতে, অমসুং হয়েং হায়বসু লৈতে। মিকুপ অসিমক্ মিকুপ অদুনি! হৌখ্রবা মিনিট অদুনা নঙনা

ফংবা ঙম্বগী ৱাংমদা লৈখ্রে; অসুম্না লাক্কদৌবিবা মিনিট অদুসু নঙগী নত্তে! মসিগী ভাব তাবা ৱাখল অসি মাগী *থম্মোযদা হক্তুনা থম্বা থৱাই অদুতনি শিবদা তিনবা ঙমগদৌবিবাসি।* মসিগী অচুম্বা ৱাফম অসি থম্মোযদা ফাওহন্দনা, থৱাই অসিনা ঙসি, হযেং হায়বা বাখলদা লুপলি, মদু হকচাং অসি মকুওইবনি হাযবা ৱাখল অদদা যুমফম ওইবগনি; অসুম্না মসিনা সংসাবগী ওইবা অপাম্বা পোকহন্নবা যুম্ফম থোল্লি; অসুম্না, মসিনা হকচাংগা লোযননা হন্না হন্না পোকই অমসুং যমগা উনদুনতা লৈ।

সাধক অমগীদমক্তদি শিবা দর্শন তৌবা হাযবসি মাগী অধিকাবনি অমসুং যম দর্শন তৌবদি নত্তে! মহাক্না মদু খল্লোইদবনি, নিংলোযদবনি, নিংবা ফাওবা নিংশিংলোযদবনি। হকচাংগা থৱাযগা মৰী লৈনবশিং অদুখক্তা মীনি। মসিগী নিতি অসিবু ভাব তাববশিং অদুনা মখোযগী সাধনাদা শম্না অমা ফাওবা থবেক্লবোই। হৌজিক কালগী মীশিং অসিদি সংসাবগী ঙাইহাক্কি ওইবা নুংঙাইবশিং ফংলগা অমসুং থেংনবগা পেঙ্গে। মহাক পোথাদে। অহিংনা তুমদুনা লেল্লি, অযুক নুংথিলনা চাদুনা, থক্তুনা লেল্লি, অসুম্না মহাক্না নোংম-নোংমগী হৌখিবনা অহল ওইববা মতমদা অশিবনা ফংদ্রিফাওবা লেনগনি। অদুদগী মহাক কদাযদা চৎকদগে, কবি তৌগদগে হাযবদু লেপথোকপা ঙমদ্রে; মহাক্কি ইন্দ্রি পুম্নমকসু শোন্থখবে; কনা অমতনা মহাকপু কনবিবা ঙমদ্রে; মবম অদুনা মহাক যাম্না হাযবা ইনবা শদুম অম শুম্ অশিবগী খাযাৎ মনুংদা মপুন্সি লোযবে!

মসিগী মী ওইবগী পুন্সি, মমল নাযদ্রবা ডাইমণ্ডগুম্ মমল লৈখ্রবা

পুন্সি অসিবু মমল লৈত্রবা, চৎনদ্রবা অবিবা শেল অমগুম্না অসুক্কি মতিক হোঙহল্লিবসি কযাদা অবাবগী **মশক্লো! ইবুংঙো মহাকপু** ফংনবগী সাধনা অমতা তৌদনা, ঈশ্বরদা মেদিতেসন তৌদনা, কান্নবা কবি অমতা তৌদনা মতম মাঙহনখ্রগা অনুতাপ তৌকবগী কবি কান্নগনি। যুম অমা মৈ চাকখ্রবা মতুংদা পুখ্রি অমা তৌনবগী থৌবাং তৌবনা কবি কান্নগান? মদু কৈদৌঙ তৌগান? ঈশিং অদু কবন্বা মতমদা ফংবা ঙমগনি? মৈ অদুনা কবন্বা মতমদা মুথৎকনি? মদু ওইথোক্লবোইদবা থবক অমনি। হেক অহৌবা মতমদা পুখ্রি অমা থৌবাং তৌদুনা লৈবন্না তাবর্বদি, অসি শুন্বা চীববা তাঞ্জা অদুদা কযাদা কান্নবমগনি! **পুন্সিগী অবোইবা মতমদা ঈশ্বরগী মবমদা খনবা হৌবা হাযবদুদি মৈ চাকখ্রবা মতুংদা পুখ্রি তৌবা হৌবগুম্বনি।** মবম অদুনা, হৌজিক্কগী হৌনা যাম্না তোযনা ঈশ্বরগী মবমদা খন্বা হৌববদি মদুনা অবোইবা মতমদা যাম্না কান্নবগনি। হযেং হৌগদবা সাধনাদু ঙসিমক হৌবো! ঙসি তৌগদবা সাধনাদু হৌজিকমক্ হৌবো! মথংগী মিকুপ্তা কবি ওইগদগে হাযবসি কনা অমতনা খঙদে; মবম অদুনা, তৌগদৌববা সাধনা অদুগীদমক অমুক পন্থহনবগী দবকাব লৈত্রে। মসিগী সাধনা অসিগীদমক হকচাংগী পাঙ্গল থবসু দবকাব ওই, অদুনা হকচাং অদুসু খবগীমখৈদি যেংশিনগদবনি, হেঞ্জিন্না যেংশিল্লবদি অমাঙবা ওইগনি। দবকাব ওইবিবা থাক অদু ফাওবদি, মসি যাম্না চেকশিন্না যেংশিনগদবনি।

**ভক্ত অমনা মুক্ত ওইরক্লবা লম্বী ঃ**

মসিগী মীওইবগী মপোক আস ফংবদা যাম্না ব্রাই। মসি ঈশৈ অমগুম্না হেক্তা ফংবা ঙমদে। হকচাং অসিনা মীথুংফম শঙ অমগুম্বনি; পুক্লিং অসিনা মদুগী চৌকিদাবনি; থব্রাই অদুনা যাত্রিক

অদুনি; মরম অদুনা মখোয়শি কনা অমতা মরী মতা নত্তে। অশেংবা খোঙচৎ অদুদি মোক্ষপুরি, অরান খুভম ফংনফম্ সহর য়ৌনা চত্তবা য়াদবনি। **খুরৌথাংদবা খোঙচৎ অমগীদমক ঈশ্বরগী মমিং নিংশিংজবদগী হেন্না থাজনিংঙাই ওইবা পোৎ অমতা লৈত্রে।** মদুগী মিং অদু শোনবগী অথুম্বা মহাও অদু অমুক্তং থেংনখ্রবদি নুপা অদু চোকথবা, পোথাফম খঙদবা নত্রগা তন্থবা হায়বদু লৈররোই। মহাক্লা মাগী সাধনাগী খোঙচৎ অদু য়াম্না নুংঙাইনা, হৈনিং হ্রাওনা অমসুং চপচানা থাজনা পাঙথোক্কনি। অদুম ওইনমক, মসিগী সাধনাগী থাক অসি য়ৌনবা, সদ্ভাব নত্রগা অচুম্বা চৎপা হায়বসি যাম্না মরুওইবনি। পাপকি অকিবা লৈত্রবদি অচুম্বা চৎপা হায়বসি হৌদোকপা ঙম্লোই; ঈশ্বর নুংশিবগী ব্রাখলসু পোকপা ঙম্লোই। মসিগী অকিবা অসিনা ভক্তি পোকহল্লি, মদুনা অমুক ঈশ্বরবু পুজা তৌহল্লি।

পঙবা হায়বসিনা মীগী লৈখা তানবা মরম ওই। মসি য়াওগী থৌদৌগুমই। য়াও অমা কোম অমদা তাববদি, পুম্নমক কোম অদুদা লোয়না তাগনি। মদুদি মাঙনিংঙাইগী মশক্তি। মসি থোক্তনবা, অফবনা করিনো, ফত্তবনা করিনো হায়বসি থবক খুদিংমক্তা খল্লগা চোংবনা হেন্না ফৈ। অশিবনা কনা অমতবু লেম্না থারোই, মহাক ওইনিংবা অমা ওইজসনু। মসিনা অদুম পুম্নমকপু কিহনবগী থবক চখুরি; ঙসিনা অতোপ্পগী পালি ওইখ্রবসু, হয়েংনা নঙগীনি। লৈকোল অমদা শাৎলিবা লৈশিংসি য়েংউ। মালি অদুনা অশাৎপা লৈদু হেকখিবা মতমদা, পোল্লিবা অদুনা হয়েংদি মাবু হেক্লনবগী পালিনি হায়দুনা নুংঙাইজরি অমসুং মখোয়গী মায়থোং অদু মদুগী

আশা অদুগা লোয়ননা হয়েং শাৎলকপা মতমদা য়াম্না হরাওনা উই। মখোয় অৱাবা ৱাখল ফাওবরা? মখোয় মমায় লুকথব্রা? মখোয় ফজবদা হন্থবরা? নত্তে। মথংগী নুমিত্তা মখোয়গী পালি থোকই হায়বা হেক খঙবদা মখোয় মকা ফন্না, মথৱাই নুংঙাইনা থৌরাং তৌদুনা লৈ।

মতৌ অসুম্না, মী অমনা সাধনাগী লম্বীদা য়াম্না হরাওনা, ঈশ্বরগী মমিং নিংশিংদুনা, ঙসিনা মী অমদু শিখ্রে, হয়েংনা মাগী পালি ওইবা য়াই হায়বা অৱাবা ৱাখল অমতা লৈতনা, চৎনবগী থৌরাং তৌদুনা লৈগদবনি। হকচাং অসি গ্লাসকি উতোং অমগুম্বনি। মসিগী মনুং অসিদা পুক্নিং অসিনা পংহোংদা হোংদুনা পোথাদনা লৈরি। মাগী মতৌদু উবদা অশিবনা নোক্লি। জীব হায়রিবা উচেক অদু মখুল মাপল পানবা পাত্র অমগী মনুংদা লৈ। উচেক অদুগী হকচাং অমা লৈরিবসি কমদৌননো হায়বসিদা অঙকপা অমনি; মানা পাত্র মনুংদুদা কমদৌনা লাক্লিবা অমসুং মহাক্না কমদৌনা হৌগৎলিবা অমসুং চৎলিবা। খন্দ মাপলগী অমসুং দ্বীপ মাপলগী সুরশিং, মুণিশিং অমসুং মীশিং পুম্নমক হকচাং অদুগী অরূম্বদু পুননবা য়াথং অমা ফংলি। হৌজিক, মখোয়শিং অসিগী মনুংদা, কনা কনানা মরূপনো অমসুং কনা কনানা য়েকনবনো? মদ হায়বসিনা শিরবা মতমদা, পুম্নমক অসি মরূপ ঙাক্তনি; অদুদগীদি য়েক্নবা অমতা লৈত্রে। মসিগী পাবা অসি পুম্নমক্না নিংশিংগদবনি।

মীওইবনা নুংঙাইবা অমসুং অৱাবসি নাকোংগী মতেংনা থেংনজবি। মরম অদুনা, অকনবা ৱাহৈগী তমথিরবা তেঞ্জৈশিং

অদু তোকথোক্লগা, মী অমনা যাম্না নুংশিবা, তাবদা নুংঙাইবা অমসুং অথোৎপা ব্রাহৈদমক শিজিন্নগদবনি; অমসুং থোৎলিবা অদুগা লোযননা অচুম্বগী অথুম্বদুসু য়াওহল্লু। ব্রাহৈ অদু থোৎননবা ওইদবা হাপচিল্লবদি হেন্না অরাবা খক্তগী লম্বী শেংদোক্লনি ঃ **সাধক অমা ওইরক্লবা নুপা অমনা, য়াম্না অথোৎপা, নুংশিবা, অচুম্বা অমসুং তাবদা নুংঙাইবা ব্রাহৈদমক শিজিন্নগদবনি।** অসিগুম্বা মীওইশিং অসিদি মশাগী অফবা গুণশিং অদুমক্লা অদুম খঙবা ঙমই। অসুম্না, সাধক ওইরবশিং অদুগীদি, পুক্লিংনা মথুরানি, থম্মোযনা দ্বারকানি, অমসুং হকচাংনা কাসিনি। তবাশুবা থোঙদা পুমথোই থোইবা অরংবা মঙাল, পবমজ্যোতি অদু ফংবা যাই। থম্মোয়বু শেংদ্রবদি হোৎনরিবা পুম্নমকসি অরেম্বনি। ঙা অসিদা য়েংউ। মপুঙ্গি চুপ্পা ঈশিং মনুংদা লৈরবসু, মাগী নমথিবা মনম অদু খাজক্তং ফাওবা কোকখ্রববা'? কোক্তে। মীগী মশাদা লোয়নরিবা মওং-মতৌ, হৈনবী গুণ খরদি মশাগী থম্মোয় শেংদোক্লবা কয়াবক হন্না হোৎনরবসু মাগী থম্মোয়দা মদ কাবগী ব্রাখল অদু লৈরিবা মখৈদি কোকপা ঙম্লোই। অসিগুম্না মী অমনা, মঙোন্দা লৈরিবা 'ঐ' অমসুং 'ঐগী' হায়বা ব্রাখল অদু থাদোক্লিংলবদি হরি-ঈশ্বর পুজা তৌজগদবনি। মহাক অপাম পামদ থিদনা সাধক অমা ওইগদবনি। সাধুগী হৌনশা লৈবা থম্মোয় অমদা অসিগুম্বা বিকারসি পুন্না লৈমিন্নবা ঙমদে। মফম অমতদা, মতম অমতদা, মঙালগা অমম্বগা পুন্না লৈমিন্নবা ঙমদে। পুক্লিংগী অপাম্বা ইহুল তরুক লৈবা মী অমগী থম্মোয়দা অহংকার খক্তনা মন্ত্রি ওইগনি। মখোয অদু ফনা চাউবা পণ্ডিত, সাধু নত্রগা সন্যাসী ওইদুনসু, থম্মোয়দা অসিগুম্বা মন্ত্রি

লৈবা কাংবু অদুদি অপঙবা মীশিংদগী হেন্না ফত্তবা কাংবুনি।

"মনম নুংশিবা পুবা গাধা অমনা শামু অমা ওইরকপা ঙম্ব্রা?" গাধা অমা চা চন্দন মপুন অমা পুই হায়দুনা শামু অমা ওনবা ঙম্ব্রা? মহাক্না অরুম্বা অদুদি খঙগনি অদুগা নুংশিবা মনম অদুদি খঙলোই! অদুবু শামু অদুদি অকুম্বা অদুদা কবিশু থৌশারোই; মানা নুংশিবা মনম অদুদি হোনজিনগনি, নত্রনে? মতৌ অসুম্না, সাধক নত্রগা সন্যাসী নত্রগা ভক্ত অদুনা অশেংবা অচুম্বা অদুতা লৌগনি, অফবা থবকশিংগী শেংলবা, মচি ওইবা শরুক অদু লৌগনি, ঈশ্বরগুম্বগী, শাস্ত্রশিং, বেদশিং অমসুং উপনিষদশিংগী ৱা লৌগনি। অমবোমদনা, চুম্না হৈনবগী তম্না অমসুং পঙযেৎ য়েৎনবগী ওইববদি, মহাক্না চক্রিগী কান্নগদবা অদুতা খঙগনি, অচুম্বগী নুংশিবা মনম অদুদি খঙলরোই। য়েংলিবা ভাবকশিং অদুনদি বেদ অমসুং শাস্ত্র হৈরে হায়না থাগৎকনি; অদুবু, তঙাইফদবশিং অদু ফাওবা খঙদ্রবদা করম্না মখোয়বু অহৈবা ওইগদৌরিবনো? মচং থিরিবা কাংবুগীদমক্তদি, অকুম্বগী বাফম অসি লৈতে। ঐখোয়না ৱাখল খজিক্তং খন্থরবদি খঙগনি মদুদি মদুনা শম্না অমগী কান্নবা ফংলোই। নুংশিবা প্রেম হাযবসি ঈশ্বর তত্তনা নিংশিংনবগীদমক য়াম্না চাউবা খুৎলায় অমনি। খুৎলায় অদু তেক্ত কায়দনা অমসুং মপাঙ্গল কন্না শম্নবগীদমক, সাধক অদুনা অচুম-চুমদা খন্থনবা ৱাখলগী মখুম হাংদোকপা নত্তনা অতোপ্পা খুৎলায় অমতা চঙদে।

মখোয়না য়াম্না তম্লুবা মহৈ অদু চক্রি য়েৎনবতদা শিজিন্নবা অমসুং মখোয়না হেন্না হৈবা কাংবুনি হায়না থাজবা মী ময়াম

অমা পৃথিবী অসিদা লৈ; মসি অচৌবা অবানবা অমনি। মখোয তশেংনা অসুক যাম্না হৈববদি, মখোয অসুক যাম্না থক যেৎনবোই। তুমিন্না লৈবনা অবেম্বা লন্বীনি খন্দুনা মখোয তুমিন্না লৈগনি; মবমদি, নিংথিনা হৈববা কাংবু অদুদি বেদগী, শাস্ত্রগী অমসুং উপনিষদকি মচি ওইবা বাফমশিংদু মখোযদি থেংনবম্লগনি। মখোযনা উগনি মদুদি মচং অদুগী মওং মতৌশিং, মদুগী মক ওইবশিং, মদুনা লাওবিবা ঈশ্বর অদুগী অশেংবা, পুম্নমক অসি অমতনি, কনাগুম্বা অমনা খঙনিংবা অমা খঙজববসু। মখোযনা খঙই মদুদি ঈশ্বরদি মানা নিংজবা মওং অদুদা অদুম উগনি অমসুং মহাক্না মপুক্লিংদা ঈশ্বরদুগী মবমদা খল্লিবা ব্রাখল অদুগী মতুংইন্না থবক ওইনা মদুদা উৎলি।

অনি অসিগী মনুংদা হেন্না মক ওইবিবাদ পুক্লিং অনি লোঙদবা, অনেম-অৱাং লৈহন্দনা চাং মান্ননা থম্বা, বিকাব হাযবদি অপাম-পামদা মযাম অসি লৈহন্দবা অসিনি অদুগা চক্রি যাম্না যেৎনগনবগী মতৌ অদু নত্তে। ঐখোযনা সাধনা তৌবিবা পুম্নমক অসি কবিগীনো, জপ তৌবিবসি কবিগীনো, ধ্যান অমসুং ভজন তৌবিবসি কবিগীনো? পুম্নমক অসি পুক্লিং অনি লোঙদনবা, পুক্লিং চপ যুংবা ঙম্নবা নত্রা? অমুক্তং মদুগী পুক্লিং চপ যুংবা অদু ফংবা ঙমখ্রবদি, থোইদোক্না মীওইবনা অমুক হোৎনকুবগী দবকাব ওইদ্রে, মদুগী নুংগী কান্নবা ফল অদু মঙোন্দা অদুম খঙহনবিবক্লগনি। অদুনা, **সাধক ওইনিংবা কাংবুনা, অরান-খুভম ফংনিংবা কাংবুনা, নিংঙাই-চক্রি শংদাইনবা থবক তৌরোইদবনি, ফত্তবা ব্রাখলনা মখোয়বু শোকহল্লোইদবনি;**

মখোযনা মশাগী মবাল খঙজগদর্বনি অমসুং মদু অমুক হল্লোযদবনি, মখোযনা ফংখ্রিবা পুক্লিং অনি লোঙদবা অদু শেন্নগদবনি, মাঙহনখিবোইদবনি, মখোযগী মিৎযেং অদু পাল্লিবা পান্দম অদুদা থমগদবনি, মখোযগী লম্বীদা থেংনবিবা খুদোংথিবা, অৱা-অনা পুন্নমক কবিশু লৈতর্বানি হাযনা খন্দোক্কদবনি। মখোযদা হৈনিংবা অমসুং নুংঙাইবা পীগদবা পোৎশিংদা খন্দ্না লৈগদর্বানি অমসুং মমল যাল্লবা মতম পুন্নমক অচৌ অপিক্কী ৱাফম কযাদা চিংনবা বাখল খন্দুনা মতম মাঙহল্লোইদবনি। অতৈ পুন্নমক্তু লোইনা খল্লুদ্রবসু, মখাগী অনিসিদি তঙাইফদবনি হাযনা লৌগদর্বনি। (১) ঐ লোযনা খঙলবনি হাযবা নাপল কাবা, (২) মসিবু অচুম্ববনে নত্রগা চুমদবা জাৎলনে হাযনা চিংনবা বাখল খনবা। অনি অসি সাধকশিংগী মকওইবা যেক্লবা অনিনি। যেক্লবাশং অসি কনা কনানো হাযবগা কবি তৌগদৌবিবনো? মী অমনা মাগী অশেংবদা লেঙদনা ৱাখল অসি থমগদবনি হাযবসি মশানা লেপকদর্বানি। মদুনা শেংলবদি, পুন্নমক লোযনা শেংলে। মদুনা চুম্লর্বাদি পুন্নমক লোযনা চুম্লে। নহাক্লা সংবান্নবা মচুগী আনোক্ উপলর্বাদি, প্রকৃতি অসিদা মখল মথেলগী মচু লৈববসু, পুন্নমক নহাক্লা উপলিবা মচু অদুতমক উগনি, নত্রনে? সংসাব অসি নহাক্লা তোঙান্না উববদি, মদু নহাক নশাগী দোষ খক্তনা ওইগনি। পুন্নমক প্রাস নহাক্লা প্রেম ওইনা উববদি মদুসু নহাক্ প্রেম অদুখক্তর্নানি। অনিমক অসি ওইবিবগী মবমসি নঙোন্দা লৈবিবা বাখল অদুগী মতুংইন্ননি। মী অমগী থম্মোযদা অবানবা লৈবা অদুখক্তনা সংসাব অসি লান্না উই। মশাদা লাল্লে হাযবগী জ্ঞান অমতা লৈত্রবদি, অবানবগী ফিভম অমতা সংসাব

অসিদা থিবা ফংলোই, মরমদি মরাল অদু করিনো হায়বসি মখোয়-খণ্ডলমলোইদ্রা?

হৌজিক, ঈশ্বর মশামক্কিদি মরাল লৈরোইদ্রা হায়বা ৱাহং অমা থোরক্কে, মরমদি মহাকসু মবালদা থিরিবনি। অদুবু ঈশ্বরনা মরাল থিরি হায়বসি করম্না হায়গদৌবিবনো? মহাক্তি অফবতা থিবনি, মরাল অমসুং পাপ থিবা নত্তে। ৱাখলশিং অদু মীপুম খুদিংগী মশাদা লৈরিবা গুণ অদুগী থাক মতুং ইন্ননি। ঈশ্বরনা মী অমগী মরল-মথুম, শাগৈ-নাতৈ, গোত্র, সমাজদা লৈরিবা থাক নত্রগা নুপা, নুপীগী মরমদা পরিক্ষা তৌবোই। মহাক্তি অফবা অদুতা, সদ্ভাব অদুতা য়েংবনি। অসিগুম্বা সদভাবগী গুণ চেনবা কাংবু, ওইনিংবা অমা ওইজরবসু, অদুদা মাগী থৌজালগী খন্নে।

মরম অদুনা, সদভাবগী, অফবগী অমসুং অচুম্বগী ৱাখলতমক লৈহন্নবা হোৎনৌ। **হিংউ অমসুং নুংঙাইনা অমদি নুংশিনা থবক্ তৌ। অনি অসিনা মতিক্ চারে; শোয়দনা অরান খুভম ফংলগনি।**

**মী অমসুং হিংচাবা - লমচত্তা খেন্নবশিং ঃ**

মীওইবশিং অসিদি নুংশিবা প্রেম্না পিকথল্লি। মখোয়গী থম্মোয়শিং অসিদি মিনুংশিগী ঈফুৎ ঙাক্তনি। মখোয়দি অচুম্বদা ঙাঙনবা গুণসু লোয়নৈ। শান্তি হায়বসিনা মীগী পুক্নিংগী মগুণ, মওং-মতৌনি। শান্তি থিনবগীদমক্তা অতোপ্পা মফম অমদা চৎলুবগী দরকার লৈতে। সনা অমসুং লুপানা পৃথিবী মনুংদা লোত্তুনা লৈবগুম্ মণি-মুক্তানা সমুদ্রগী লৈখাদা লৈবগুম্, শান্তি অমসুং নুংঙাইবনা পুক্নিংগী মথৌ ময়ামসিগী মরক্তা লোত্তুনা লৈ। অসিগুম্বা লোত্তুনা

লৈরিবা লন ময়াম অসি ফংনিংদুনা কনাগুম্বা অমনা লুপশিল্লবদি অমসুং পুক্নিংগী মথৌশিং অসি নুংলোমদা ওনশিল্লবদি, মহাক নুংশিবা প্রেম্না পিক থল্লকই। অসুম্না নুংশিবনা পিক থল্লবা কাংবু অমসুং অদুগুম্বা নুংশিবগী মণ্ডাল অদুদা লৈরিবা কাংবু অদুতবু মী হায়না কৌই। অসিগুম্বা নুংশিবা প্রেম যাওদবা কাংবু অদুবু হিংচাবা কৌই। মদুগী নুংশিবগী শেংলবা গুণশিং অদু মরক মরক্তা উথোরকই; মদু অহোংবা লৈতনা অদুম লৈগনি। মদু যেক্লোক্লবা য়াদ্রবা পোৎশক্নি। নুংশিবা প্রেম্না থুমহৎলবা কাংবু অদুদি তুক্কচবা, মশাগী ওইজবা থিবা, ওইদবা তৌবা, অবানবা অমসুং শাজৎ ফত্তবা নচিংবগী থবক অমতা তৌররোই; অদুবু, নুংশিবা লৈতবা কাংবু অদুদদি মথক্কি থবকশিং অসি মখোয়গীদি হেন্না পামজবনি। হিংচাবশিং হায়বসি নুংশিববু খোঙনেংনবা অমসুং অতোনবা থাক্কি থবকশিংবুনা হেন্না মরুওইবনি খনবা কাংবু অদুনি; অদুগা মী হায়বসিনা অতোনবা থবকশিং অসিবু য়েক্লবনি, লিলগুম্বনি, হাত্তোক্কদবনি অমসুং নুংশিবা প্রেমতমক যোকখৎকদবনি হায়না খনবা কাংবু অদুনি। ফত্তবা লমচৎ শাজৎনা মী অমা ওইবগী মগুণ অদুবু মথক-মখা ওন্থোকহল্লি। নুংশিবগী অমৃতনা থল্লবা থম্মোয়শিং অদুনা মীওইবদা য়াম্না শেংলবা মীগী মগুণ অদুবু উৎলি। নুংশিবা প্রেম হায়বদি, অমোৎপা, ওইজবাথিবা, শেংদবা অমতা য়াওদনা অদুম অতৎ-অথম লৈতনা চেনবা প্রেম অদুবুনি।

মানব (মী) অমসুং দানব (হিংচাবা) অনিগী মরক্তা খেন্নরিবসি মা অমসুং দা অসিখক্তনি। অদুবু মা হায়বা ৱাহৈ অসিদি থোৎলি, নুংশি অমসুং খুদম শাক্কিনাদা লেঙলবোইদবনি; অদুগা দা হায়বা

ময়েক অসিনা মিনুংশি লৈতবা, আইন লৈতবা, অমসুং অচাকপিনি। মশাদা অথুম্বা, অমেংবা য়াওদবশিং অদু মীরা অমসুং অমর ওইনিংবগী ব্রাখলবু নমশিন্নবা হোৎনরিবা কাংবু অদুবু মীরা? মওংদি মী ওইরগসু, মখোয়গী শাজৎ-মতৌ অদুদি হিংচাবনি! মরমদি অহানবা মরুওইরিবদি মওং অদু নত্তে; লমচৎ অদুনি। মীওইবগী শকফম লৈরগসু মশাদা থৌজালগী ব্রাখল অমসুং অচুম্বগী ব্রাখল চেন্দ্রবশিং অমসুং হিংচাবগী শাজৎ চৎলিবশিং অদুবু করম্না মী হায়না কৌগদৌরিবনো? নত্তে! মখোয়দু মী কৌবা য়ারোই। ঐগী পাওজেলগী ব্রাঙাংশিং অসি মওংদা য়ুম্ফম ওইদে; মীগী মগুন্দা য়ুম্ফম ওইবনি। মী মরক্তা হিংচাবা ময়াম অমা য়াওরি। মখোয় য়েংবদদি চপ মান্ননা উই, অদুবু মখোয়গী মগুণশিং অদুনা খাইদোকপদি য়াই। মীশিং অসিনা মশাশি অথোৎপা অমসুং থৌজালগী নুংশিবা থবকশিং, অচুম্বা, নুংশিবগী থবক তৌদুনতা লৈ অমসুং মখোয় অসি মী অমগী আত্মাজ্ঞান লাকচবা য়াবগী অমসুং অমর ওইবা গুণ অদু উৎলকপা য়াবগী শাক্তিশিংনি। মখোয়গী অফবা হৌনশা অদু মমায়দা নুংঙাইবা ওইনা মরাং কায়না উবা ফংই; অদুবু, অদুগুম্বা অফবা অদু য়াওদ্রবদি,মশাদা নুংঙাইবগী ব্রাখলনা পুংপঙ পঙথহল্লবসু মাগী মমায় অদুনদি হিংচাবগী মৈগী মশক ওইরবা মাঙ-তাক্লবগী শকফম অদু উৎকনি; মমায় অদুদা নুংঙাইবগী থৌজাল অদুদি য়াওরোই।

**ঙসিগী ব্রাহৈশিং অসি ঙরাংগী থবকশিংগী ফল অদুতনি ঃ**

ত্রেতা য়ুগ মনুংদা, নারদ-না শ্রীরামচন্দ্রদা মাগী মনাইশিং, সাধকশিংগী হৌনশা অমসুং মওং-মতৌগী মরমদা হংবা মতমদা, মহাক্না মখাগী অসুম্না খুমখি ঃ

"তাও, ও নারদ! ঐগী মনাই ওইরিবা মী পুম্নমক অসিদি নুংশিবা ব্রাখলনা পিক থল্লি: মখোয়না মতম পুম্নমক্তা ধর্ম নত্রগা অচুম্বাখক্তদা ঙাক্তুনা লৈ; মখোয়না অচুম্বদা ঙাঙই; মখোয় পাপ তৌদে; মখোয়গী হৌনশাদি নিংথিজৈ; মখোয়না খুদিংমক হরাওনা থাদোক্কনি; মখোয য়াইমবপ তৌনা চায়; মখোয় অতোপ্পগী অফবা তৌদুনা লৈ; মখোয় মশাগী ওইজবা ব্রাখল লৈতে; মখোয় চিংনবা ব্রাখলনা ব্রাহন্দে; মখোয চিরোন তৌবদা তারোই। মখোয় অতোপ্পগী অফবা মতিক মগুণ থাগৎপা, শক-শোনবদা তানিংদুনতা লৈ। মখোয়গী য়াম্না ফজবা, অকনবা অমসুং অশেংবা লমচৎ লৈ। অসিগুম্বা গুণশিং অমসুং লমচৎশিং লৈনবা হোৎনবা কাংবু অদুবু সাধক কৌই। হৌজিক, ঐনা নুংশিবিবা কাংবুশিং অদু কনা কনানো হায়বসি নখোযদা হায়রগনি। কনাগুম্বা জপ তৌবিবা, তপ অমসুং ব্রত তৌবিবা, মশাবু খুদুম চঞ্জরিবা, থকশি-খাশি নাইরিবা, থাজবা লৈবা, খাঙকনবা, মরুপ-মপাং ওইবগী গুণ লৈবা, মিনুংশি অমসুং হবাও তয়াম্বা লোয়ননা ঐঙোন্দা মক্তুবা প্রেম লৈবা পুম্নমক অদু ঐঙোন্দা নুংশি থোইরবা ঙাক্তনি।"

"হৌজিক ঐগী অশেংবা ভক্তশিংগী মরমদা অমুক হায়গে। অচুম-চুমদগী ব্রাখল খন্থবিবা মী, অপান্বা থাদোক্লবা মী, অফ-ফত্ত খনবা ঙম্বা অমসুং থাদোকপা ঙম্বা মী, নোল্লুকপা অমসুং লৌশিং জ্ঞান লৈবা, অশেংবা অদুগী মরমদা খঙবা মী, ঐগী লীলা ময়াম অসিদা খন্দুনতা লৈবা মী, মতম পুম্নমক্তা অমসুং ফিভম পুম্নমক্তা ঐগী মিংদা শোন্দুনা লৈবা মী, কনাগুম্বা অমগী মচিন্দগী ঈশ্বরগী মমিং তাবদা মমিত্তা পিরাং চেন্থবা মী, মখোয় অদু ঐগী অশেংবা ভক্তশিংনি।"

অসুম্না শ্রীরাম্না নারদ-দা পাওখুম পিখি। মবম অদুনা, ঈশ্বরনা হিরম খুদিংদা, মতম পুম্নমক্তা, মহাকপু নিংথিনা অমকপা লৈত্রবা ভক্তিগা লোয়ননা পুজা তৌরিবশিংবু ঙাকপি-শেনবিগনি, মমা অমনা মচাবু, ষনবি অমনা ষন্নাও অমবু ঙাক শেনবগুম, মিংকি পানা মিংপু ঙাকশেনবগুম, থোইনা হোৎনরুবা তৌদনা, মথন্তা হেক্তা ঙাকপি-শেনবির্গনি। অঙাং অদুনা অহল ওইরক্লবা মতমদদি মমা অদুনা মাগী তেক-কায়দনবা অসুক য়াম্না পুক্লিং চঙবিদে। স-গুণ ভক্তশিং অসি ঈশ্বরগী মফমদদি অঙাং মচাগুম্বনি, অদুনা মখোয়গীদি ঈশ্বরগী পাঙ্গল নত্তনা মশাগী মপাঙ্গল লৈজদে। জ্ঞানি অমগীদি মশাগী মপাঙ্গল অদুনা অদুম যাবে। মবম অদুনা, **মী অমনা মশাগী মপাঙ্গলদা হিংজবা ঙমদ্রিবা মখৈদি ঈশ্বরগী মখুত্তা অঙাংগুম্না লৈগদবনি**। স-গুণ ভক্ত অমা ওইখিদনা কনা অমতনা নির-গুণ ভক্ত ওইবা ঙমদে। অদুনা, অঙাংশিংনা মমাগী মতম্বাক্তা চাউরকপগুম্ তপ্না হৌগৎকদবনি অমসুং অদুগী মতুংদগী মশাগী মপাঙ্গলদা হিংবা ঙম্বা জ্ঞানি ওইবক্কদবনি অমসুং মনিংতমগদবনি। অদুবু, অনিমক অদুম পাঙ্গলগী হৌরকফমদি মমাদা ওইগনি। *মসিগী ভক্তিগী অরোনবা লম্বী অসিবু ভাব তাবা ঙম্লবা কাংবু অদু তশেংনা মরায়বক ফরবা কাংবুনি।* মপুক্লিং চপ য়ুংনা ভক্তি লৈরবা কাংবু, অমসুং মশাগী অফবা লমচৎকি নিতিবু মপাঙ্গল কলহল্লবা কাংবু, মশা অসিবু ঈশ্বরগী মতম্বাক্তা অঙাংমচা ওলহল্লবা কাংবু অমসুং মহাক্লা তৌবিবা থবক খুদিংমক ঈশ্বরগী অনিংবনা তৌবিবনি খল্লবা কাংবু অদু তশেংনা মরায়বক ফববা কাংবুনি।

মরম অদুনা, ইবুংঙো মহাক্কি মনায় ওইজনিংবা, ভক্ত ওইজনিংবা, অচানবা অমসুং অনন্য ভক্ত ওইজনিংবশিংনা মদুগী চানবা লম্বী, থবক অমসুং পুক্সি খুৎলেন অদু পায়খৎকদবনি, লেনগদবনি। ভক্ত অমনা মথক্তা পনখ্রিবা ভক্তিগী মওং-মতৌশিং অদু মশাদা লৈহনগদবনি, পোকহনগদবনি; ইবুংঙোগী অচানবা প্রিয়া অদুনা ঈশ্বরগী প্রেমগী নিতি অদু ইনগদবনি; অনন্য ভক্ত অমনা মশা অদু পুরানা ঈশ্বরদা চংজগদবনি। খর পাবা অমসুং চিন্দা ঙাঙবনা করি অমতা কান্নবা ফংলোই। আনন্দ হায়বসি থবক তৌবগী ফলনি। মসিগী আনন্দ অসিদি জাতিদা, শাগৈদা, অমদি নুপা, নুপী ওইবগী মখা পোন্দে। শ্রীরাম্মা সবরিগী মনাক্তা লাকপা মতমদা অমদি সবরি মশামক্লা মহাও য়েংথোক্লবা উহৈশিং অমসুং লৈনুংগী মরুশিং হরাওনা চারিঙৈদা মহাক্লা অসুম্না হংজখিঃ "ইবুংঙো! ননায়দি নুপী ওইবিনি, অদুদসু নত্তনা, ঐদি য়াম্নসু পঙজবীনি, পুম্নমক অসিগী মথক্তা, ঐহাক্তি অতোনবা জাতিদা পোকপিনি। ঐনা করম্না ইবুংঙোবু থাগৎচগনি? ঐহাক্লা করি তৌগদগে নত্রগা করম্না তৌগদগে খঙজদে।" অদুদগী শ্রীরাম্মা মোমোন নোকখি অমসুং হায়খি, "সবরি! ঐগী পান্দমদি ভক্তিগী মরী লৈনবা অদুখক্তনি। ঐহাক্তি জাতিগী নত্রগা শাগৈগী মরী লৈতে। ভক্তিবু লৈত্রবদি ফম চাউবনা, থাক ৱাংবনা, লন্থুম লৈবনা অমসুং লমচৎ ফজবনা করিবু কান্নগনি? ঈশিং য়াওদ্রবা লৈচিন মপৈনা অতিয়াদা কোইপাই পাইদুনা লৈবগুম, ভক্তি য়াওদ্রবা মীওইশিং অসে নুংশিৎকি থৌজালদা লৈ, মখোয়গী জাতিগী থাক, লনথুম্, শক্তি অমসুং মিৎচৎ ওইনিংবা ওইজরবসু। ভক্তশিংনা লম্বী

মাপলগী মতেংনা ঐঙোন্দা যৌবকই, মখোযগী মনুংদা অমনা হেক্তা ঐগী ইনাক্তা পুবকই।" অদুদগী সববিনা লম্বী মাপলদু তাকপিনবা নিজখি অমসুং শ্রীবাম্না তাকপিখিঃ

"শ্রবনম্, - ইবুংঙোগী মবমদা তাবা
কীর্তনম্ ইবুংঙোগী মবমদা শক-শোন্বা
বিশ্নোসস্মবণম্ - ইবুংঙোগী মিংথৈ নিংশিংজবা
পাদসেবনম্ - ইবুংঙোগী চবন-সেবা তৌজবা
বন্দনম্ - ইবুংঙোগী মতিক মগুণ শক শোঞ্জবা
অর্চনম্ - পুজা কচ্চবা
দাস্যম্ - মনায ওইজবা
স্নেহম্ - নুংশিবা প্রেম
আত্মানিবেদনম্ - ইবুংঙোদা পুবা চঙজবা, কখোকচবা

"ভক্ত অদুনা লম্বী মাপল অসিগী মনুংদা অমদা হেক্তা থব্রাই যাওনা হোৎনববদি মহাক্না ঐবু ফংবা ঙমই। মসিগী ভক্তিগী মখল ৯ অসিনা ঐবু পুনশিল্লি। অদুননি নহাক্না অসুক্কি মতিক লাযনা ঐবু উজনবা, শোকচনবা অমসুং ঐঙোন্দা ব্রা ঙাঙজনবা তাঞ্জা অমা ফংজবিবসি, মসিদি যোগিশিংনা ফাওবা ফংবদা যাম্না শাথীনা ব্রাবনি। নহাক্কি পুন্সিগী পান্দমদি ঙসি থুংখবে। যেংউ, ঙসিগী ব্রাহৈশিং অসি ঙবাংগী থবকশিংগী ফল অদুতনি!"

**ভক্তি হায়বসি মখল অনি শুই ঃ**

মথক্তা পনখ্রিবা লম্বী মাপল অসি চৎলিবা কাংবু অদু মখল অনি শুই। (১) অকনবা লম্বী চৎলিবশিং, (২) খুদোংথিবোইদবা

অরায়বা লম্বী চৎপশিং। করিগুম্বা মতমদা মখোয় অসিবু (১) ভক্তি অমসুং (২) প্রপত্তি হায়নসু খঙনৈ। হায়বদি, মরকতকিশ্বরগী হোৎনবা মওং নত্রগা য়োংমচাগী মতৌগুম্বা ভক্তি, অমসুং মরজলকিশ্বরগী হোৎনবা মওং নত্রগা হৌদোংমচাগী মতৌগুম্বা ভক্তি অদু প্রপত্তিনি।

থাওনা পাত্র অমদগী পাত্র অমদা চেন্থবগুম ভক্তি হায়বসি মরক তৎলোইদবনি। মখল অনিদু মরুদদি চপমান্নরবসু, খোঙজংদদি খেন্নৈ। প্রেম্ য়াওদনা সংসাব অসিদা কবি অমতা ফংবা ঙম্লোই। নুংশিবা প্রেম, অনুরাগ নত্রগা অপাম্বদু লৈরবা মতমখক্তদনি, মদুগী ফল ওইনা থোরক্লিবা ঙাকথোকপিবগী অমসুং ঙাকপি শেনবিবগী অপাম্বা লাক্লিবসি। মথক্কি মখল অনিমক্তা প্রেম অসি চপমান্নৈ, চিংননিংঙাই লৈতে; অদুবু, তশেংনা উৎলকপা মওংদদি খেন্নবা লৈ। মরকতকিশ্বর মার্গদা অঙাং অদুনা মশা কঞ্জনবগী পাঙ্গল পুম্নমক মশানা তৌজবা তাই; মমা য়োং মপি অদুনা চেন-চোংবা খুদিংদা মমাগী মবুক্তা চেৎনা তাদনবা নপশিনবা তাই, অমসুং চিংথোক্লফাওবা নাম্থোক্তনবা নপ্পা তাই। মরম অদুনা, ভক্ত অদুসু ঈশ্বরগী চাংয়েং খুদিংদা খাঙবা তাই অমসুং মতম চুপ্পদা, ফিভম পুম্নমক্তা, চোকথবা লৈতনা, পামদবা নত্রগা হৈনিংদবা ৱাখল শম্না অমা ফাওবা লৈহন্দনা, সংসারগী চৈরকপা, নোক্লরকপা পুম্নমক খাঙদুনা অমসুং ইকায়বা অমসুং মায়থিবগী ৱাখল পুম্নমক জয় তৌদুনা ঈশ্বরগী মিংখৈরোল অদুন্ শোনবা তাই। মসিগী ভক্তি মখল অসিগী খুদমদি ভক্তশিংগী মনুংদা অথোইবা অহানবা ওইরিবা প্রহ্লাদনি।

প্রপত্তি-মার্গ অদুদি মসিগী মখল অসি নত্তে; মসিদি হৌদোংমচাগী হায়বদি মরজলকিশ্বরগী মতৌনি - হায়বদি 'সর্ব্বভার সমর্পিত'গী মিৎয়েংদুনি, হায়বদি দায়িত্ব পুম্নমক লোয়না শিন্নথোকখিবগী মিৎয়েং অদুনি। হৌদোংমচা অদুনা মফম অমদা লৈরগা মাগী দায়িত্ব পুম্নমক মমা অদুদা শিন্নথোক্লগা অদুম খোংদুনা লৈবগুম, ভক্ত অদুনা মাগী থাজবা পুম্নমক ঈশ্বরদা শিন্নখ্রে। হৌদোং মমাদুনা মচাদু মচিন্না চিক্লগা মফমচাবদা পুবি নত্রগা অখুবা লম্বী ফাওদুনা খুদোংচাগদবা মফমদা থাংদোকই। মতৌ অসুম্না ভক্ত অদুনা মাগী পোৎলুম পুম্নমক্ ঈশ্বরগী মথক্তা থাঙ্গৎলি অমসুং মশা অদু পুরানা চঙজৈ। লম্বী অসিদা চৎখিবগী খুদমসি লক্ষননি।

প্রপত্তি-মার্গগি নিয়মশিং অসিনা ভক্তিগী নিযমশিংদগী য়াম্না থাক ৱাংবা হেল্লি। প্রপত্তিগী মওং-মতৌসি হিরম খুদিংমক্তা পুরানা চঙজবদুনি। শ্রীবাম্বু সেবা তৌনবা লক্ষ্মন্না মাগী লম্বীদা লৈরিবা অপনবা পুম্নমক - লন-থুম, নুপী, মমা, মযুম অমসুং চাবা থকপা, তৃন্বা পুম্নমক থাদোকখি। অদুগা, মসিসু নোংমগী নত্তে, থা অমগী নত্তে, চহি অমগী নত্তে, চহি তবামবি পুবানি। মহাক্না মশাদা ফাওখি মদুদি শ্রীরাম্না মাগীদমক্তদি পুম্নমক্লি, মাগী হবাও-নুংঙাইবা, মাগী দরকার লৈবা পুম্নমক্ শ্রীবাম্না পীবিগনি খনখি, অমসুং মাগী পুক্সিগী পান্দম হায়ববু মাগী মতুংইন্বা, মাগী সেবা তৌবা, মাগী ৱাখল পুম্ন মক মঙোন্দা চঙজবা অসিনি হাযনা খনখি। মরম অদুনা, পোৎলুম পুম্নমকক্তু মাগী মথক্তা থম্লবদি অমসুং মহাকপু লেপ্পা লৈতনা অমসুং কাওবা লৈতনা তুংইল্লবদি, শোয়দনমক্কি শ্রীরাম্না মাগী পুম্নমক্ লোয়না পীবিগনি। মসি প্রপত্তি ভক্তিগী মওং-মতৌ, হৌনশাদুনি।

**জঙ্গলগী পুন্সি ঃ**

সংসারগী য়ুমপানবগী পুন্সিদা চঙলবা মতুংদা অমসুং অৱা-অনা অমদি নুংঙাইবা কয়া হকথেংনদুনা মদুগী চপচাবা অর্থ করিনো হায়বা খঙলবা মতুংদা মী অমনা জঙ্গলগী পুন্সিদা লেনবা তাই, মদু মহাক্না চহি ৪৫ নত্রগা ৫০ শুরক্লবা মতমদা, মহাক্না শারম্বা য়ুম অমসুং লৈরম্বা মফম অদু থাদোক্লগনি। মতম অদুদা মাগী নুপীনা হিংলগদি, নুপা অদুনা মাগী অয়াবা লৌবা তাই অমসুং মহাকপু মচানিপাদা শিন্নবম্বা তাই নত্রগা মাগী মমা-মপাশিংদা শিন্নরম্বা তাই নত্রগা মাবু পুবিরগা মচিন মনাওগুম্ লোয়নদুনা লৈমিন্নবা তাই, অদুগা মশামক্তি ব্রহ্মচার্য্য ওইবা তাই। চিঞ্জাক্তা য়াম্না চাউনা অওনবা অমা লৈগনি। মহাক্না লৈনুংদা ফংবা মরুশিং, অমদি উহৈ চাগনি অমসুং শঙ্গোমখক্তং থক্কনি। চানবা চিঞ্জাক পুম্নমক মপুংফানা, মুন্না ফুৎপা, লৌবা তৌরোইদবনি, শরুক অহুমগী অমখক্তা ফুংকদবনি। চেং য়াম্না শিজিন্নরোদবনি। হায়রিবা ফিভম অসিদা মহাক্না চানবা শিনবা ঙমদ্রবদি, মনাক্তা লৈবা খুঙ্গংশিংদা চত্তুনা ভিক্ষা নিবা য়াই। অদুবু চিঞ্জাক অদু মহাক্না জঙ্গলদা পুরক্লগা মশাগী লৈফমদা চারগদবনি। মঙোন্দা তাংদুনা হিংবা মী লৈরবদি, মানা চারিবা চিঞ্জাক অদুমক্ মঙোন্দসু পিজগদবনি, মরমদি মখোয়না চানিংবা থোংবা য়ারোই নত্রগা অতোপ্পদগী পরকপা য়ারোই। মখোয়না মদুদা চাবা ঙমদ্রবদি, মখোয় শঙ্গোম অমসুং উহৈদা হিংবা তাবনি, মরমদি মহাক্না অতোপ্পগী পেন্নবা মাগী শাজৎ-নিতি হোংবা য়াদে। মদু ফন য়াম্না অৱাবা ওইরবসু, নিয়ম অদুদি শেমদোক্লোইদবনি নত্রগা থাদোক্লোইদবনি। মসি অখন্ননা খঙজিনগদবনি, য়াম্না মরুওইবনি।

মহাক্না পুজা অমতা তৌবা য়াররোই নত্রগা দান তৌবা য়াররোই নত্রগা অসিগুম্বা থবক অমতা তৌবা য়াররোই। মহাক্না অতোপ্পদা চিঞ্জাক নত্রগা পোৎ-চৈ পিবা তারবসু, মদু দান তৌবনি হায়না লৌবা য়াদে। মহাক্না অতোপ্পদগীসু করিগুম্বা অমতা দান ওইনা লৌবা য়াদে। মহাক্কি অশেংবা নুংশিবা প্রেম অদু পুম্নমক্তা চপ্ মান্নবা লৈগদবনি। চহি অমদা অমনবা ফিজোল পুম্নমক থাদোক্লুনা অনৌবা ফিজোল অমা আশ্বিন (লাংবন/মেরা) - থাদা শেৎকদবনি। জঙ্গল পুন্সিগী ব্রত-শিংগী মনুংদা, 'চন্দ্রায়নব্রত' অসিনা খ্বাইদগী মরুওইবনি। থা অসিগী মনুংদা মহাক্না অহানবা নুমিৎ ১৫নিদু নুমিৎ খুদিংগী চখোম অমমম্ হন্থনা চাগদবনি অদুগা লেমহৌরিবা নুমিৎ ১৫ নিদুনা নুমিৎ খুদিংগী চখোম অমমম্ হেন্না চাগদবনি, মহাক্না থাশি অমসুং পুর্ণিমা নুমিত্তা কোনজী খক্তা চাগদবনি। নোংজুথা-মনুংদা মহাক্না নোং মরক্তা লেপ্তুনা তপ তৌগদবনি, নিংথমথাদা তপ তৌরিঙৈদা অচোৎপা ফি শেৎকদবনি। অসিগুম্বা লাইনিংবগী থবক চাং নাইনা তৌনা-তৌনা মহাক্না নোংমদা অহুমলক্ ইরুজগদবনি। উপনিষদকি ব্রাফম পুম্নমক্ নৈনদুনা অর্থ খঙদোক্কদবনি অমসুং থবক ওইনা হকথেংনগদবনি। অসিগুম্বা জঙ্গলগী পুন্সি অমদা নারক্লবদি চাবগী থবক অদু ককথৎকদবনি, মহাক ঈশিং অমসুং নুংশিৎ চাদুনা লেনগদবনি; মহাক অৱাং-নোংপোক পাংনা শিদ্রিফাওবা চৎকদবনি। অমরোমদনা, মশাগী অনাবা অমতা লৈত্রবদি, মশা অদুম ফরবদি মথক্কি নিয়মশিং অসি চৎলবা মতুংদা, মহাক্না অশেংবা জ্ঞানগী মঙাল অদু থেংনরগনি। মসিগী জ্ঞান অসিগী মতেংনা মহাক্ অরানখুভম ফংলগনি।

মসিগী নিয়ম অসিনা মতৌ করম্না জ্ঞানগী মঙাল পিগদৌরিবনো হায়দুনা মী কয়ামরুম্না য়েংলি। মখোয় অসিবু হকচাংগী অকক্লবা খর থম্বতা নত্ত্রা, মখোয়না হংই। জ্ঞান হায়বসি নিয়ম অদুবু ভাব তারবদি থোরকপা ঙমই। ব্রহমজ্ঞান শোয়দনা ফংগদবা নিয়ম য়াওদবা অসিবু মখোয়না করম্না জ্ঞান, লৌশিং কৌগদৌরিবনো, মখোয়না য়েংলি। অদুবু মসি অচৌবা অরানবা অমদা য়ুম্ফম ওই। হকচাংগী অকক্লবা নিয়মশিং অসিগী মতেংনা, মীগী মশাদা পকহৌবা তোঙানবা গুণ, শক্তম লাক্তম, শাজৎ-লাকচৎ (trait) অদু মাঙহনখি অমসুং পুক্লিংচঙবা মপুং ফারকখি। উপনিষদকি ব্রাফমশিং অদুনা মসিগী পুক্লিং চঙবসি থাক, থাক নাইনা য়োকখৎলি অমসুং মপাঙ্গল কনখৎহল্লি; উপনিষদকি ব্রাফমশিং থেংনবা অদুতনসু জ্ঞানগী মঙাল ফাওহন্নবগী মরম ওই। উপনিষদশিং অসিবু জ্ঞান মশামক্তু নত্রনে? মদুগী জ্ঞান শ্বরুপ অদু লোয়নবা ওইনা, মী মশামক্লা থেংনজবদা মদুবু খঙজবদুনা অমুক অতোপ্পা মফমদা জ্ঞান অমুক থিরুবগী করি দরকার লৈরিবগে? থম্মোয়দা জ্ঞানসি মফম চেৎনা লৈহন্নবগীদমক্তা পুক্লিং অনি লোঙদবা হায়বসি তঙাইফদনা চঙই অমসুং মসি যাম্না লায়না মথক্কি হকচাংগী নিয়মশিং অমসুং তপ অদুনা ফংবা ঙমই। মপানগী অথিংবনা, খুদুম চনবনা, মনুংগী খুদুম চনবসি হিরম কয়ামরুমদা ঙমই। চাংদম্নবা মতমদা, মপাম্থোংগী ফিভমদা খুদুম চনবসিনা মনুংগী খুদুম চনবদগী লুবা য়াম্না হেল্লি। খুত্তা পায়রিবা ষ্টারিং অদু লৈবা মতমদা, খুত্তা লৈতবা কারগী চাকাশিং অদু মায়কৈ অমতদা লৈশিল্লি। ষ্টারিং অদুনা মায়কৈ অমদা লৈবা মতমদা চাকাশিং অদুনা অতোপ্পা মায়কৈদা লৈথোকলোই। নুংগী চাকাশিং অদু মপানগী চাকাশিং অদুদা য়ুম্ফম ওইখিবনি!

মসি মশাগী হৌনশা ওইবা য়ুমফম্নি। কবিগুম্বা মতমদা, ষ্টারিং অদু অমবোমদা লৈরগা চাকাশিং অদুনা অতোপ্পা মায়কৈ অমদা লৈখিবা য়াই অদুবু, মসি মশাগী হৌনশাগী মওং-মতৌদু থাদোকখিবদগীনি। মনুংগী চাকাশিং অদু অশেংবা মচি, মচং ওইরিবা নুংশিৎ য়াওরমদ্রবদি, ষ্টারিং অদুগা মরী অমতা লৈনদবগুম্ তৌরম্বা য়াই। অদুবু, মখোয় ষ্টারিংগী শক্তি অদুগী ৱাংমদদি চৎপা ঙম্লোই। খুত্তা পায়রিবা ষ্টারিং অদু মখাদা লৈরিবা চাকা অদুগা মরী লৈনৈ। মসিগী মরী অসি লৈবমদ্রবদি, খোঙচৎ অদু ওইথোকলম্লোই। মরী অদু তঙাইফদবনি। মরম অদুনা, মপানগী ফিভমশিং অদুবু লাক্লরিবশিংনা মদু খুদুমচনবা ঙমখ্রবদি, নুংগী ফিভমশিং অদু খুদুম চনবদা লায়না থোক্লে। মপানগী ইথিলশিং অদু মমিং অমসুং মওং লৈ অমসুং মখোয় অদু থেংননবগী পোৎ ওইনা চিংশিল্লি। মরম অদুনা, মখোয় অদু জয় তৌনবা হোৎনবা হায়বসি খরগী মখৈদি অৱাবগী মশক্লি। অদুবু, নুংগি ইথিলশিং অসিগীদি মমিং লৈরবসু মওংদি লৈতে; মখোয় অদুবুসু আনন্দ ওইনা থেংনৈ; মরম অদুনা মখোয় অদু হেন্না লায়না জয় তৌবা ঙমই। মখোয়বু য়াম্না হেন্না লায়না তেথহনবা ঙম্মি। ৱাখলদা ৱারীবদি মপানগী মওং-মতৌ অদুদনি। মখোয় অসিদি মহাওগা, মওংগা, অকুম্বগসু লোয়নৈ। মনুংগী ইহুলশিং অসিদি মওং, মহাও অমসুং অরুম্বা লৈতে। অশেংবা ঈশিংদি মহাও লৈতে, মওং লৈতে। শেংদবা ঈশিংদি হায়রিবা হিরমশিং অসিদা লোয়না খেন্নে। মরম অদুনা, শেংদবা ঈশিং শেংদোকপা হায়বসি তশেংনা অরুবনি; অদুবু অশেংবা ঈশিংদি পীনিংবা মওং অমা য়াম্না লায়না পীবা য়াই।

মতৌ অসুম্ তৌদুনা, সংসারগী মায়া অসিনা মাঙহল্লবা পুক্লিংগী শাজৎ-নিতি শেংদোকপা অসিনি লৈরিবা অরুবা পুম্নমকসি; অসিগুম্বা মায়া অসি য়াওদ্রবা পুক্লিংগী শাজৎ-নিতি অদুদি অমুক চুমথোক্লুবগী দরকার লৈত্রে। মায়া য়াওদ্রবা শাজত্তি তশেংনমক্ অশেংবনি। মসিদদি অশোয়বগী অমসুং চিংনবগী মমি মচেৎ অমা ফাওবা লৈত্রে। অসিগুম্বশিংসি করিগী অমুক্ চুমথোক্কদৌরিবনো? মরম অদুনা, মীওইবনা হেক য়ারিবমখে মপানগী মায়াশিংসি অহানবদা খুদুম চনবা অমসুং জয় তৌবা ঙম্লবাদ নুংগী ইথিলশিং অদু আত্মাআনন্দ রোমদা চৎকনি। অসিগুম্বা মপানগী মায়া অমসুং ইহুলশিং অসি খুদুম চন্নবা অমসুং জয় তৌনবগী লম্বী অতোপ্পা অমগী মমিংবু যোগ অমসুং তপ তৌবা হায়বসিনি। বানপ্রস্তগী নিয়মশিং হায়ববু মসিগী যোগ অমসুং তপ তৌবগী হিরমদা মায় পাকপা হায়বনি। বানপ্রস্তগী থাক্তা মখল-মখাগী মায়াশিং অদুবু নর্মশিনবা ঙম্লবা মতমদা, মাগী খোঙচত্তু অরানখুভম ফংবদা লোয়শিল্লি। অদুবু, মোক্ষগীদমক্তা লম্বী অসিখক্তনি হায়বদি ঐখোয়না হায়বা ঙমদে। থৌজালবু হেক ফংলিবা লম্বী অমা ঐখোয়না খনবা য়াই। নিঙতম্বা হায়বসি বানপ্রস্তগী নিয়মশিং অসি ঙাক্লা চৎপনা ফংবা ঙমই। মসিনা মী অমবু মায়া চঙহন্দে। মসিনা মঙোন্দা পুক্লিং চপ য়ুংশিনবা পী।

## মুক্তি মখল মরি শুই ঃ

মপানগী ব্রাখল অমতা য়াওহন্দ্রবা অমসুং ইশাদগী থোরকপা ব্রাখলশিং য়াম্না শেংনা অমসুং য়াম্না ভাব তানা, খঙনা পুক্লিং চপ

**য়ুংশিন্না তৌবা পুজা অদুমক্ ভাবসমাধি ওইরকই।** ভাবসমাধি অসিগী ফলনা, ঈশ্বর অদুনা ভক্ত অদুগী পুক্নিংগী মিৎ মমাংদা মহাক্না লাৎচরিবা মুর্ত্তি অদু ওইনা থোরকই। উরিবদু ভাবনা শাবগী ৱাফম নত্তে; মদু তশেংনা মায়গা মায়গা থেংনরিবনি। মফম খেন্নবা লৈতনা, মহাক মশামক্না ঈশ্বরদুগী মনাক্তা লৈবা ঙমই। মসিবু **সা-লোক্যমুক্তি** কৌই। সালোক্যমুক্তিদা তৌবগুম্না, ইবুংঙোগা মতম পুম্নমক্তা লৈমিন্নবদা নত্তনা, ভক্তশিংনা উরিবা পুম্নমক্তু ইবুংঙো মাগী মতিক মগুণ ঙাক্তনি হায়বসি ভাব তাই। অসুম্না থেংনরিবদুবু **সা-মিপ্যমুক্তি** হায়না কৌই।

মতিক মগুন্দু অদুম মতম পুম্নমক্তা য়েংদুনা ইবুংঙোগা অদুম লৈমিন্নরবা অমসুং নুংদগী ফাওরকপা ঈশ্বরগী ৱাখলতনা হকচাং অসি পিক থল্লবদি মদুবু **সা-রূপ্যমুক্তি** কৌই। মসি ভক্তি শাস্ত্রগি অরোইবা মহৈদুনি। অদুবু, মতাং/থাক অসিদা অতোপ্পা ৱাখল অমগী মমি অমদি লৈরি, মরম অদুনা অদৱাইত সিদধান্ত অমনা মদু খ্বাইদগী অৱাংবা থাক্লি হায়বসি য়াহৈরোই। ইচম-চম্বা মরম হায়ববু ভক্ত অদুনা ইবুংঙোগা চপ মান্নবা রুপ-মওং লৈরে হায়দুনসু ঐখোয়না মঙোন্দা শেম্বগী, য়োকপিবগী অমসুং মাঙহনবগী শক্তি লৈরে হায়বদি ঙল্লোই, মসিদি ইবুংঙো মাগী শক্তিনি। খেন্নবা অমতগী মমি লৈত্রবা অমসুং ইবুংঙোদুগা অমতা ওইরবা মতম অদুতদা খ্বাইদগী ৱাংবা থাক অদু য়ৌই। মদুবু **সায়ুজ্য** কৌই। মসিদি ঈশ্বরগী থৌজালতনা ফংবনি, খুদিংমক্না চথরিবা সাধনা অদুগী মচংগী শরুক অদুনা ফংবনি; মদু হোৎনবগী ফল ওইনা হেক্তা ফংদবা য়াদে হায়না তানবা য়াদে। ভক্ত অদুনা মসিগী অমতা ওইবা

পুনশিনখিবা অসি ফংনিংগনি। মহাক্না ঈশ্বর অদুবু মানা পামজবা মওংদা সেবা তৌজনিংই অমসুং ঈশ্বর অদুদা মহাক্না পিখ্রিবা, নিংখ্রিবা মওং অদুদা নুংঙাইবদু থেংনজনিংই। অদুবু, ইবুংঙো অদুনা মাগী থৌজালনা মঙোন্দা সালোক্য, সামিপ্য, সাৰূপ্য, সাযুজ্য পীবি। ভক্তিগী লম্বী অসিনা ব্রহ্মজ্ঞানসু ফংবা ঙমই। ভক্ত অদুনা মদু পামদ্রবা ফাওবদা, ইবুংঙো মশামক্না মদু মঙোন্দা উহনবি। সাযুজ্যমুক্তিবু একান্তমুক্তি হায়নসু খঙনৈ।

**অফবা-অনিংবনা মনাক যৌনবগী লম্বীনি ঃ**

মাযানা শাবা জীবশিংগীদমক্তদ মাযাগী থোঙ অনী লৈ; ঈশিং থোঙগী অপাম্বা অমসুং লৈ গী অপাম্বা। মী খুদিংমক্না অপাম্বা অনি অসি জয় তৌনবা হোৎনগদবনি, মখোয় অসিনা লৈবিবমখৈ মীওইবদা অবাবা থোকহল্লি। সংসারগী ওইনা লৈবিবা অপাম্বা পুন্নমকসি অনী অসিগী মনুংদা লৈবা ঙাক্লনি; মরম অদুনা অনি অসিবু জয় তৌববা কাংবুশিং অদুতবু সংসার ঈপাক অসিবু মায়পাক্না লাম্তোকপা ঙম্লে হায়বা যারে। পাপ পুন্নমকি মরমসু অনিসিননি; অমসুং পাপ হায়রসিনা মাযাবু হিংহল্লিবা হার অদুনি। অওইবা ওইনা হায়বা তাববদি মসিগী মাযা সংসার অসিনা হকচাং অসিখক্তা যোকননবদা শিজিনগদবনি। নিংতম্বা পাম্বা কাংবুশিংনা ইন্দ্রিশিং লাকশিন্নবা হোৎনগদবনি। "হকচাং ঙাকশেন্নবা চিঞ্জাক, অইংবা ঙাকথোক্নবা ফিজোল," উত্তরা গীতানা হায়। অদুম ওইনমক্ মীওইবনা মখোয় অসি তান্নবদা পুক্লিং অদু পুবা লুপশিনখ্রবদি, মহাক্না মী ওইনা লাক্লিবগী পান্দম কাওখ্রগনি অমসুং

পাঙথোক্লিবা থবকশিং অসিগী পান্দম লোযননা শেংনা হোৎনবিবা পুন্নমক্কী পান্দম কাওখ্রগনি। মসিগী মহুত্তা, মী অমনা তৌনিংবা থবক অমা তৌববসু হায়বিবা হিবম অসিদা তঙাইফদবা ওইনা খনগদবনি অমসুং মতম পুন্নমক্তা মখাগী বাফম অসি নিংশিংগদবনি: **"ঐহাক ঈশ্বববু সেবা তৌনবা পোকপনি অমসুং ইশা মশক খঙনবা হাযবদি আত্মাজ্ঞান ফংনবা পোকপনি"**। থবক পুন্নমক হাযবদি - শেৎপা, চাবা, চৎপা, মহৈ তম্বা, সেবা তৌবা, লেঙবা ... পুন্নমক অসি খুদিংমক্না মী অমবু ঈশ্বরগী মনাক্তা পুশিনবি হাযবা থাজবাসগা লোযননা পাঙথোক্কদবনি। থবক খুদিংমক ইবুংঙোদা কথোক্লবনি হাযবা বাখল আসদা পাঙথোক্কদবনি।

লৌমী অমনা লৌফম অমা শেংদোকই অমসুং লৈতেম মান্নহল্লি, নুঙ, তিঙখং লৌথোকই, খোইদোকই অমসুং নিংথিনা লৌফমদু শেম-শাই, হাব হাপচিল্লি, লৈহাও চেলহল্লি, হাঞ্জিল্লি, ফুক্তোকই, লিংশিল্লি, পেংথোকই, তিল কাং হাৎনবা হিদাক কাপথোকই, ফনবা হোৎনৈ, মক মবাংদু লোকশিল্লি, মকু মবাং যৈথোক্তুনা খন্দোক্লবা মতুংদা মহৈ অদু পৈশিল্লি। চৎথখিবা খোঙথাং খুদিংমক্তু চাকখাওগীদমক্তনি; মতৌ অসুম্না, মী অমনা খনগদবনি মদুদি চাকলাম্বা, খৌবাংবা, নুংঙাইবা অমসুং অবাবা, অমাঙবা, খুদোংথিবা নঙবা, অশাওবা, চিঞ্জাক অমসুং অবান্বা পুন্নমকসি ঈশ্বর ফংনবগী মায়কৈদা মতেং পাংবা ইহুল ঙাক্তনি। মী অমনা মসিগী মিংযেং অসি লৈববা মতমদা, পাপনা হাযবিবা থবকশিং অসিদা কবি অমতা মোৎহনবা ঙম্লোই। অপান্বশিং অদুসু মমি অমতা তাহল্লমদনা খোঙ্গুল মাঙখ্রগনি।

নুপা অদুনা মশা নারবদি নত্রগা মপুক্লিং অদুনা অতোপ্পা অমদা লুপ্তুনা লৈখ্রবদি চারিবা চিঞ্জাক অদুগী নত্রগা চানিংবা অমা চাবদা মহাও অদু লৌশিনবা ঙমদে। মতৌ অসুম্না, কনাগুম্বা অমনা মিংখৈরোল শোল্লবসু, ভজন শক্লবসু, জপ নত্রগা ধ্যান তৌরবসু মাগী থম্মোয়দা তম-গুণগী ৱাখলনা পিক থন্দুনা লৈরবদি, মহাক্না নুংঙাইবা অমত্তা থেংনরোই; অসিগুমবা ফিভম অমদা নুংঙাইবা হায়বসি খক থোরক্লোই। লৈগী মথক্তা চিনি লৈরিবমখৈ, লৈ অদু থুমগনি। থম্মোয়গী অকোয়বদুদা মঙাল অমসুং ভক্তি লৈরবদি, থাংমৈ অদুনা চাক্লিবমখৈ অমম্বদু লৈরোই। থম্মোয় অদু চাংজৌ নায়দ্রবা নুংঙাইবনা ঙানগনি। লৈ-মথক্তা অখাবা অমা থল্লবদি লৈ পুম্নমক খাগনি; মিহৌবা অমসুং অশাওবনা থম্মোয়দা চঙখ্রবদি মঙাল অদু মাঙখি অমসুং অমম্বনা লাকশিনখি, অদুদগীদি মী অদু অমাঙবা অমসুং অৱাবা ৱাখল কয়াগী চঙফম ওইরকই। মরম অদুনা, ঈশ্বরগী শেংলবা মনাক অদু য়ৌজনিংবা কাংবুদা অকক্লবা শাজৎ-নিতি খর, থকসি-খাসি নাইবা অমসুং অফবা গুণ খরদি লৈগদবনি। হান্নগী লেল্লক্লিবা পুন্সি অদুনদি ঈশ্বরগী মনাক্তা পুরোই। সাধনাগী মতেংনা মখোয় অদু খর শেমদোক্কদবনি। ৱাইন্নু অদুদা য়েংউ; মসিনা ঈশিংদা য়াম্না য়াঙনা চৎলি। অদুবু, চৎলিঙৈ মনুংদুদা মহাক্না ঙা অমতা ফাবা ঙমদে; ঙা ফানবগীদমক মহাক তপ্না চৎকদবনি, তুমিন্না অমসুং লেঙদনা লেপকদবনি। মতৌ অসুম্না, কনাগুম্বা অমনা মিহৌবা, অশাওবা অমসুং অসিগুম্বা গুণগা লোয়ননা চত্থরবদি মহাক্না সত্য, ধর্ম, অমসুং শান্তি ফংবা ঙল্লোই। কনাগুম্বা নুপা অমনা করিগুম্বা মখল অমগী সাধনা তৌবা নত্রগা তৌদবা য়াই, মহাক্না মরক তত্তনা মিংখৈরোল শোন্নবদি হোৎনগদবনি।

অদুম তৌরবতদা মহাক্না মীহৌবা অমসুং অশাওবগী হৌনশাগী ওইবা গুণশিং অদুবু খুদুম চনবা ঙমগনি। শাস্ত্র পুম্নমক্না মসিগী পাওতাকসি নত্তনা অতৈদি লোইনা তস্নি; ইবুংঙো অসিনা জগৎ পুম্নমক্কি পম্বুংফম ওইবনিনা, অদুগা মসিগী পুন্সি হায়বা খোঙচৎ অসিগী পম্বুংফমসু মহাক ওইবনিনা, মহাকপু তত্তনা মিৎয়েংদা থমউ অমসুং পুক্নিং অদু লম্বী অদুদগী হেক হাইদোকপদা খুদুম চনশিল্লু। ব্রা য়াম্না ঙাঙদনবা হোৎনবিবা অমসুং ইবুংঙো মহাকপু তত্তনা নিংশিংজরিবা মহাক অদুগী মনাক্তা অফবা গুণ পুম্নমক্না কোয়শিন্দুনা লৈগনি। য়েংউ! দ্বাপর যুগতা কৌরবশিং অদুনা হৌখিবা মপোক্কি অফবা ফলশিং থেংনরিঙৈ ফাওবদা, পাপকি থবক্তা লৈখি; অমরোমদনা পাণ্ডবশিংনা হৌখিবা মপোক্কি পাপকি থবকশিং অদুগী ফলনা অৱা-অনা নঙলিঙৈদা মখোয়না অফবতা খনখি অমসুং তৌখি। মসিনি অশিংবগা শিংদবগা খেন্নবসি। কৌরবশিং অসিনা মবুক লাম্বগী অমসুং ঈশিং থোঙগী অপাম্বগী মনাই ওইখি, অদুগা পাণ্ডবশিংনা থবক খুদিংমক অচুম্বা অমসুং ধর্মগা শাগোন্নরগা ঈশ্বরগীদমক্তা তৌখি। অৱাবনা খুদুম চনব্রবা মী অমনা উৎসব অমদা নত্রগা ফুনবা অমদা থৱাই য়াওবা ঙম্লোই; মতৌ অসুম্না, ঈশ্বরগী ব্রাখলদা লুপতুনা লৈবিবা অশেংবা সাধক অদুদি সংসারগী নুংঙাইনবগী পোৎশকশিং অসিদা মহাও থক য়েংনিংলোই নত্রগা খনবা ফাওবা খল্লোই।

**অফবা লমচৎ হায়বসি মীওইবা পুন্সিগী মণি-নি ঃ**

মী অমনা, অশিবনা চঙশিল্লক্ত্রিঙৈদা, হকচাং অসিমক্তা

লৈরিবা লেঙদ্রবা অচুম্বদু খঙননবা হোৎনহৌগদবনি অদুগা মদুগী অচুম্বদুগা মী অমগা লৈনরিবা মরী অদুসু খঙহৌগদবনি। কটোপনিষদ-না হায়রিঃ হৌগৎলো, তুমলনু, অচৌবদগী লাইমিং লৌরো। করিনা য়াগদৌরিবনো অদুগা করম্ববুনা হুন্দোক্কদৌরিবনো হায়না চিংনরিবা কাংবুনা মায়ানা মমিৎ উহন্দ্রবা কাংবু অমসুং অমম্বনা কবিনো অদুগা মঙালনা করিনো খন্দোকপা ঙমদবা কাংবু, অশিবনা করিনো অমসুং অমবনা কবিনো খঙদবা কাংবু, অসিগুম্বা মীতা পুম্নমক্কা খুৎশেমগী জীব খুদিংমক্কি আত্মাজ্ঞানগী য়ুম্ফম ওইরিবা লেঙদ্রবা অচুম্বদু খঙনবা লম্বী তাকপা ঙম্বা অচৌবদুগী মনাক্তা চঙজগদবনি। অদুদগীদি, মসিগী সংসার অসিগা শ্বর্গগা অনিমকসি মঙাল অদুমক্তা অমতা ওইনা তিনশিন্নখ্রগনি। মসিগী জ্ঞান অসি ফংনবগীদমক, মী অমনা পুক্নিংগী অকনবা অপাম্বদু লৈগদবনি অমসুং অরুবা, অকনবা হোৎনবগী নিয়মদু লৈগদবনি। **মসিগী মীওইবগী মপোক অসিমক, মশিং লাকঙমদ্রবা অফবা থবকশিং অদুগী ফলনি অমসুং মসিবু তরাইনা নাকন্দা লংথোক্লোইদবনি; মী ওইনা পোকচবগী খুদোংচাবা তাঞ্জা ফংজরিবসে মসিগী চপচাবা কান্নবদু লৌহৌগদবনি।**

কেনোপনিষদনা হায়বগুম্না, "খুত্তা পায়বা মণিদু নাকন্দা থাদরম্লোইদবনি"; **হন্দক্কি মপোক অসিমক্তদা ইশা কঞ্জহৌনবগী তাঞ্জা ময়াম অমা লৈরিঙৈসিদা করম্না নাম্থোকহৌগদগে হায়না খলহৌদ্রবদি, মদু য়াম্না চাউবা অমাঙবা অমা নত্রা?** মরম অদুনা অচুম-অরান খন্থবা ঙম্বা মী অমনা মানা হেক ঙমজবা থাক্কি মনুংদা

হোৎনদুনা মসিগী মরুমদা লৈরিবা নিয়ম অদু খণ্ডনবা হোৎনগদবনি, আধ্যাত্মিক্কি লম্বীদা চৎথবা অচৌবশিংগী পারাশিং ফানবা হোৎনগদবনি অমসুং পুম্নমক্ অসি মানা হেক ঙম্লিবমখৈ হোৎনদুনা মশানা হকথেংননবা হোৎনগদবনি। হোৎনবা অসি য়াওদনা, মী অমনা লম্বী অসি থাদোক্লবদি অমসুং মাগী মপুন্সিদু মাঙহল্লবদি, মদু মী হায়বা মাগী কাংলুপ অদুদা পীবা অচৌবা ইকায়বা অমনি! ঙাইহাক্কি ওইবা অমসুং চুমদবা অদৃদা ফংনবা তান্নবদা মতম মাঙহনবগী মহুত্তা, অচুম্বদু খণ্ডনবা হোৎনবদা মিকুপ খুদিংমক কথোকউ, তুং কোইনগী ওইনা লৈহৌবগদবা, মতম চুপ্পদা চুমদুনতা লৈরবা ইবুংঙো অদু ফংনবা হোৎনবদা কথোকউ। অসিগুম্বা কথোকপা অসিনি আত্মাগী, থৱাইগী অশেংবা, অওইবা মর্থৌদি। অমরোমদনা, মায়াগী অপাম্বদা মতম লেনবদুনা সংসাব অসিনা চিংশিনবা অদুনি। সংসাবগী হুগী মশক ওইববা অকে অমৌগী চিংশিনবা অসিদা ঐখোয় বন্দি অমা ওইবোইদবনি, নত্রগা হকচাং পঙথহনবা য়াবা ফজবশিং অসিগী লাংদা থুরোইদবনি। নোংমদি, য়াম্না শুদ্ধৎনিংঙাই ওইরবা ইন্দ্রিশিং অসে, মঙ অমদা লারম্বা ৱারী অমগুম, অদুম মাঙখ্রগদবনি।

শিক্ষাগী নত্রগা অতৈ ওইনিংবা হিরম অমগী পাম্বৈনা মী অমবু য়োকখৎনবা অমদি ফমথোল অচৌবা ওইহন্নবা হোৎনরকপদা মদুনা মাগী আধ্যাত্মিক্কি খুমাং চাউশিন্নবগীদমক্তদি হায়রিবশিংদু করি অমতা কান্নদে; মখোয়শিং অদুনা মহাকপু আধ্যাত্মিক্কি লৈখা তাহনবতমক থোকহল্লি। মরম অদুননি মসিবু মায়া হাযবদি প্রপঞ্চ, মায়া সংসার হায়না কৌরিবসি। অচুম্বা হায়বসে, লুপনিংবা মায়া

অমদা লুপখ্রবসু, হেন্নদুম্ লংনা ঙাম্থোরকনি। মরমদি, মসি অচুম্বগী হৌনশানি। মিকুপ খুদিংগী হোংদুনতা লৈরিবা, মচাক্কি ওইবা সংসার অসিদা, অমুক চাউখৎপা, অমুক ময়েং তাখিবা, মাঙখিবা, অমুক থোরকপা, অসুম্না হোংদোক হোংজিন তৌদুনতা লৈরিবা অসিবু করম্না লেঙদ্রবা অচুম্বনি হায়গদৌরিবনো? মরম অদুনা, সাধক্ অমগী মওং মতৌসি অচুম্বা ফংবা অদুনি, অরেপ্পা লৈতবা থুনা মাঙগনবা সংসার অসিদা ওইদবা পোৎশক অদু থিগদবা নত্তে। অসিগুম্বা ওইদবা, অচুম্বা নত্তবা সংসার অসিদা, চুম্না হিংবা পুন্সি (সত্যাচার) লৈতে। চুমদনা হিংবা (মিথ্যাচার) ঙাক্তমক লৈ। চুম্না লেনবা পুন্সি হায়বদুদি ঈশ্বর ফংবা অদুবুনি। ব্রাফম অসি মী খুদিংমক্তা মাগী পুন্সিগী মিকুপ খুদিংদা মপুক্লিংদা থমগদবনি, কাওরোইদবনি।

**সহজমার্গ-গা সাধনমার্গ-গা মান্নদে ঃ**

সাধক অমনা, সাধারন মী অমগা, ঈশ্বরবু থিরক্লিবা মী অমগা অনিগী মরক্তা লমচৎ শাজত্তা খেন্নবা অদু খঙজিনগদবনি। সহজগী মীদি খাঙবা কনবা য়াওদবা, অহংকার লৈবা, জগৎ অসিগী পোৎশিংগী অপাম্বনা পিক থনবা, মদুনা মাগী য়াম্না নুংঙাইরবা, পেল্লবা পুন্সি অমা লেন্নবা হোৎনরিবা মী অদুনি। সাধনাগী মী হায়বসিনা সমুদ্রদা অরেপ্পা লৈতনা ঈথক কাবগুম, মতম চুপ্পদা ঈশ্বরগী ব্রাখন্তা খন্দুনা লৈবা, পুম্নমক্তা চপ মান্ননা য়েংবা অমসুং চপমান্ননা নুংশিবা, পুম্নমকসি ঈশ্বরগী মরলনি, মাগী করি অমতা নত্তে হায়বসিদা পেনজবা, মী অদুবুনি। সাধনাগী মী অমদি সহজগী

মতৌগুম্না, ইরায় লায়না অৱাবা নত্রগা অমাঙবা, অশাওবা নত্রগা তুক্কচবা, নত্রগা ওইজবা থিবা, অরাম্বা, খৌরাংবা, নত্রগা পুকচেল লেপ্তুবনচিংবগী মমাংদা তরাই-তরাইনা হেক্তা চঙজরোই। মী অমনা মথক্তা পনখ্রিবা ময়াম অসি হেক য়ারিবমখৈ খুদুম চন্নবা হোৎনগদবনি অমসুং পুন্সিগী খোঙচৎ অসিদা খাঙবা কনবা, থৌনা, নুংঙাইবা, শান্তি, দান অমসুং নোল্লুকপগা লোযননা চৎকদবনি। হকচাংগী খর শোয়ঙামদনবা য়েংশিনবা হায়বসিনা থোইনা কাহেন্না মরুওইবা নত্তে হায়বসি ভাব তারগা, মী অমনা অরাম্বা অমসুং খৌরাংবসি খর খাঙবা কনবগা লোয়ননা থেংনগদবনি অমসুং ঈশ্বরগী মিংখৈরোলদি তত্তনা শোনগদবনি। মসিগী মহুত্তা, করিশু লৈতবা পোৎ মচা অমগীসু হেক্তা খৎনবা, ফৎ হেক শাওবা, হায়ফেত্ত ৱা অমা হায়বদা হেক্তা ৱাবা, খজিক্তং ইকায়বা নংবদা হেক্তা শাওবা, পুক লাম্বা, খৌরাংবা অমসুং তুম্বা য়াদবদা হেক্তা ৱাবা - পুন্নমক অসি সাধক অমগী মতৌ নত্তে।

মশাগী মহৌশাগী ওইবিবা চেং অদুগা ফুত্তোক্লবা চেং অদুগা অনি অদু অদুম মান্নখিগদ্রা? মশাগী চেং অদুদা য়াওরিবা অকনবদু ফুত্তোক্লবা চেং অদুদদি য়াওবরোই। ফুৎলবা চেং অদুদি থোৎলে, অকায়বা লৈত্রে, থুম্লে। ফুত্তবা চেং অদুদি কল্লি, নাপল কাই অমসুং মায়ানা পিক থল্লি। হোয়, তৌবগিবুদি অনিমক থৱাই ঙাক্তনি অমসুং মী ঙাক্তনি; মপাম্থোংগী মায়াদা লুপখ্রবশিংদু অমসুং অবিদ্যামায়া ওইবশিংদু 'মীশিংনি'; মনুংগী মায়াদা লুপখ্রবশিংদু নত্রগা বিদ্যামায়াদা লুপখ্রবশিংদু সাধকশিংনি অদুগা ঈশ্বরদি অনিমক্তা লুপশিন্দে। মপানগী মায়া য়াওদবশিংদু সাধক্ ওইরকই অমসুং মহাক অদু নুংগী মায়া য়াওদ্রবা মতমদা ঈশ্বর হায়না লৌবা য়ারে। অসি গুম্বা নুপা অমগী থম্মোয অদু

ঈশ্বরগী তুংনফম্, লৈফম ওইরকই। মরম অদুনা, মসি অসুম্না লৌবা য়াই মদুদি পুম্নমক অসি ঈশ্বরনা শিন্থুংনা লৈ। থাঙ্গেশেংববুদি, ঈশ্বরসি থম্মোয় খুদিংদা লৈরবসু, মখোয় মশানা উজবা, খঙজবা য়ানবা সাধনাদি তঙাই ফদনা চঙই। ঐখোয়না ইশাগী মায় উজবা হায়বসি ওইথোক্তে! মসিগী মমি অদু ঐখোয়দা উহন্নবা নুংশেল অমা চঙই! মতৌ অসুম্না, গুণ য়াওদনবগীদমক, তঙাই ফদনা লম্বী অমা, সাধনাগী পাম্বে অমা চঙই।

**সাধক অমগী মহৈয়ানবা ঃ**

সংসাব অসিদা অৰাবা খাঙবগী লিংজেলদগী হেন্না ৰাংবা তপ লৈতে, পেন্থোকপদগী হেন্না চাউবা নুংঙাইবা লৈতে, কৃপাদগী হেন্না শেংবা পুন্য লৈত্রে, অখাঙ কনবদগী হেন্না ফবা খুৎলায় লৈত্রে।

ঈশ্বব মশামকপু পোথোক ওইনা ফংনবা, ভক্তশিংনা হকচাং অসিবু লৌবুক ওইনা খনগদবনি, অফবা থবকশিংবুনা হুনগদবা মরু-মরাং ওইনা খনগনি অদুগা থম্মোয়না লৌ উবা মী ওইনা ঈশ্বরগী মিং অদু উগদবনি। লৌ উদনা কনাগুম্বা অমনা করম্না মরু-মরাং ফংবা ঙমগদৌরিবনো? শঙ্গোমদা মহাও, মপালদু য়াওবগুম্, শীঙদা মৈ য়াওবগুম, ঈশ্বরসি পোৎ খুদিংমক্তা অদুম লৈ। মসিদা চপচানা থাজৌ। শঙ্গোম লৈবদুনা, মপাল লৈজবনি; শীঙ লৈবদুনা, মৈদু লৈজবনি; মতৌ অসুম্না, সাধনা তৌবদুনা, সাক্ষাতকার - ঈশ্বর লৈজবনি। ঈশ্বরগী মিংখৈ শোঞ্জবনা মুক্তি অদু হকথেংননা ফংবা ঙমদ্রবসু ফল মরিদি তশেংনা শোয়দ্রে, মদু হায়রিবা হকথেংনবা অদু লৈখ্রবা কাংবুগীনি।

মখোয় অদু (১) অচৌবগা লোয়নবা, তিন্নবা, (২) অচুম্বা, (৩) পেম্থোকপা, (৪) ইন্দ্রি খুদুমচনবা। *থোঙ মরিসিগী মনুংদা চঙনিংবা অমদা চঙবদা, মহাক য়ুম্বানবগী পুন্সিদা লৈবা মী ওইসনু, নত্রগা লাইনিংবা মুণি ওইসনু নত্রগা অতোপ্পা ক্লাস অমগী ওইনিংবা মী অমা ওইসনু, মহাক শোয়দনা ঈশ্বরগী মনাক য়ৌবা ঙমই।* মসি শোয়দ্রবা ৱাফম্নি। মীওইবনা সংসারগী ওইবা নুংঙাইবা পামই। মসি নিয়ম চুম্না নৈনরবা মতুংদা, মসি মশামকসি লায়না অমনি অমসুং ৱারিবশিং অদুনা ঐখোয়না চারিবা হিদাক অদুনি। অসিগুম্বা সংসারগী নুংঙাইবশিং অসিগী মরক্তা কনাগুম্বা অমনা ঈশ্বর ফংনিংবগী অপাম্বদু থোইনা খল্লুদে, য়াম্না তাঙনা লাকই।

অসিদসু নত্তনা, মী অমনা পাঙথোক্লিবা থবকশিং অসি কুপ্না নৈনবা অমসুং অচুম-চুমদা য়েংবা হায়বসিসু তঙাইফদবনি, মরমদি সংসার থাদোকপগী ৱাখলসি অসিগুম্বা কুপ্না নৈনবা অসিদগী পোক্লকই। মসি য়াওদনা, থাদোকপা হায়বসি য়াম্না ৱানা থোকই। লীকশিনবা হায়বসি হূইগী শাজৎ নির্তিগুম্বনি; মসি হোংদোকপা তাবনি। **অশাওবা হায়বসি সাধক অমগী য়েক্লবা নম্বর ৱাননি;** মসিদি শিত্তোক্লবা তিলগুম্বনি অমসুং অসুম হায়নসু লোয়নগদবনি। অদুগা ওইদবা ঙাঙবনা কমদৌবা? মসিনা অমুক্কা হেন্না তুক্কচনিংঙাইনি; ওইদবা ঙাঙবনা মীওইবগী মশাদা য়াওজবা মরুওইবা শক্তি পুম্নমক্ লোয়না মাঙহল্লি। মসিদি লমজাও ৱাইশিংপগুম লোয়নগদবনি। হূরানবা থবক্না পুন্সি মাঙহল্লি; মসিনা মমল নায়দ্রবা মীওইবগী পুন্সিবু পাই অমদগী তানা মমল লৈহন্দে; মসিদি পুন্নবা, মনম নমথিরবা শদুমগুম্বনি।

**হকচাং অমসুং পুক্লিং মশা ফনা থম্নবগীদমক ময়ায় ওইনা চাবা, ময়ায় ওইনা তুম্বা, নুংশিবা প্রেম লৈবা, অৱা-অনা খাঙবগী লিংজেল্ লৈবা, অসিনা ঙমগনি।** ওইনিংবা মী অমা ওইসনু, লৈনিংবা ফিভম অমদা লৈজসনু, মহাক্না থৌনা, লিংজেল লৈতবগী ৱাখল্ খন্দ্রবদি, মশাদা অকিবা অমতা লৈত্রবদি, মহাক্না লেঙদবা ৱাখলনা ঈশ্বরবু থাজরবদি অমসুং অতোপ্পা ফত্তবা ৱাখল অমতা খন্দ্রবদি, মঙোন্দা লৈরম্বা অৱা-অনা পুম্নমক কোক্কনি। মহাক কবি জাতিনো হায়বসি ইবুংঙোনা করিগুম্বা মতমদা খক হঙলবোই নত্রগা মহাক্না চৎলিবা নিতি-নিয়মদু করিনো হায়বসু হংলবোই।

ভক্তি হায়বসি য়াইঙং মচুগি হায়বদি লম্বোইবা মচুগী ফিজেৎ শেৎপদা লৈতে, উৎসব কৎপদা লৈতে, যঞ্জ পাঙথোকপদা লৈতে, শম কোকথোকপদা লৈতে, য়ুবি খুজাই পুবদা নত্রগা চৈশু পায়বদা, শম জোতা তাবদা লৈতে। য়াম্না অশেংবা নুংগি-মিৎযেং অমগা লোয়ননা, তৌনিংবা থবক অমা তৌদুনা লৈরবসু, অতৎ-অখম লৈতনা ঈশ্বরবু নিঙজবা, পুম্নমক ইবুংঙো মানা শেম্বিবনিকো, অমতনিকো হাযবা ৱাখল খন্দুনা, ইন্দ্রিগী অপাম্বশিং থাদোক্কুনা, পুম্নমক চপ মান্নবা নুংশিবা-প্রেম্না কোনশিন্দুনা, অচুম্বখক্তা ঙাঙদুনা লৈরবা, পুম্নমক অসি ভক্তিগী য়ৎং-মতৌশিংনি।

**ভক্তি-মখল কয়াগী মনুংদা, নামস্মরন- ঈশ্বরগী মমিং নিংশিংজবা হায়বা ভক্তি অসিনা খ্বাইদগী হেন্না ফরে।** কলিযুগতদি, মমিং অসিনা মী অমগী মশাগী মপুন্সি কঞ্জনবগী লম্বীনি। জয়দেব, গৌরাঙ্গ, ত্যাগয়া, তুকারাম, কবির, রামদাস হায়রিবা চাউরবা

ভক্তশিং অসি মমিং শোঞ্জবখকসিনা ঈশ্বব ফংজখি। অতৈ পোৎ লিশিং অমা হাযকদুনা কবি কান্নগনি? প্রহ্লাদ অমসুং ধ্রুব ফাওবা নাম শোঞ্জবখক্তনা ঈশ্ববগা উনজবা, মশা শোকচবা অমসুং ঈশ্ববনা ব্রা ঙাঙবা তাবগী নুংঙাইজবদু ফংজখি। মবম অদুনা, সাধক খুদিংমক্না ঈশ্ববগী মিংখৈবোল শোনবসি মশাগী শ্বব হোনবগুমবনি হাযনা খল্লবদি অমদি অফবা থবকশিংদা অমসুং বাখলদা চপচানা থাজবা লৈববদি, মশাদা সেবাগী ব্রাখল অমসুং পুম্নমক্তা চপ মান্নবা নুংশিবা প্রেম পোক্লবদি, অদু ওইববদি মসিদগী হেন্না ফবা মুক্তি ফংনবা অতৈ লম্বী লৈত্রে। মসিগী মহুত্তা কনাগুম্বা অমনা অচিকপা মফম অমদা ফম্লগা শ্বোবগী শাজেন শান্নবনদি মহাক্কি নুংগী শর্ণশিং অদু কবম্না জয তৌবা ঙমগনি? মখোয অদু মহাক্না জয তৌখ্রে হাযবসি মহাক্না কবম্না খঙগদৌবিবনো? অম্ববিশাগী ভক্তি অমসুং দুর্ব্বাসাগী থৌদৌ, অনি অসিগী অপুনবা ফল দুর্ব্বাসাদা তাখিবগুম্, মমৈথংদা ফংগনি। দুর্ব্বাসানা অম্ববিশাগী মখোঙদা তুগদবনি। অসিগুম্না থৌদৌ অসি নখোযদা থোক্তবা ওইসনু; চপচাবা অশেংবা ফিভমদু ফংজদুনা নখোয লেঙদবা অচুম্বদু থেংনবা ওইসনু।

মী খুদিংমক, মশাদি খঙদনা অবানবা খর্বদি তৌগল্লি। মৈ অদু ফনযাম্না লংদুনসু মৈখু খবদি মদুদগী থোবর্ক্কান। মতৌ অসুম্না, নুপা অমনা অফবা থবক অমা তৌবা মতমদা, ফত্তবা মচেৎ অর্মদি মদুদা অদুম য়াওগনি। অদুবু, ফত্তবা অদু যাবিবমখৈ চাং হস্তনর্বদি হোৎনগদবনি অদুগা অফবগী চাং অদু যাবিবমখৈ হস্তহল্লোইদবনি। অদুবু, ঙসিগী ওইবিবা ফিভম অসিদা, নহাক্না অহানবা হোৎনবমক্তো মায পাক্তবা যাই। নঙনা তৌবিবা, ঙাঙলিবা নত্রগা পাঙথোক্লিবা

থবক অদুগী ফলগী মরমদা নহাক্না য়াম্না চেকশিন্না খনগদবনি। অতোপ্পনা নঙোন্দা ব্যবহার, সনমান, তৌহন্নিংবা মওং অদুমক নহাক্না অহানবদা মখোয়দা ব্যবহার, সনমান, নুংশিবা উৎকদবনি। মতম অদুদতা মখোয়না নহাকপু ইকায় খুম্নগনি। মদুগী মহুত্তা নহাক্না অতোপ্পবু নুংশিবা অমসুং ব্যবহার তৌদনা মীনা নহাকপু ব্যবহার, সনমান তৌদে হায়না ৱাকৎপা তারবদি মদু অরানবা ওইগনি।

মসিদসু নত্তনা, করম্বা নিতি নিয়ম্না অচুম্বনো, অফবনো, অশেংবনো অমদি কবম্বা শাজৎ নিতিনা খ্বাইদগী ফবনো হায়দুনা পাওতাক পিরিবশিংনা মখোয় মশানা হায়রিবশিংদু চৎলবদি, পাওতাক অদু পিরুবগী দরকার লৈত্রে, মরমদি মখোয় মশানা য়েংলগা মখোয়গী চপচাবা নিতিদু অদুম তমখ্রগনি। অমরোমদনা, বেদান্তদু তেনৱা মরোলদৌনা লোন্দুনা অতোপ্পদা পাওতাক পিরগা, হায়রিবশিংদু মশানা অমতা চৎত্রবদি, মদুনা অতোপ্পদুবু নমথাক, লৌনম তৌবা ওইগনি, মশাবু নমথাক্ তৌবা ওইগনি। মরম অদুনা অতোপ্পদা ওইহন্নিংলিবা অদুমক নঙ নশানা ওইগদবনি। অতোপ্পগী মরালতবু থিবা অদুগা নশাগীনা লোৎশিনবা অসি সাধক অমগী হৌনশা নত্তে। অতোপ্পনা নঙগী দোষ পুথোরক্লবদি, মদুদা য়েৎনগনু অমসুং মদু চুমই হায়নবা প্রমান তৌনবা হোৎনগনু নত্রগা মাগী মায়োক্তা মলোম থম্নবা হোৎনগনু। নশা নথন্তা মদু করম্না অরানবা ওইরিবনো হায়বদু খল্লু অদুগা নঙ নশাগী শাজৎ নিতিদু চুমথোকউ। মদু নত্তদুনা, নঙনা পেন্নবা মদু অদুম চুম্নবা ঙাঙদুনা নত্রগা মদু পুথোরকপা নুপা অদুদা লমন্ খুম্নবা হোৎনদুনা লৈরবদি, মদু তশেংনমক্ সাধক নত্রগা ভক্ত অমগী হৌনশা নত্তে।

সাধক অমনা মতম পুম্নমক্তা অচুম্বা অমসুং নুংঙাইবদুতা থিগদবনি; মহাক্না অৱাবা অমসুং মোন্দা হন্থবগী ৱাখল থাদোক্কদবনি। আধ্যাত্মিক্কি নিতি থিবক্লিবা অমগী মফমদদি ৱাখল হন্থবা, চিংনবা অমসুং নাপল অসিদি রাহু অমসুং কেতুগুম্বনি। ভক্ত অমনা মাগী ভক্তিসি মপুং ফানা শেমগৎলক্কবা মতমদদি হায়রিবশিংসি লাক্লবসু, মখোয়দু ইবায-লায়না থাদোকখিবা ঙমই। মখোয অদুনা মাগী সাধনা খক্তা মাঙহনগনি। পুম্নমক অসিগী মথক্তা, সাধক অমনা ফিভম পুম্নমক্তা হবাও তযাম্না, নোকমি-নোকমি তৌনা অমসুং হৈনিংনা লৈগদবনি। মসিগী শেংলবা মিৎয়েং অসিদি ভক্তি অমসুং জ্ঞান্দগী ফাওবা হেন্না ফববনি। মসিগী গুণশিং লৈরবশিংদু পন্থুংফম হান্না য়ৌবদা মতিক্ চাববনি। মসিগী মতম পুম্নমক্তা নুংঙাইবা ঙম্বগী গুণ অসিদি হৌখ্রবা মপোকশিংদা তৌখিবা অফবা থবকশিংগী ফলননি। নুপা অমনা ৱাদুনতা, পুক্নিংহন্থদুনতা,অমসুং চিংনদুনতা লৈববদি মহাক্না কৈদৌঙৈদা তৌনিংবা সাধনা অমা তৌদুনসু, চাংজৌ নাযদ্রবা নুংঙাইবদু ফংবা ঙম্লোই। সাধক অমগী অহানবা মথৌদি মশাদু হৈনিংবা পোকহনবদুনি। হৈনিংবা অদুগী মতেংনা, মহাক্না নুংঙাইবা মখল কয়া ফংবা ঙমই। মীনা থাগৎলগা খক ৱাংখৎকনু, মীনা চৈরগা খক তুকথগনু। আধ্যাত্মিক্কি নোংশা অমা ওইযু,অনিমক কবি অমতা থৌ-ৱা শাদনা। মী অমনা মশাগী দোষ নৈনজগদবনি অমসুং অশোয়বদু চুমথোক্কদবনি; মসি খ্বাইদগী মক ওইবনি।

হৌজিক্, ঈশ্বর ফংনবগী মতাংদসু, মী অমনা চেকশিনগদবনি। খুদোংচাদবা কয়া থেংনববসু মাগী সাধনাদু মবক লেপহন্দনা নত্রগা

নিয়মদা হোংদোক-হোংজিন তৌদনা অদুম চথগদবনি। স্মরন তৌনবা মশানা নুংশিজনা য়োকখৎচখ্রবা মমিং অদু হোংদোক হোংজিন তৌরোইদবনি। মমিং অদু তোয়না হোংলবদি পুক্লিং লুপশিনবদা ওইথোক্তে। পুক্লিং অনি লোঙদবা হায়বদু ফংবা ঙম্লোই। **সাধনা পুম্নমক্কি অরোইবা পান্দমদি পুক্লিং অনি লোঙদবসিনি;** মরম অদুনা, মমিং, মওং হোংদোক-হোংজিন তৌদনা মিং অমখক্তমক জপ অমসুং ধ্যান তৌবা মতম খুদিংদা শিজিন্নগদবনি। অদুগা, ইবুংঙোগী মমিং পুম্নমক, মওং পুম্নমক অসি মহাক্না শোল্লিবা মিং অদুগা অমদি ধ্যান তৌবদা শিজিন্নরিবা অদুগা অমতনি হাযবসি মশাদা য়াম্না কন্না থাজবা অমা লৈগদবনি। মমিং অদুদা, মওং অদুদা, শম্না অমতংগী পামদবা নত্রগা পেন্দবা লৈরোইদবনি। সংসারগী অমাং-অতা, অৱা-অনা পুম্নমকসি ঙাইহাক্কিনি, তুংকোইগদবা নত্তে হায়না লৌরগা অমসুং জপ অমসুং ধ্যান তৌরিবা পুম্নমক অসি অসিগুম্বা অৱাবশিংসি কোক্লনবনি হায়না খল্লগা, সাধক অদুনা পোৎশক অনিদু মদুগা মসিগা তোৎশিন্নদনা, মসিগা মদুগা তোৎশিন্নদনা তোঙান-তোঙান থমগদবনি। মহাক্না ভাব তাগদবনি মদুদি অমাঙবা, অৱা-অনা অমসুং পুক্লিং লাংতক্লবা অসিদি মপানগীনি, সংসার অসিগী থৌদোকশিংনি, অদুগা জপম্ অমসুং ধ্যানম্ অসিনা নুংগীনি, ঈশ্বরবু নুংশিবা সংসার অদুগী ৱার্ফাম্নি। মসিবুনি **পতিব্রত ভক্তি** নত্রগা অশেংবা ভক্তি হায়বিবসি; অদুগা সাধক অদুনা মীং অমসুং মওং হোংদোক হোংজিন তৌরগা চথরিবা ভক্তি অদুবুনা **ব্যাবিচার** ভক্তি হায়বদি শেংদবা ভক্তি কৌই।

খণ্ডদনা তৌববদি মদু দোষ লৈতে; অদুবু মসি অনানবনি অমসুং মাঙনঙাইগী মশক্তি হাযবসি অমুক্তং খঙখ্রবা মতুংদা অদুগা মমিং অমসুং মওং অদুদা যাম্না থাজনা জপ অমসুং ধ্যান তৌবক্লবা মতুংদা মখোয অদু হোংডদোক্লবদি, মদুদি তশেংনা লাল্লে। মমিং অমসুং মওং অদুদা অদুম হোংদনা হাযবসি খ্বাইদগী অনাংবা ব্রাশক ওইগদবনি অমসুং নিযম চেকশিনবা ওইগদবনি। নথকথোংবশিংনা হাযববসু পুক্লিংনা যাখ্রবদুদি হোংদোক্লোইদবনি। অসুম্না হাযবক্লবসু মদু খন্নকুবনু; মখোযদু অপঙবা মীনি হাযনা খল্লু। অদুগা অমুকহন্না, হেক যাবিবমখৈ, জপ অমসুং ধ্যান তৌবগী মতম অমসুং মফমসি হোংলোইদবনি। কাবিগুন্না মতমদা লম ভু চথোকপা তাববসু মতমদি কাগহল্লোযদবনি। ট্রেন্দা, বসতা নত্রগা মফম চাদবা ফিভম অমদা লৈখ্রবদি যামদ্রবদা নথন্তা নপাক্লিংদা অকক্লবা মতম অদুদা জপ অমসুং ধ্যান তৌগদবনি।

মতৌ অসুম তৌদুনা, আধ্যা শক্তি নবলদু ভূংশিন্দুনা মী অমনা তশেংনা মশাগী মপু ওইবা ভমই অমসুং আত্মা ফংবা ভমই।

মী খুদিংমক্না মাগী পুন্সিদু থবাই পানবা জীব অমতদা অবা-অনা থোকহন্দনা হিংগদবনি। মদু মাগী খ্বাইদগী অথোইবা তৌফম থোকপনি। অদুগা মীওইবগী মপোক্তা পোকচবগী খুদোংচাবা তাঞ্জাসি ফংজখ্রবা মী খুদিংমক্তি অহানবা মথৌনি মদুদি মাগী শক্তিগী শরুক খবদি লাইখুবম্বগী, লাইশোল শোনবগী অমসুং মেদিতেসন্ তৌনবগী কাইথোক্কদবনি অদুগা মশা অদুনা অচুম্বা, অফবা, শান্তি লৈবা পুন্সিদা হিংনবা অমসুং মীওইবদা কান্নগদবা অফবা থবক

তৌদুনা পুন্সি লেনগদবনি। মী অমনা মৈ শোকপদা কিবা অদুগুম্না খারৌ লিন অমা লক্লকবদা কিবা অদুম হায়না মীঙোন্দা ফত্তবা থবক তৌবদা নত্রগা পাপকি থবক তৌবদা কিগদবনি। মী অমনা সনা অমসুং লন-থুম পৈশিনবদা নুংঙাইজবা, পামজবা অদুম হায়না অফবা থবক তৌবদা, অতোপ্পা নুংঙাইহনবদা অমসুং ঈশ্বব অমা পুজা তৌজবদা চপ মান্নবা নুংঙাইবা অমসুং অপাম্বদু লৈগদবনি। মসি মীওইবগী ধর্মনি। অসিগুম্বা মখলগী অফবা গুণ অসি মপাঙ্গল কনখৎহন্নবনি ঈশ্ববনা মী ওইনা অবতাব তৌবিবসি। অদুবু, ব্রাহং অমা থোরকপা য়াই, লৈতবা পোৎশক অমবু কমদৌনা কনখৎহনগদৌরিবনো অমসুং চাউখৎহনগদৌরিবনো? তশেংবদি, হায়রিবা গুণশিং অসি লৈতবা নত্তে; মখোয মীদা অদুম্ লৈবিবনি! অসিগুম্বা লৈরিবা গুণশিং অসি লৈখা তারক্লবা অমসুং খুইথরক্লবা মতমদা মদু য়োকখৎনবা অমসুং হন্থহল্লিবা শক্তি অদু মায়গৈ ওন্থোকহন্নবা ঈশ্ববনা লাকই। মসিগী ব্রাফম অসি ময়েক শেংহন্নবনি দ্বাপর যুগতা শ্রী কৃষ্ণনা আর্জ্জুন্দা তম্বীবা মতমদা হায়খিবদুঃ

পরিত্রানায় সাধুনাং
বিনাশায় চ দুষ্কৃতাম্
ধর্মসংস্থাপনার্তায
সম্ভবামি যগে যুগে।

হায়বগী অর্থদি, ইবুংঙোগী অবতাব পুম্নমকসি সাধুশিংবু কর্নবিনবা, ঙাকপি শেনবিনবা অমসুং যোকখৎপিনবা ঙাক্তনি। মসিদা শিজিন্নরিবা সাধু হায়বা ব্রাহৈ অসি ধর্ম অমখক্তগী, জাতি অমতগী নত্রগা শাগৈ অমগী নত্রগা পুন্সিগী থাক অমগী নত্রগা কাংলুপ অমগী নত্রগা মীগুম্বা অকক্লবা জাতি অমখক্তগী ব্রাফম নত্তে। মসিনা

হায়রিবসি ধর্ম পুম্নমক্কিনি, পুন্সিগী থাক পুম্নমক্কিনি, জাতি পুম্নমক্কিনি, অমসুং জীব পুম্নমক্কিনি। ঈশ্বরনা গীতাদা জগৎ অপুম্বগী পুক্লিংনি হায়বদু খঙহনবিখরে। মসিগী জগৎ কোনবা পাওজেল অসিননি গীতাসি অসুক্কি মতিক তঙাইফদবা ওইরক্লিবা অমসুং ফাওরিবসি। করিগীনো! শ্রীকৃষ্ণ মশামক্না তোঙানবা খোঙফম কয়ামরুমদা অমসুং মফমশিংদা মহাক অসি মাগী ভক্তশিংগী য়াম্না হায়বা ইনবা মনাইনি হায়না লাউথোকপিখ্রে। মসিগী খুদম অমা হাযববু মশামক্না আর্জ্জুনগী দোলায় থৌবিয়ু হায়বা য়াখিবদুনি।

ইচম চম্বা মী অমগী মওং মতৌ ফাওবনা অসুম্না ৱাংখৎহনবা য়ারবদি মীপুম খুদিংনা মশানা বিচার তৌজবা য়াই মদুদি আধ্যাত্মিক্কি শাজেন তৌখ্রবশিং অমসুং ঈশ্বরগী মিংখৈরোল তত্তনা শোনখ্রবশিং অদুগী লমচৎশিং অদুদি কয়াদা হেন্না শেংলমগনি অমসুং শেংতোক্লমগনি! অসিগুম্বা মখল অনিগী মী ওইশিংগীদমক্ লমচৎ হায়বসিনা মরুওইবা খন্ননবা মচাক্তুনি।

মমাংঙৈ মতমগী ঈশ্বরগী ৱাখলতদা খন্দুনা লৈরব ব্রহমনিষ্টাশিংদুগা হৌজিক্কি মতমগী ব্রহমনিষ্টাশিং অসিগা য়াম্না খেন্নে। অহানবমক্তদা ব্রহমনিস্তা হায়বসি কয়া যাম্না চাউরবগে হায়বসি অমুক্তং ভাব তানবা হোৎনবসি তঙাই ফদবনি। মসিগী মরমদি হৌজিক কালগী অশেংবা (Holy) মীওইশিংনা মসি তৌখিদ্রে অদুগা ঐখোয়দা লায়রবা হায়বদু থুংলরে। মমাংঙৈদদি মসিগী অচৌবসি খঙনরমই অমসুং মখোয়দু অশেংবদু থেংননবা হোৎনবদা পুরা লুপখিরমই। হৌজিক্ অসিগুম্বা অশেংবা ৱাখল পোক্ত্রিবসি করিগীনো হায়বা ৱাহং অমা লাকপা য়াই; অদুবু মখোয়

লৈতবদি নত্তে। মবর্মদি মৈ হেনগৎপা নত্রগা হন্থবা হাযবসি শীঙ অদুগী মখা পোল্লি: অতোপ্পা মবম অমা লৈতে। শীঙ অদু যাল্লিবমখৈ মৈ অদু ঙানবা হেল্লি। মীওইবা জাতিগী মীপুম খুদিংমক্তা যেৎনবা লৈতনা মাগী মৈ অদু হৌহন্নবা অধিকাব লৈ। মৈ অদুগী মঙাল পীনবা শক্তি লৈজে, মসি মশাগী হৌনশাননি। মতৌ অসুম্না, ঈশ্বব থিবক্লিবা অমসুং আধ্যাত্মিক্কি শাজেলদা চৎথবিবা মীওইশিং অদুগী জ্ঞানগী মঙাল পীবা ঙল্লিবা বুদ্ধিগী মৈ অদুদা কখোকপগী শীঙ, শান্তি লৈবগী মওং, অচুম্বা, থৌজালহৈবা, অৱাবা খাঙবা ঙম্বগী লিংজেল, মশাগী ওইজবা থিদবগী শীঙ শিং অসি তত্তনা থাজিনগদবনি; মসি মখোযনা হেন্না তৌবিবমখৈ, সাধকশিং অদু হেন্না মগুণ লৈবা অমসুং লংথোবকপা হেল্লি। লৈহাও চেনবা মফমদা হৌবা উথক্তা অফবা উহৈশিং পী। থুমহি চেনবা লৈবাক্তা হৌব পাম্বীশিংদি মহৈ মবোং অদু নিংথিনা পীদ্রে। মতৌ অসুম্না, মক্তুবা, শেংলবা থম্মোযশিংদা অসিগুম্বা অশেংবা ৱাখলশিং, শক্তি অমসুং খুদোলশিং অসিনা মতিক মঙাল লৈনা ঙান্থোবর্কনি।

মমাংঙৈগী ব্রহমনিষ্টাগা, হৌজিক মতমগী ব্রহর্মানষ্টাগা অনিগী খেন্নবসি মসিনি ঃ হৌজিক মতমগী ব্রহমনিষ্টাশিংসু মমাংঙৈগী মতৌগুম্না ধ্যান অদুম তৌই, প্রনব অদুম তৌই, খেন্নবিবা মতাং হাযববু সাধনাগী মতাংদা মশ[illegible]তুম চনবগী চাং অসি হৌজিক্লা যাম্না হন্থবকপা অসিনি। অচিকপা মফমশিংদা নিঙহন্নবা লৈতনা ঈশ্ববতা শোনজবিবা কাংবুগী মশিং অসি হন্থবকপা মতমদা, সংসাব অসিদা অৱা-অনা কয়া অমা কুমথবকই। ঙসি লৈবিবশিং অসিসু মশাগী সাধনা পাঙথোক্লবা হোৎনবদা খুবৌ চেনবা মযাম অমা তুংশিন্দুনা মশাগী ব্রহমনিষ্টা মাঙহঞ্জনবা তোৎনবি, মদু কবিশু

লৈতবা থাগৎপা মচা অমদসু হেক কাখৎপা, মায়াগী লাংদা থুবা, পোত্থাবা লৈতনা মতিক মগুণ ফংনবা হোৎনবা, অমসুং মখোয়না লিংখৎখিবা সংস্থানশিং অদু চাউথোক্লবা হোৎনবনচিংবা অসিননি। ব্রহ্মনিষ্টাদা মপুং ফাহনগে নিঙবা কাংবুদি অচিকপা মফম থিগদবনি, অকক্লবা মতমদা ধ্যান অমসুং জপ পাঙথোক্কদবনি, অসিগুম্বা আধ্যাত্মিক্কি শাজেলশিং অসিনা পুক্লিং অনি লোঙদবা ফংনবা হোৎনগদবনি, মতম পুম্নমক্তা ঈশ্বরনা শেমখ্রিবা জীব পুম্নমক অসিগী য়াইফবা পুরক্কদবা থবক্তা পাঙথোক্লিংবগী লাঙতক্লবা লৈগদবনি অমসুং মতম পুম্নমক্তা ফল যেংদনা থবক তৌদুনতা লৈগদবনি। অসিগুম্বা মীতাশিং অসিনা পৃথিবীদা লাক্লবা মতমদর্তনি অৱা-অনা পুম্নমক কোক্কদৌরিবসি। মসি কৃত-যুগকি খুদম্নি।

ঙসিগী সংসার অসিদা পুকচেল চাউববা দাক্তবশিংনা মফম মফমদা লায়েংশঙ লিংখত্তুনা লায়না কথা অমদি অৱাবা কয়া কোকহনবগুম্, ঐখোয়গীসু "পোকপা অমসুং শিবগী" অনাবা অসিবু লায়েংবদা হৈথোয়-শিংথোইবা অশেংবা মীওইশিং (Holy) অসিগী আশ্রমশিং মফম-মফমদা লৈরবদি অশেংবা মীওইশিংনা মফম মফমদা আশ্রম্ লিঙখত্তুনা "পোকপা অমসুং শিবগী" অনাবা অসিবু লায়েংবিরবদি, মীশিংগী অপংবা, ওইদবা ঙাঙবা, শিদবা অমসুং মশাগী হেন্না য়াইফহন্নবা খল্লিবা অৱাবা পুম্নমক অসি কোকহনবা য়াগনি। পঙবনা ফত্তবা থোকহল্লি অমসুং মসিবু ব্রহ্মজ্ঞানগী হিদাক পিজরগা অমসুং শান্তি লৈবগী, খাঙবা কনবগী, মশা খুদুম চনবগী হিদাক্ খজিক্তং হাপচিল্লগা কোকহনবা ঙমই। মসিগী মহুত্তা, ঙসিগী অচৌবশিং অসিনা মখোয়দা পীযু তায়রবিবা হিদাক্তু অদুম পী অমসুং

মখোয়গী সেবকশিং অদুনা পামজবা হিদাক্তু পী ! অসুম্না মখোয় অদু মখোয়গী তুংইনবা সেবকশিং অদুগী খুৎলায় ওইরকই, মদু মখোয়না মিংচৎ অমসুং শেল পাম্বদগী অনাবনা হায়বা ইনবা ডাক্তরগুমখ্রে। অদুনা, 'অচৌবা' হায়দুনা লৈরম্বশিংদু লোয়না লৈখা তাখ্রে, মদু মখোয় মশানা চাংজৌ নায়দ্রবা নুংঙাইবদু ফংদ্রিঙৈদনি, মশাগী অশোনবা অমসুং অপঙবা লৈবদগী মিংচৎকি খজিক্তং মিহৌবা লৈখিবদগীনি ! হৌজিক্কি মতমগী লায়রখিবগী মরুওইবা মরমসি মসিননি। হৌজিক মতমগী সাধুশিং অমসুং 'অচৌবা মীশিংনা' ব্রাফম অসি ভাব তাখিদ্রে অমসুং মদুগী মতুংইন্না থবক তৌদ্রে।

মদুগী শেংলবা মনুংগী ঈচেল অদু থেংনগদবনি অমসুং ফংগদবনি। মী অমগী ওইজবা থিবগী থবক কখোক্কদবনি। মীগী ফনবা তৌগে হায়বা ব্রাখলসি পোক্লবা তত্তনা হোৎনগদবনি। মী অমগী অপাম্বসি সংসারগী য়াইফনবা হোৎনগে হায়বসিনা ওইগদবনি। ব্রাখল পুম্নমকসিনা থম্মোয়দু থলহল্লগা ঈশ্বরগী মরমদা মেদিতেসন তৌগদবনি। মসিনি অচুম্বা লম্বীদু। 'অচৌবা মীশিংদুনা' অমসুং মপু ওইরিবশিংদুনা মতৌ অসুম্না মীওইবা জাতিগী সেবা তৌদুনা লৈরবদি অমসুং সংসারগী নুংঙাই-য়াইফবদু খুমাং চাউশিনহন্দুনা লৈরবদি, অপাম্বগী, তুক্কচবগী, নাপলগী, কল্লকপগী, মীহৌবগী অমসুং লৌনমগী হুরানবশিংদুনা মীগী পুক্লিংদা লান তাররোই; মীগী মশাদা য়াওজরিবা ঈশ্বরগী ওইবা গুণশিং-ধর্ম, কৃপা, অচুম্বা, নুংশিবা, জ্ঞান অমসুং লৌশিং অসিনা অমাঙ অতাদগী কল্লগনি। পুলিস অমসুং লৈবাক্কি মপি-মপাশিংনা মপানগী য়েক্লবখক্তা লাকশিনবা ঙমই। মনুংগী য়েক্লবশিং মাঙহন্নবা শক্তি লৈতে; থবক অদু লাকশিনবা

হায়বসি মখোয়না ওইথোক্তে। মদু ঙন্বা মপুদু মখোয়না ওইদে। নুংগী য়েক্লবা তরুক অদুনা মীগী মনুংদা থবক তৌই, মদুগী থবকশিং অদুদি অফবা মীশিংগী পাওতাক্লা মরু ফুক্তোকপা য়াই, ঈশ্বর নুংশিবা প্রেম্না য়াই, ইবুংঙোগী মরমদা খঙবনা য়াই অমসুং অশেংবা অমসুং অচৌবা লোয়নবনা য়াই।

করিগুম্বা ব্রহমনিষ্টাশিংনা অমসুং অচৌবা সাধুশিং অসিনা সংসারগী যাইফনবা ৱাখল থাদোক্তুনা মশাগী ইন্দ্রিগী নুংঙাইনবদা লৈখ্রবা অমসুং মিংচৎখক্তং ফংলগা লোয়বে খনখ্রবদি ফত্রবা মীশিং অসিগী মখুত্তা সংসার অসি অৱাবা তাগনি, সংসার অসি হেন্না অপঙবনা, অমম্বনা কুপখ্রগনি অমসুং ধর্ম মাঙহনখ্রগনি। অদুনা অৱাবসি নুমিৎ খুদিংগী হেনগৎকনি। কবিগুম্বা কাংলুপ অনিসিনা অশেংবা মিৎয়েংদু হেক ভাব তারকপা নুমিৎ অদুদা অমসুং থম্মোয়দা পুন্নমক্কি য়াইফবগী ৱাখল ফাওরবা নুমিত্তুদা অমসুং ঈশ্বর হায়বসি পুন্নমক ঙমইকো হায়বদু মপুক্লিংদা খল্লবা মতমদা সংসার পুন্নমকসি শান্তি অমসুং নুংঙাইবদা লৈগনি। মখোয় অনি অসি মীগী ষ্টেট অনিদুগী সাসন্ অনিদুনি। নুংগী ষ্টেট অদুনা আধ্যাত্মিক্কি অহলশিংনা সাসন্ তৌই। ৱাযেল শঙগী কাংবু অদুনা মপাম্বোংগী ষ্টেট অদু সাসন্ তৌই। কাংলুপ অনি অসিনা মায়গৈ চুম্না থবক তৌরবদি ষ্টেট অনিমক্না নুংঙাইনবা থবক তৌরক্কনি। হৌজিক মতমগী অৱাবগী মরাল অসি, মরম অদুনা, অনিমক্না ফংমিন্নরগনি। অসিগুম্বা তাঞ্জা অসিদনি ঈশ্বরনা পুন্নমক্তা নুংঙাইবা পিবগে হায়না নিংলিবসি অমসুং অপঙববু অমসুং ওইদববু নমশিনগে হায়রিবসি। মসি ময়েক শেংহন্নবনি ইবুংঙোনা গীতাদা হায়খ্রিবসি -

যদা যদা হি ধর্ম্মস্য
গ্লানির্ভবতি ভরত
অভ্যুত্তা নম ধর্মস্য
তদাত্ মানং সৃজাম্যহম্।

ও ভরত, ধর্মনা হেক লৈখা তারকপা মতমদা অমসুং অধর্মনা মঙক হায়গৎলকপা মতমদা, ঐ ইশানা ইশাবু পোকহঞ্জে।

তশেংনা হায়বা তারবদি, ঈশ্বরনা অবতার ওইনা লাক্লবগীদমক অচৌবা মযাম অসিগী হায়জবা লাইশোল ময়াম অসিনা বার্ত্তন তৌবদৌনা তৌরিবনি। মপান্থোংগী সংসারদদি, প্রজাশিংনা করিগুম্বা অমা দবকার লৈরকপা মতমদা লৈবাক্কি মপুগী মনাক্তা চঙশিল্লি অমসুং রাফম অদু মখোয়দা পাওদমই। মতৌ অসুম্না মনুংগী ষ্টৈত্তসু, অচৌবা অমসুং অফবশিং অদুনা মখোয়না ফংনিংলিবা ভক্তি, দান, শান্তি অমসুং অচুম্বদু ফংলক্লবা মতমদা মখোয় মশাগী মনুংদা য়াওরিবা ঈশ্বব অদুদা ফংহনবিনবা হায়জে। অদুদগী মখোয়গী লাইশোল অদু তারদুনা, মহাক মশামক্লা সংসার অসিদা লাকই অদুগা আশীর্ব্বাদ পীর্নবি। মসিগী রাফম অসি পুম্নমক্লা ফজনা খঙনরবনি। মুনি ঋষিশিংগী হায়জবা অদু তাবিবদগী রাম অমসুং কৃষ্ণগী অবতার লাকখিবা নত্রা? অয়াম্বনা মসি রামায়ন্দা অমসুং ভগবত্তা পানখ্রে। লাই ওইনা পোকখ্রবা রাম কৃষ্ণ ফাওবনা মহাক্লা লাৎচরিবা কালি অদুদা (মশানা কোকহনবা ঙমদ্রবনিনা) সংসার অসিদগী ওইদবা তৌবা অমসুং মশাগী কান্নবা থিবা অনিসি মরু ফুক্তৎখিনবা ধর্মদু শন্দোক্লবা কনাগুম্বা অমা থাবিরক্লবা হায়জখিবা নত্রা'? মসি মাগী

পুক্সি ঝারী পাখ্রবা পুম্নমক্কা লোয়না খঙনখ্রে। অসুম্না, পান্দম অদু ফংনবগীদমক্তা ঈশ্বরদা হন্না হন্না হায়জগদবনি। কনা অমতনা, মখোয়না হায়জবদুদা ঈশ্বরনা অবতার তৌবিরক্রে হায়দুনা নিঙবা কায়রোইদবনি অমসুং লাইশোল থাদোক্লোইদবনি। মপানগী ষ্টেট অসিদা মাগী থবক অমা তৌহন্নবা হোৎনবদা, মী অমনা কয়ারক হন্না ইবা তাবা, কয়ারক হন্না চৎপা তাবা অদুগা মমৈথংদা মদু করি অমতা কান্নখিদবসু য়াই, হায়বদি ফল তাখিদবা য়াই!

হৌজিক, কনাগুম্বা অমনা থব্রাইগী, আত্মাগী অপাম্বগী করি ফল ওইগদগে হায়বসি করম্না খঙগনি? মসিদি ঐখোয়না খঙবা য়াবা নত্তবনিনা, ঐখোয়না সংসার অসিদা নুংঙাইবা হায়বদু লৈত্রিবমখৈ খুরুমদুনতা লৈগদবনি। সংসার অসি নুংঙাই য়াইফরবদি মহাক লাক্লে, থুংলরে হায়বগী খুদম্নি। মসি ভাব তারবদি, অবতার অদু খুদত্তা মশক খঙবা লায়রে। মতম অদুদদি অচুম্বগী ধর্ম, মিনুংশিগী ধর্ম, লৌশিংগী ধর্ম অমসুং প্রেমগী ধর্ম য়াম্না থুনা হৌগৎকনি অমসুং চাউখৎকনি। মরম অদুনা পুম্নমক্ অসি নিংথিনা মপান মরা তাদ্রিফাওবা মীয়াম পুম্নমক্কা মখোয়গী লাইশোলদি অদুম চত্থগদবনি। মসিদি মী পুম্নমক্কি দায়িত্বনি। অশেংবা মীশিংনা শেম্বিরম্বা লম্বীদো মদুগী মথক্তা চৎলিবা মীশিংদুনরা নত্রগা লম্বীশিং অদুগী মপুনি হায়রিবশিংদুনরা। মরক মরক্তা অমুক্ হন্না শেমজিনবিগদবনি, মদুবুনি পাওতাক নত্রগা বোধ হায়না কৌনরিবসি।

অসিগুম্বা অমুক হন্না শেমজিনবা থবক অসি তৌহন্নবনি ঈশ্বরনা মরক মরক্তা দায়িত্ব লৈবা মীশকশিং, মুণি-ঋষিশিং অমসুং

লাইগুম্লবা মীওইশিং থারক্লিবসি। অসিগুম্বা মীওইশিং অসিগী অফবা পাওতাকশিংনা, লাইগুম্লবা মীওইশিংনা মমাংঙৈদা হাংদোক্লম্বা লম্বীশিংদু শেংহল্লি অমসুং অচৌবা মীশিংগী পাওতাকশিং, অদুগী অপুনবগী ফল অদুনা সংসারগী নুংঙাইবা পুরক্কনি অমসুং মদু ময়েং তাবোই। মীওইবা জাতি পুম্নমক্না মতম অমতদা চপ মান্নবা চরাংনবা, চুমদবা তৌবা, কাংখোং চাইবা অমসুং ওইদবা ঙাঙবা পুম্নমকসি শান্তি, অচুম্বা, নুংশিবা, অমসুং তেংবাংনবদা ওন্থোর্কপিরো হায়না নিমিন্নববদি, হেন্না অফবা ফল পুরক্কনি। হৌজিক্তি, মসি নত্তবা অতোপ্পা উপায লৈতে। ব্রারুবনা করি অমতা কান্নদ্রে। মসি নিঙবা কায়নিংঙাইগী মতাংসু নত্তে। মসি পাঙ্গল শোনবনি হায়না হায়বা তারবদি মদু মীওইবগী তঙাইফদ্রবা হৌনশাগী ব্রাংমদনি। মরম অদুনা, অতোপ্পা পাম্বে থিবগী থবক থাদোক্তুনা, মীওইবনা তঙাইফদনা, ঈশ্বরদা হায়জবা, মীগী সেবা তৌবা, অমগা অমগা নুংশিনবা অমসুং সনমান তৌনবগী থবক চত্থগদবনি। মসিদা মখোয় খক্ তপথরোইদবনি; মখোয় থুনমক্ অপেনবা অমসুং নুংঙাইবা ফংলগনি।

মীয়াম্না হায়নৈ মদুদি মীগী সেবা তৌবা হায়বসি ঈশ্বরগী সেবা তৌবনি। মদু অশেংবা ব্রাফম অমনি। মীওইবগী সেবা তৌবা থবকসি অশেংবা থবক ওইরবসু মদু হেন্না চাউবা ফিদম অমগী ব্রাখলদা তৌদ্রবদি, থবক অদু ফনা চাউদুনসু থোইনা কান্নবা ফংলোয়। মিংচৎকিদমক পান্দম থল্লগা অমসুং মদুগী ফলগী ব্রাখল খল্লগা, মী হায়বসি ঈশ্বরনি হায়বসি থাজবা ঙমদনা হন্না হন্না পঙলাও লাওবনা করিশু কান্নরোই; মী অমনা তৌনিংবা থবক অমা তৌবদা, ঈশ্বরগী

মমিং কাওদনা, অমসুং মীগী হৌনশাসি তঙাইফদনা ঈশ্বরনি হায়বসি থাজনা চথরবদি মীগী সেবাগা, ঈশ্বরগী সেবাগা অনি অসি অমতনি হায়বা ৱাফম অসি অচুম্বনি। ঈশ্বরগী ৱাখল খন্দনা, কবম্না ঈশ্বরগী সেবাগী ৱাফম থোরক্কনি। ঙাঙনরিবা ৱাফম পুম্নমকসি চুম্না পান্দা উৎননবা তৌবা ঙক্তনি। ঐহাক মদুদা য়াবোই। মদুগী মহুত্তা, ঈশ্বরগী ৱাখলনা পুক্নিংদা থম্লগা, অচুম্বগী লম্বীদা ধর্মগী নিতি নিয়ম মতুংইন্না তৌরিবা থবক খুদিংমক ঈশ্বরগী শেবানি হায়না খনবা তাবনি অদুগা মিংচৎকিদমক, অমসুং ফলগীদমক তৌবিবা খুদিংমক্না ঈশ্বরগী সেবানি হায়না লৌবা যাবোই।

তশেংনা হায়রর্বদি, ঈশ্বরগী মিংখৈবোল তত্তনা শোনবদা লুপশিনখ্রবা অমগীদমক্তদি অতৈ থবক অমা অমুক্ তৌরুবগী দরকার লৈত্রে। মখোয়না ঈশ্বরদা খুরুমজবা অদুগী ফলনা সংসার অসিমক্ অশেংবা ওইরগনি। অদুবু, পুম্নমক অসুম হায়না চথবদি ঙম্লোই; মরম অদুনা, পুম্নমক্না মদুগী থাক অদু লাক্লবা মশাগী পুক্নিং শেংদোক্নুনা অমসুং অপাম্বা হন্থহন্দুনা হোৎনফম থোকপা অদুদি হোৎনগদবনি। মসি ঙমখ্রবা সাধুশিং অদুদি মশাগী ওইনদি লৌশিনবা ঙমখিগনি। অতোপ্পনদি মীগী সেবাগা ঈশ্বরগী সেবাগা চপ মান্নে হায়বসি লৌশিনবদা হেক ৱাগনি, ঙম্লোই।

অদুবু, মসি হায়দুনসু মী অমনা তুমিন্না ফমদুনা লৈথোকপা য়াই হায়বদি নত্তে। মদুগী ৱাখলদু লাম্বা ফংবা, নত্রগা ফংদবা হায়বসি মী অমগী তমখ্রবা মরাইবক, হৌখ্রবা থবকশিং অমসুং মানা তৌজরিবা সাধনা অদুগী মখা পোল্লি। মদু থোক্লিফাওবা, ৱাখলগী ঈথক ঈপোমদগী মনিং তম্নবা অমসুং ঈশ্বরগী মওং অদুনা পিক

থন্নবা ধ্যান অমসুং জপ তৌ; অদুগা মীগী ফনবা থবকশিং পাঙথোকউ; নহাক্কি মতমদু সংসারগী সেবাদা ফলগী ৱাখল খন্দনা শিজিন্নৌ, অসুম্না নহাক আশীর্ব্বাদ ফংলবা মী অমা ওইরকপা য়াই। নত্রবদি, হকচাংদি করি অমতা তৌদনা লৈরবসু পুক্নিং অদুদি মাগী তৌফমথোকপা তৌদুনা মথৌ চিনগনি। অসিগুম্বা মী অমদি মখোয়না করি অমতা তৌজদ্রবসু কর্মগী খয়াত্তা তাই, মী অমনা মাগী ৱাখলদু ঈশ্বর নিঙবদা লেঙদনা লৈরবদি অমসুং অচুম্বা থিদুনা লৈরবদি, মাগী হকচাং অমসুং ইন্দ্রিশিং অদুনা সংসারগী ফনবতা তৌববদি, মখোয় অদুনা মহাকপু শোকহল্লোই; মহাক্না কর্ম তৌবা মী ওইরবসু মহাক কর্ম তৌদবা মী ওইগনি, মসিদা ভগবতগী পাওতাক অদু ফুমদুনা লৈখ্রে। মী অমগী থম্মোয়না অফবা ৱাখল খন্নবা হোৎনদ্রবদি, মাগী থম্মোয অদু ফত্তবা ৱাখলগী তুংনফম ওইরগনি। অরানখুভম পাম্লিবা পুম্নমক্না, পুক্নিং অনি লোঙদনা থিরিবা কাংবুনা অমসুং অচৌবা ওইগে খল্লিবা কাংবুনা ৱাফম অসি মপুক্নিংদা কাওরোইদবনি। মসিগী *আত্মাগী জ্ঞান অসি ফংবা হায়বসিদা জাতি হায়বসি নত্রগা লম্বোইবা হায়বসি চঙদবা য়াদবা মচাক্তু নত্তে, নত্রগা আজা-পুজা নত্রগা শাস্ত্র নৈনবদগী ফংবা জান অদু তঙাইফদবা মচাত্তু নত্তে। ব্রহমনিষ্টা হায়বসিখক্তং চঙদবা য়াদবা মচাক্নি। উপনিষদকি লাইরিকশিংনা শাফু পিরিবসু মসি খক্তনি।*

<u>নাশ্রমম্ কারণম্ মুক্তেহ্, দর্শনানি নকারণম্</u>

<u>তত্রৈব সর্ব্বকর্ম্মানি জ্ঞানমেব হি কারণম্</u>

জ্ঞান খক্তমক্ নিংতম্নবগী মরমনি, আশ্রম নত্রগা ফিলোসোফিনা ওইদে।

মফম পুন্নমক্তা শিন্থুংনা লৈবা ঈশ্বরদুদা মী অমনা নিঙদুনা, খন্দুনা লৈনবগীদমক, মতম অমসুং মফমগী অকক্লবা সিমানা লৈতে। মসিগীদমক অশেংবা মফম নত্রগা অফবা মতম হায়বা অমা লৈতে। পুক্লিংনা ঈশ্বরগী মরমদা খঞ্জবা মতমদা নুংঙাইবা মফমদু অশেংবা মফম্নি। অসুন্না তৌবা মতম অদুনা অফবা মিকুপ্ হায়বদুনি। মফম অদুদা অমসুং মতম অদুদা ঈশ্বরদা মেদিতেসন তৌগদবনি।

মদুননি হান্নন মথক্তা লাউথোকখিবদো ঃ

ন কাল নিযমে যাত্রা,
ন দেসস্য স্তলস্য চ
যত্রাস্য বমতে চিত্তম্
তত্র ধ্যানে ন কেবলম্।

ঈশ্বরদা মেদিতেসন্ তৌনবগীদমক অকক্লবা মতম অমসুং মফম লৈতে। পুক্লিংনা পাম্বা মতম অমসুং মফম অদুদা, খুদক অদুমক চপচারবা মতম্নি অমসুং মফম্নি।

পৃথিবীগী অফবা মী ওইরিবা, মশাগী থম্মোয শেংলবা অসিগুম্বা নিয়ম নায়রবা আত্মাশিং অসিগী মতেংনা সংসার অসিদা চাউখৎপা ফংগনি। মিকুপ অসিমক্তগী মীপুম খুদিংনা অসিগুম্বা মীওইশিং থোকপিরক্লবা হায়জগদবনি অমসুং মখোযগী থৌজাল ফংনবা হোৎনগদবনি অমসুং সংসারগী য়াইফনবা হোৎনবদা মখোয়গী নোংমদুগী অৱাবশিংদু কাওথোক্লবা হোৎনৌ।

ওঁম সাইরাম

